# মাবু ঐগী ইচল !

—ঃ লৈচঞ্জবা ঃ—

শ্রীদিনমণি হাওবম
চীঙামথক ইম্ফাল ।

মখুম য়েকপীবা
এসঃ সুন্দরাম সিংহ

# মাবু ঐগী ইচল!

ফোংজবশিং :—

শ্রীহৈস্নাম জয়কুমার সিংহ—যুম্নাম লৈকাই
শ্রীকাংঙবম জুগোলচন্দ্র সিংহ—কৈশামপাৎ
শ্রীশানৌজম রাধেশ্যাম সিংহ—চিংঙামথক
শ্রীসেরাম কুবের সিংহ—থোকচোম লৈকাই, শিংজমৈ
শ্রীশারুংবম ইঙোচা সিংহ—চীংঙামথক
শ্রীপিঃ জামিনি সিংহ—শগোলবন্দ
শ্রীকেঃ বসন্ত শার্ম্মা—শিংজমৈ কৈথেল

# মাবু ঐগী ইচল!

কোংজবশিং :—

শ্রীহৈস্নাম জয়কুমার সিংহ—য়ুম্নাম লৈকাই
শ্রীকাংওবম জুগোলচন্দ্র সিংহ—কৈশামপাৎ
শ্রীশানৌজম রাধেশ্যাম সিংহ—চিংঙামথক
শ্রীসেরাম কুবের সিংহ—থোকচোম লৈকাই, শিংজমৈ
শ্রীশারুংবম ইঙোচা সিংহ—চীংঙামথক
শ্রীপিঃ জামিনি সিংহ—শগোলবন্দ
শ্রীকেঃ বসন্ত শার্ম্মা—শিংজমৈ কৈথেল

## কচ্চরা

তান্নাগী মিরবা খোঞ্জেলবু
শুঙ্কাৎনিংঙাই ওইরবা য়ান্না,
নিংথিবা বিনাগী সুরবু
ঙমজনিংঙাই মওংগী খোম্থাং ;
তাজবা ফংজহৌদ্রবা ঐহাক্না
কচ্চরিবা খুদোলসে
লৌবিয়ুকো থম্মোয়গী মুংশিবা।

পূর্নিমা থাজগা পাংথক্কবা
নিংলগদবা থাজনা হেন্দ্রবোই,
চেংলৌ শক্তমবু নিংথিবা
শক-লাংজবা ঙমজহৌদ্রবা ঐহাক্না
কচ্চরি পিরাংগা লোয়ননা
"মাবু ঐগী ইচল" মীংথোনখ্রবা

মপুং ফাদ্রবা য়াখলগী লৈচলসে
ইবুধৌ—ও ! পম্থৌ পোকপা
খুয়া থম্বাল অনিদা
কচ্চরিবা খুদোলসে লৌবিয়ুকো।
অয়োন অয়ান্ ঙাকপিয়ু
পুনেমজরি তোল্লবা নশুনা ॥

ইবুধোগী নশু—
শ্রীদিনমনি হাওবা
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই
ইঙেল নিনি পানবা, '৬৭ ইং।

# "থাগৎচবা"

"মাবু ঐগী ইচল" হায়বা নোভেল অসি পারুবদা ঐহাক্কী থম্মোইদা "মৈতৈ কবি লাকখিনি খংদবনা হায়বনি" হায়বা কবি চাওবগী রাহৈ অসি চেৎনা থাজহল্লি। মরুপ দিনমনি সিংহগী লাইরিক মচা অসি মণিপুর সাহিত্যগী শকয়েং মিংশেল অমা ওইবতা নত্তনা সমাজ সংস্কার তৌবা লাইরিক অমনি হায়না ঐনা লৌজৈ। সাহিত্য অসিনা জাতি অমগী শকয়েং মিংশেলনি। নৌনা লাইরিক ইবিরিবা মরুপ-মপাংশিংনা সাহিত্য চাওখৎনবতা নত্তনা, সমাজ সংস্কারগী লাইরিক কয়া ইবিদুনা শোৎথহোববা মণিপুরবু অরাংবা থাক্তা পুখৎপিগনি অমসুং মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরনা লমজিংবিবা ওইসনু।

নহাক্কী—

শ্রীহৈস্নাম জয়কুমার সিংহ

এডভাইজরি মেম্বর,

ওল মণিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন, ১৯৬৬-৬৭

---

## "লাম্থোকচবা" মাহৌদোক

শুক্না মল্লবা অহিংগী
তাংলৌ নৈনা থেংলবা
ইচিক ইহুন তম্লবদা
অকিবা ফংলবা নোংথাংনা
অতিয়া শিনথুংনা শন্দোক্লবদা
কিবনা থক থক নিক্লবা
মদোম লম্মুক্লরবা যাত্রিক্লা
নোংথাংগী ঙাম্থোক্লকপা মঙাম্না
লমজিং মৈরা ওইবগুম
পাংদ্রবা ঐগী রাখলবু
চাম্নরবা মরুপ-মপাংশিংনা
খুজেং পাল্লোয়নননা লমজিংবিবদগী
**উপন্যাস** লাইরিক ওইনা
ময়ামদা লাম্থোকচবা ঙমজবনি।
ঙসি তোল্লবনা লাম্থোকচরিবা
মতিক চাদ্রবা লাইরিকসি
অমুক অমুক্তুং মিৎয়েং তাবিদ্রনা
হোৎনজবগী মহৈ য়ালহন্দুনা
মরুপ-মপাং খিবিকী
লমন শিংবা ঙমহনবিগনি
প.লবনা ময়ামদা নোঞ্জরি।

ময়ামগী ঃ—

নৈচঞ্জবা।

# মাবু ঐরেগী ইচল

## অহানবা শরুক

পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও মনিপুরদা য়োরক্লুবা মীপুম খুদিংমক অরাবা ঊপাক্তা তাউনয়ে। লাইরবা, ইনাকখুনবা থাক্তনা মাগী মাগী থরায় হিংনবা লাল কল্লা য়োদবা মণিপুরগী লরায় থরায়দা লাক্লেম্মরক্লে। ইনাক খুনবা কয়ানা শিত্রগা শোয়দরে হায়রদুনা মান, চাং, শনা, লুপা কাওবা হুন্দোক্লম্মগা লানজেম্মরক্লে। কনা কনাগুম্বা পুকচেল পিকপা মী থরনা লান্দা থরায় মাংবা কাওবা কিদনা সনা, লুপাগীদমক্তা বোম, তোপ মরক্তা চোংশিন্দুনা অরাবাদা তারব। মীওইশিংদগী য়াওরকপা মান চাং মুন্দুনা রাখল থেললবা মথোয়গী পুন্সি অদু হিংনবা হেৎনবনা ওপায় অমনি মী কয়া মরুম অমনা মচা কায়নবগী মৈচাক্লা কল্লবা খোল্লাওগা লোয়ননা তেংথারি. থরা অমনা অঙাওবগী পান্দমগুম মপা, মচা কায়নদুনা বোম, তোপকী মৈনা কংদুনা লৈমায়দা ওস্থোয়না তারি পিক্লিবা অঙাং কয়ানা বোমনা ককতুনা লৈমায়দা পুন্সিগী রাহিপ তাল্লিবী মমাগী খোল্লাং নাম্মা চিংদুনা হয়াও মথোয় কানা শান্নরি।

নিংথিজরবী চেকী য়ুম, শংগোয় খিবিক্লা বম, তোপকী মৈথেং কংবদা মরুভূম্মীগী চাউরবা লৈঙোয় মপৈ মপৈনা অকনবা নোং দুংশিং লাকপদা নিংথায়বগুম নিংথায় নিংথায়দুনা চিংদুমগী মতোগুম

লৈমায়দা পৈরি মীপুম খুদিংমক রানবে, হুরাঙাজংবা ঊলাতুদা ভাউনবে; অমনা অমগী মতেং পাংনবা ঙমনত্রবা মতমনি। অসিগীসু মথক্তা লালগীদমক্তসি হায়রহনা লাকপা সিপাইহি শিংগী মরক্তগী পুকচেল পিক্লবা কয়ানা লম্বীদা চংচবী অমদি ইমুংদা লৈজবী মতু শোল্লবি হূপী-নহা কনাবু কা-কাহ্নলা কত্রবা অত্যচার কয়ানা ওৎপিরি। কত্রবা লমচং অসি উরদা থাংজমত্রবা ময়া মচা ওইবা মীশিংনা অরাবদগী কননরা হোনজবদা শাগুল্লবা সিপাহি-শিং অহুনা শাথিনা ফুরিরি, অমসুং লম্মথাংদা মপুক্সি মাংহনবীরি। মথোয়শিং অহুগী মরক্তগী পুকচেল চাউরবা সিপাহিশিংনা কত্রবা লমচং অত্রবু থিংনবা হোৎনবদা সিপাহিশিংগী মরক্তসু তত্তনা খৎনরি।

লখী, খোং, কয়া-কয়ানা খোমনা কক্কুনা উপায় লৈত্রবা প্রজাশিংবু অরাবগী মথক্তা অরাবা ওইহল্লি। লম্বীগী নাক-য়েক্তা অমদি লম্বীদা নোংমৈ শুজিনা পল্লবা অশিবা কয়া, অশোককপা কয়ানা উতুপ, রাতুপ, তাবগুম লৈমায়থক্তা তারি। ডাক্তর খানাদসু অশোক-অপলনা লিলা পালাদা তিনবা মীয়ামগুম অঙকপা কংনা লৈরি। অশোক অনা কয়াগী মৈচাক নাহে খোয়াওনা ডাক্তর-খানা অহু পুমনিজ নিরতুনা অকিবা অমা পোকহল্লি। অশোক অনাদগী কনবা ঙমত্রবা অশিবা কয়ানা ডাক্তরখানাগী নাকল অমরোমদা কীচোনা কুপ্তুনা থম্লি। কয়া থেংনরবা লায়া মীকুপ খরদং লেপখিবদা ডাক্তরখানাগী গাড়ীনা অশোককপা অমসুং অশিবাশিংবু হোল্লি। অশোককপা মীশিংনা ডাক্তর-খানাদা পুশিল্লি;

অশিংবাশিংনা মকম, মকম চাবা লম্বাং অমম্ভু তুরেললচিংবগী মপাম্বা পুক্রম চৈ কাকপি অস্থা মনিপুরগী মকম অরাঙবা লানগী ঙৈরাংদা ডাউহনা কাং-থোং চায়রে। মসিগী মতুংদা ইম্ফাল সহরবা অকনবা লানকম ওইরক্লে। ইম্ফালদা লৈবা মীপুম খুদিংমক মাগী-মাগী মরি-মতা, থংবা চাবক্ম লানগী ঊরাং কম্বা লমদা থবাম হিংনবগীদমক্তগ লাক্লেনম্মক্রে। মৌ অমথকম্ চহি ৩। ৪ মোৎম্রা চাই রিবী মচাকুপী অমা পোরহনা কী মরোম মতা অমনা মকোক্তা কাপ্তুনা পুরগা মহাক্ম মুমক্খনবা অহল অমগী ইমুং মহুংগী মীশিংগী মতুং ইরহনা লাক্লেনবা লাক্লি। মথোমনা মথা পাংলা লাকপনা হিয়াংথাং. শমুয়ো অসিনচিংবা লম পুরমক অসি হন্দোক্রমম্মনা রাজোম কৈকেথলদা থুংলরে। মকম অসিদা অহল অহনা নহা ওইরিবৈদগী ভিমরকপা মরূপ অমগী মমনদা চংতুনা মথোয় পুরমক লাল লোয়ত্রিকাওবগী মুমদাংতুনা লৈকরে। মকম অসিদা মমা, মচা অনি অহম মতম থরগীদমক্তা লৈবা ভারন্বী।

নোংমা নোংমা হৌশিনবা নোংমা, কমা হৌত্রে, নীনী কয়া চনখ্রে; মতম কয়া শাংখ্রে। লালজাওদি লেপ্পা লৈত্রি, লেমগী মহত্তা অহুম, অহুম হেক্তিলকপতনা শকক ওইরক্লৌ। লাক্লেমকপশিং অতুম্ মথোমনা লৈক্ক লৈরক্লিবা ইমুং, ইমুং অতুদা অতুম লৈনরী অতুবু ইনাক খুনবশিংগিদি লাক্লেনবনি হায়তুনা থোম্নোক্না রানিংঙাম লৈতে। খুদোং চাত্রিবদি লাইরবা অনংবা মীশিং অতুগী পুন্সি অহনি। মীগী মমুমদা ভাংহনা লৈরে, চানিংঙাই থকনিংঙাইম লৈরক্লে; লৈকবা পৈশাম রাংলকলে কময়া মথোয়গী পুন্সি অহু

হিংগনি। নৌরিদৈ মতমদা মখোয়না পুক্নমকপা অচা অথক, পৈশা-খুংশা অহম লোংমা লেপচনা চারকপানিনা লোইখোকৈ। লোংমা নিনিদি ইমুং অহুগী মীশিংদা চানিংঙাই লৈরে, ঙসিদি মতেং পাবা নিজগে হায়নবনু ঊকায়রমদে; মুথ্‌ অহুনমু হয়াও হয়াও চানা থরুনা অবৈবা, পোৎ-চৈ থয়া পুখোকতুনা পীরম্ম। মতমনা কুইরক্লবা অহুদদি হায়নবমু ঊকায়রক্রে, মুমু অহুনমু পীজ-পীথক-লিংলকক্রে। কয়া অমা অনংশিংগী পুন্সি অচু হিংগনি। পৈশা য়াশি শুবা চৎতুনা লোংমগী চয়া থিগদবমু মপোকতৌজগী লৈরকপা লমদি নৎতবনিনা কনা য়ানিংঙাই ওইরম্মী। অহুবু নিপা ওইবদি ঊকায়বা পনবু নমথেক্তুনা চাদবা য়াদবগী কোয়না চৎতুনা পৈশা য়াল্লি শুহুনা হিংবা ওয়বা হোৎনৈ। লুপাগী মপোক্তা ওইরবদি করম তৌগনি? চয়া হেন্দ্রুনা শিবা নত্তনা উপায় লৈত্রবনি। অসিগুম্বা অরাবা পুন্নমক অসি ঙসিদি মপা লৈত্রবী, পু-পাং শুত্রবী জাতিনিগী মক্কমদা খোক্লরে। চানিংঙাই লৈরকক্রে, থকনিংঙাই য়াৎলক্রে। লাকমিন্নবা মীশিং অহুনমু নৌরিদৈ মতমদদি অরাৎ অপা তানা তিন্নহুনা চাদিন থকমিন্নরম্মী। মতমনা কুইরক্লবা অহুদদি লাকমিন্নবা মীশিং অহুনমু মহকপু পিজনিংঙক্রে। মহাকপু পুথিরকপা অহল অতুনা হৌখিবা সুমিৎ থরদি পুন্না চামিন্নবা অচু মখিং পুংহনবা ঙম্মি; অহুবু হৌজিক চানিংঙাই মপোৎ য়াৎলকপনা মখিং পুংহলবা ঙমক্রে। মরম অসিনা জাতিনি নম্বা নচা তৌগায়া থোং-থাক্তুনা চারো, মতুনা নংঙোম্বা কোম্বা হেলগনি। ঐখোয়গা পুন্না চান্নবদি থবক অমা তৌবমু পুক্লিং

চংনা তৌবা ঙমলরোয়; হায়রূনা ঙাংলম্মি। রাহৈশিং অম্রি তাবদা মী অমা ওইবগী ইকায়বা পোকলম্মি। তোঙান্না চারগে খল্লুনা মুমিৎ অহুদগী হৌরুনা তোঙান্না চারম্মি। মতোমতা চারবা অহু দদি অরাবা শকক হেনগৎলক্লে। মশানা শুজরগা, মশানা তাঞ্জরগা মশাগী চিঙ্গাকপু পুজবিনি।

ময়ুমদা লৈরিঙৈ মতমদদি ফিশা-লোনশা তৌরুনা থাকচবা ঙমজরম্মি লাঞ্জেবনি হায়রূনা লরায় মচি অমদা মীগী ময়ুমদা তাংরুনা লৈরুরে। মাগী ফিশা লোনশা তৌবগী মপোৎ মচৈ অদুসু লোয়না থনমলে। হৌজিক করি করম তৌরগা মাগী মপুক থাকনি চাদবদি য়াদবনিনা লৈকায়দা কোয়না চৎরুনা ফোৎসু লোনসু তৌরুনা মপুক থাকপা ঙমৎবা হোৎনবা অদুসু পুবা ঙমলকত্রে। তামরোমদসু মহাক নহানি, মশক-মতৌ পংথি থিব নৎতে মশক কজবি মুপিন কনাগুম্বা নিপা অমদা ময়ুম পানগদবসু মচা অপিশক অহুনা অপনবা ওইরে। মাগী আশাসু অতোপ্পা নিপা অমদা ময়ুম পান্দুনা তুংগী পুন্সি অদু মুঙায়না লেনবগী মহুত্তা চরা হেন্দুনা পিক্লিবা মচাসুপি অদু চাওনবা য়োকপদা শিখ্রবসু শিখ্রগে। হৌখিবা নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিসু পলেম, পম্মৌ অনিনা মসুং-মতম চাদনা লৈখিদবনা মপা পোকপি মহাকীদি মবোকী শেগাদা লৈরুনা অহলগী য়াথং ঙাক্লবদগী অতোনবীগী পুন্সি ওইরুরে। লাক্লিবা তুংগী পুন্সি অসিদসু অতোনবী ওইরুনা মীগী মীরা মীশা লাংরুনা মীনা থিনা ঙাংনবা অদুসু পামজদে। মহাকী রাখল হায়ববু করম্বা থবক শুরুনা মমা মচাগী নোংমগী চরা তান্দুনা হিংবা ঙমগদগে অসিনি।

মহাকপু লমজিংবিরকপা অহল অতুনস্থ শঙ্গোয় মচি অমদ তোঙান্না থাজুনা থম্বিরে। মখোই খর অতুনা ইমুং অতুগী মীশীং অতুগা অমত্তা ওইতনা পুন্না চাম্মিন্নতুনা তুংঙায়বা মিনোক লোয়ননা লৈমিন্নরী। মহাক্না শঙ্গোয় মচি অতুদা অন্না অনংগী রাখন্দা ভাওতুনা অঙাওবী অমগী পানদমগুম্না লৈরি।

জামিনি মহাকী মপোক অসি ওংম্বাকপনি। লৈকায়গী য়ুম খুদিং চংতুনা নোংমগী চন্না থিনবগীদমকনি হায়তুনা নোংমনা মীগী ফৌম্নু-লংলুই। নোংমা অমনা অতোপ্পা ইমুং অমগী অমোং অকাই শেংদোকলুই। অস্নুম্না তৌতুনা ফংলকপা চেং চাক থন্না অতুনা চন্না নাম্বা চা নাম্ব হেন তৌতুনা তোঙাননা চায়বা তুমিৎ অতুদগী ঙসি ফাওবা লৈরক্লি করম্না অসিগুম্বা থবক অসিনা মহাকী মপুন্সি অতু হিংবা ঙমগনি। অমদি মচা সুপী অতু করম তৌনা য়োকনি ফনা য়ানিংঙায়নি। অস্নুক য়ানা লেনবা মহাকী পুন্সি অতু য়ুম্বু অতুনা অশাওবা উৎপা হৌরক্লে। মীগী ময়ুমদা চংতুনা মীনায়গী পান্দমগুম্না নো মগী চন্না থিগদবা লৈরবদি ইমুং অসি থাদোকখ্রনা চৎলো হায়রক্লে। অসিগীস্নু মথক্তা মহাকপু পুখিরকপা অহল অতনফাওবা অসিগুম্বা থবক অসি তৌগদবা লৈরবদি ইমুং অসি থাদোকপিরো। মখোয় খ্বাইনা মতম থরগী লৈবা অসিদা খুদোং চাদবা অমা ওইরে হায়তুনা ঙাংলকলে। জামিনি অরাবা শরুক্না অন্তুম হেনগৎলক্লে। হায়গী রাখল অতুগী মথক্তা অতোপ্পা অমা অমুক হাপলকলে ইমুং অসি থাদোক্লে কনাগী মফমদা চংলুগনি; থাদোক্তে চন্না হেন্দুনা লৈবা। চাদতুনা লৈরে মহাকী পুন্সি

অদু অরেম্বদা মাংগদৌরী। করে মহাক অসি মাংগ্রসদু মচা অদু কনানা য়োকপিদুনা মহাকী পুক্নিবু শেখীগনি। হৌজিক জামিনি অকনবা নোংদৈ মুংশিংকী মরক্তা মরা চেংত্রবা উপালনা ভুরোয়-ভামলোয় রানা খাওবগুম রাখলশিং অসিগী মরক্তা রানা খাংজরি। অরাবা রাখলগী ইরাংদা তাওদুনা অহিং কয়া ভুমনকত্রে ওসিদু রাখলশিং অসিদা তাওদুনা কমলমবদগী অরাবা চিন্তানা মুলগৎলক্তুনা ইখং খংহৌদনা লৈমায়দা হায়খরক্লি। মনাক্তা শাম্নজরম্বী মচা মুপী অদুনা জ্ঞান য়াওদনা হিপ্রিবা মমাগী মশাদা নোম্নদুনা মমাবু কৌদুনা কপলক্রে। ওহাক লৈরগা জামিনি জ্ঞান লাকলদুনা হিপ্রম্বদগী হৌগৎলকপদা মচাবু উরুরে অমত্তুং চেৎনা মথাদা কোন্দুনা হিক হিক কপ্লকলে। পংলিবী জ্ঞান য়াওত্রিবী মুপিমচা অদুনা মমাগী কপ্পা উবদা পুক্লিং মুংশিরদুনা ভাব তাদনা অণ্ডাংগী হৌনবী কপ্লক্রে। অণ্ডাংনা কপ্লকপদা খোম্লাং নাম্মা ইনবীরি মচাগী ময়াদা, মীৎতদি পিনা ভৎতনা শিম্বরদুনা মচাবু মুংশিনা য়েংজরী। কপচৈ হায়বদা মণ্ডায়রে মহাকপু হন্না য়েংবীনবা লৈত্রে। মহাকী হায়ববু — মহাকী খম্মোয়বু মহাক্না কাজিনজবা — মহাকী রাখলবু মহাক্না খেমজিনবা —।

---

## অনিশুবা মতাং

ওসিদি জামিনি পিকলিবী মচামুপী অদু পোরদুনা পিক্তক তৌবা কি ময়োম মচা অমা কোক্তা পুরদুনা ইমুংগী মীশিংদগী বিদায় লৌরদুনা অতোপপা মুম অমদা লৈরুনবগীদমকতা খোঙ-

শাল্লক্রে। খোঙ্গাল রাংবা লাকচুবা য়ুম অচুবু তুংওইননা থনম-লগা সয়োক অচৌবা তন্না খোঙথাং কল্লপ থাওচুনা লাকলে। মাবা হান্না লৈরম্বা য়ুম অচুগা সয়োক অচৌবা অচুগ. খোয়না লাপনদবা অমদি খোঙচৎনগা লেপ্তুবনা সয়োক য়ৌরে। সয়োক য়ৌরবা মতমদদি জামিনি চৎকম খঙলক্রে। করম্বা মাইকৈদা চৎলগা কনাগী মরুমদা চঙলুদুনা অরাবা অসি তমলুরগা কনানা মাবু তুংশিবীগনি. অমসুং চঙজকম পিবীগনি হায়বগী রাখলদা লুপতুনা মকম মরাং খঙদনা মথা পাংনা চৎথরক্রে। মানা অসুম লাকপনা রাঙ্গোয় লম অচু তুংওইননা লৈহৌরে। মকম অচুদগী ফনা লাপ্পা লাক্রে। কালেল থাগা ওইবনা তুংশাগী য়ারবা মৈশানা মশাদা য়ৈরকপনে, ওরাং অয়ুক্তগী চরা হেল্লকপনে, মশা অচু চোকথবনা চৎপা ওক্রে।

হান্না চৎলম্বা খোঙথাংদগী থন্না তপথরকলে। তুমাংনসু মশা পুম্বা চোৎলে। নঙবা পোত্থনা পুরকলিবি মচানুপী অচুসু তুঙশাগী মৈশানরা, নত্রগা মপুক লামলকপনরা কম্রিগিনো কপ-লকলে। জাম্বিবীনা মচানুপী অচুবু কপ্তুনবা থেম্মজিল্লি হায়বচু মডাইরে; অঃাং অচুদি কপ্পা লেপত্রি। মহাক তৌকম খঙলকত্রে—চরা হেনবগী রাবনে, তুঙশাগী মৈশানে, মচা অচুনগা কপ্পকপনে; নহা ওইবগী ইকাইবা অমগা মাওবমে বুদ্ধি লৌশিং থোকত্রে। উপায় লৈরকত্রবদদি করম্বা ঈশ্বরনা শেম্বীরকতুনা মীওইবগী মপোকতা পোক্লক্তুনা অরাবা সংসারগী ঈপাক্তা লংথবিরিবনো হায়না খন্দুনা চৎনা চৎনা মীৎতা পিগী ঈপোম্মা ইহৌরকলে।

মরক মরক্তসু খিংবা ওমহৌত্রবা পিগী মরিক্কা মখিকী কোমদগী পাথোক্লক্তুনা তঙাংলবা থজাই তম্না চেনথরকপদা লম্বী চংপা মীশিংনা উখিগনি মওংগুম হৈল্লিবা কি অহুগী মচি অমনা তৈথোক্লী। কনা কনাগুম্বা রাখল নৈবা মীশিংনা লম্বীদা লাকপা মত্তমদা মতৌ অহু উবদ, থম্মোয় শোক্লা শোল্লবসু ময়াউই। থম্মোয় অঙাওবা ঐ খেগৎলকপা নহারোলশিংনা উরবদি মশক মতৌ কজবী মৌ নহা অমা ওইবনা লকনবিরি। মচিন কাবা ওমদ্রবা সুপী কয়াগা থেংনক্লরগা মচিন অহুবু কাঞ্জিনবা ওমদবদগী অখিবা রাহৈনা লৈত্তেংখিরম্বসু ময়াউই। অসুম্না লাকপনা কনা লাপ্না লাক্লবদদি খোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা থেংনরুরে। মতম অহু কাওবা অঙাং অহু কপ্পা তোকত্রি। তৌকম থঙলকত্রহুনা উপাম্বী অহুগী মখাদা চংহুনা অঙাং অহু পোরম্বদগী থারগা মতমবাক্তা পমহুনা কমথরগা খোয়াং হৈনবিরি। মমাগী অমৃত কংবদা কপ্লম্বা অঙাং অহু তোকথ্রে। শারবা কালেনগী সুংশা মরক অহুনা লিরি শীৎপা নামিবা সুংশিংকী শউম কংবদা সুংশাগী মৈশা থাংলম্বা অঙাং অহু মোল্লবা তেরা মোম্পাক্তগী হেন্না থোংলবা মমাগী তম্পাক অহুদা অসুম অসুম তুমথথরে। সুংশিরবা মচানা সুংঙাম্বনা নিত্র লায়রেম্বীগী তুং ইন্দুনা তূম্বগী সংসারদা শাম্নবা অহুদা অরা-অনং খিবিকী রাখল পুম্নমক কাউথোকখিহুনা নিংখিরবা ইংলবা মথুংনা মচাগী কজরবা মায়থোংদা তপ্পা তপ্পা নানবিরি। অমুকসু কী মচি অমা পায়থংতুনা অঙাংগী মশাদগী থোক্লকপা হুমাং মরিকশিং তৈথোকপিরি। জামিনিগী অঙকপা রাখলনি। অমরোমদা

য়েংলবদি মহাক অঙাওবি অম'নি হায়বদা হায়কম খোক্লবা নত্তে। অমুকসু মসি হায়বদা হায়কম খোক্লব রাকমনি। হৌজিক্তা মচাগী মায়খোং য়েংদুনা অর ম খৌরাংবা পুম্নমক কাউথোকউরবা মহাক্নি। অদুবু ইখং খ'হৌদনা অয়ুক্তা নোংহোনা মায়কৈ শিন্থুংনা চুথরকপগুম মচা মু শিবগী ইরাংদা তাউরুরবা মহাক্না অরা-অনং পুম্নমক নিংশিংলকই। অসুম ওসুম খন্থরুরগা মমিৎতগী মপি শিন্থরক্লে। মরক মরক্তসু শোন্থংনবা খোঙ্লেন্দা খংহৌদনা অসুম্না খোকখি—কনাদা ঐগী চংজকম, করম্বা মফমদা ঐগী পন্থুংকম ;—অমরোমদা অমুক চাদ খঙুবগী ফলন। কবিগুম্বা পিক্লিবী অঙাং অসি হুন্দোক্লমলগা শিখিবা খোক্লবনি অঙাং অসিনা কনানা য়োকপিহৈদুনা মহাক্কী পুন্সি অসি করম্না হিংহোগনি। মসিনা মহাক্কী রাখলগী লিলাদা ঙাংলকপা রাঙাংনি। অসুম্না তৌরম্বদগী লম্বিনি হায়ব' ভাব তাররুবদ ম'প তৈথোক্লগা মচাবু হান্নগী মতৌ'গুম্না পোখৎতুন' মখা পাংন' অমুক চৎথরক্লে। ঙরাং অয়ুক্তগী চারক্তবা মরমনা মশা অদু চৎপা ঙমলকত্রে। মখোং থাংবা খোক্লকত্রে, চৎলিবনি হায়বগী রাখলদা চৎপ, মঙায়রে। মহাক্না পুজরকালবা ময়োম মচা অদু ফাওবদা লম্বী অদুদা হুন্দোক-লমলসিরা হায়বগী রাখল খল্লকলে।

নঙন্দা পোরিবি ফুংশিজরবি মচা অদু পোবা ঙমলকত্রদুনা অমুক পমলে। পন্নগা রাবা ফগত্রা খন্দুনা পমলুর্বনি, মদুনা অমুক হেন্না রাবা অমা ওইরদুনা অমুক পোখৎলে। অসুম্না অমুক পম্, অমুক পো তৌবদুদা তুম্নম্বা অঙাং অদুসু তুম্বা

য়াত্রব্লুনা মিৰুপ খোকলকনে। মশা অত্থু চৎপা মতমদা য়ু অঙাওবা মীনা চৎপগুম তুরোয় ঙামলোয় তৌদুনা চৎলক্লনে। হুমাংনসু মশা পুম্বা চোংলে, চাকস্থ হায়নিংঙায় লৈতনা লামলকনে। করি করম তৌরগা অরাম খৌরাংবসি কোকনি হায়বস্থ খঙদবা নত্তে। খংলিবনি। খংই হায়বদা মঙায়রে চানিংঙায় থক্লিংঙায় করিগুম্বা অমত্তা য়াওরক্কবনা খংদবগা চপ মাম্নখ্রে। মশাদা পৈশা থরা য়াওহুনা চান-থক্লবা পোং-ঠৈ লৈদুনা মীগী ময়ুম অমদা চংলগা খোং-থাক্কদবস্থু, অমদি চানা থক্লবা খোং থাকতুনা তৌগদবা খুদোং চাত্রবস্থ হোটেলদা চংহুনা চাগদবস্থ পৈশা য়াওদবনা তৌকম খংত্রে, মীগী ময়ুমদা চংহুনা নোঙ্গু রাহৈ কয়াগা লোয়ননা নীরুগদবস্থ নহা অমা ওইরুবনা থবক শুনিংদহুনা তৌরিবনি হায়হুনা অথিবা রাহৈ কয়া শিজিন্নবিরক্কদ্রা খল্লুবনা অপনবা অমা ওইরে। খৌনাওদা খোকলমবা তিল থন্না অহু য়োৎ-য়োৎতুনা চৎলম্বস্থ অরাম খৌরাং-বনা হেনথিবনা খোকপদা রাংলকনে। অস্থুম্না রানা-রানা চৎলকপনা ৰুনা য়াম্না চৎলকলবা মতুংদা চৎপা ঙম্লকত্রহুনা ৰুমথরকনে। মমিৎ তন্দল পায়বগুম তৌরকনে, পোরম্বা অঙাং অত্থু লৈমায়দা থম্লগা শোর মপী শাংনা হোন্দোকতুনা ৰুমথরে। ঙসি অসি মহাক্কী মৃতু ওইরো হায়বা স্থুমিৎ অহুরা খনখ্রে। শিরমদায় অসিদা করম্না অরাম খৌরাংবা কোকদগে নিংলকনে। শিবদা মতিক চারবা শিগদবস্থ মিকুপ থরতা ঙায়রবা অহল ওইবা মীশিং অত্থু ৰুাওবা শিনিংদবা মীওইবগী মপোক্লি। অসিগুম্বা মীওইবগী মপোক অসিদা জামিনিনা করম্না পিক্লিবি মচাহুপৌ

অছুবু থাদোক্লমছুনা শিগদৌরিবনো হায়বা অসি অঙকপা রাকম অমনি। অছুবু মহাক্কী রাখলদি শোয়দনমক্কী অমত্তা ঙায়জরবি মচাসুপিবু লম্বি লম্মাং অসিদা মতোমত্তা থাদোকলমছুনা অশিবগী খয়াংতা ভাবা শোয়ক্রে হায়না নিংলি। রাখল অসিদা লুপ্লুবনা খোৎলবা থম্মোয়দা মচা চুংশি চৈনা ফংবদা লুরবা পিগী মারক্না নিংথিরবা মিৎলু কাওছুনা থজায় তম্না শিন্থরকলি। খল্লু খল্লুরগা মচা চুংশিবগী ইথিলনা অস্তুম হেঞ্জিললক্লি, পিস্থ ইপোম কম্না ইহৌরক্লক্লি। মমাগী মতৌ অছুদা পিক্লবী সুপীমচা অদুনা মমাগী ওইগী নাকন্দা ফমলদুনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরি। মচাগী রাখলদা লুপখিবনা জামিনি থম্মোয়দা লৈরিবা অরাবা অছু থাংবা ঙম্নবা হায়ছুনা মমায় অদু লৈ-লৈছুনা পিগী ইপোম থিংনবা হোৎনবদা মচা সুপীবু উক্লরে। মহাক্ল মচাস্থপী অদু উবদা চেৎনা মথাদা তনকোন কোনথৎতুনা কপ্পা কপ্পা তনিকপা রাহৈনা "ইমাগী ইবেম্মা ইমা শিখিরোই করিগুম্বা শিদবা য়াদে হায়ছুনা যম রাজগী দুতশিংনা ইমাগী থরায় লৌবা লাক্লবস্থ ইমানা মথোয়গী মথোংদা কোন্দুনা মতম থরগীদমক্ত মমল য়াওত্রবা ঐগী থরায় অসি নিজগনি। কৈদৌঙৈদস্থ ইচাবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্মোয়। ঙায়খো! করিগুম্বা ঐনা শিখিবা খোক্লবদি নং ঐগী তুং ইল্লকপা ঙমগত্রা?—ঙমগনি হায়না থুমউ," হায়ত্তনা করিস্থ খঙজদ্রিবী জ্ঞান য়াওজদ্রিবী মচাগী মশাদা নোয়ছুনা চোয়রোন রাহৈনা লৈতেংলক্লে। অস্তুমনা নত্তা নত্তবা রাখলগী লাংদা থুদুনা অরাবা অশাগী লম্বীদা খোঙদাছুনা অঙাওবা অমগুম লৈরিঙৈ মতম

অসিদা মথারোমদগী সিকাহিগী গ'ড়ি খরা অরাংপাংনা কন্না থৌগৎলক্নি। গাড়ি'শিং অসি লাল্গীদমক্তনি হায়রনা ডাকশেল্লিবা সিকাহিশিংগী পুথোক পুশিল তোৎ্ব। গাড়িনি। বর্ম্মাগী লম্বীদা চৎকদবা গাড়িনি, লম্বী থোং, শুংঙাইতবদগী ময়াংইম্ফাল লোমদা কাওদুনা লাকপনি। অসুম লাকপন' জামিনীনা অরাম খোয়াংবগী মৈচান্না অঙাওবী মুগী অমগুম্না অণ্ডক অগুকপা রাখল্দা লুপতুনা মচাবু মথাদা চেৎনা কোনজদুনা লৈরিবা মক্ষম অদু য়ৌরক্লে। গাড়ি মসুংদ. তোংলম্বা সিকাহিশিং অদুনা জামিনিবু উবদা লক্লবিরি, খরা অমনা মরৈ শাংনা তিংথোক্লগ: লৈ অদু য়ামুংদা ক্রোক ক্রোক ওৎতুনা লক্লরী, খরা অমনা মখোয়না চাগে হায়দুনা পায়রম্বা ডবলরোটি অদুনা মঙোন্দা তম্না লংথরক্লুনা কয়েন্নরী মসিদা অরাবনা জ্ঞান মাংলুরবা জামিনিনা নত্ত নত্তবা রাখল কয়া অদু কাউথোকখিদুনা অ'কবা অমা মপু কুংদা ফাওরকলে। থোৎলবা মাইথোং অদু অকি শক্তম উৎতুনা সিফাহিশিংদা য়েংলি। গাড়ি হায়বা অসিদি মীনা থে'ওনা চেনবদগী হেন্না য়াংলিবা ইঞ্জিনগী মপান্না চৎপা মরমনা অসুম্ন জামিনিনা অকি শকফমদা য়েংলিঙৈদা গাড়িশিং অদু মথং মথং অসুম মঙোন্দগী লাপথোকপ্রে।

গাড়িনা কম্না চেনখিবা অদুদা লম্বী মথক্তা চোইনা তাদুনা লৈরমলবা উফুন মরিকশিং অদুনা অতিয়া তম্না মথকলোমদা পাইথৎলক্লে। মালংগী তুংইন্না উফুন নরিক মরিক অদুনা কোয়না কোয়না পাইবা মরম্না মহাক্না ক্ষমলিবা অদোমদা পাইশিল্লক্লে। তিগুক্লা অকিবা মিৎয়েংদা লৈরিঙৈদা মীমুংশি খংগ্রবা উফুন

ময়িকশিংনা মিৎমুঙ তয়া পাইশিনখে । হকচাগী কয়াৎ শরুক-শিংদগী মপাঙ্গল শোল্লবা অমম্বুং হৈহিশিলবা মিৎনা পিরুবা উকুল মরিক খরনা মিৎকী কোমদা চংখিবদা চেক্কেৎ উইশিনখে । অরাবা খাঙলি অস্থুম্না ঙাহাক পুঙ্গোই উইশিল্লরগা জামিনিনা মথুৎ অনিনা মমিৎতা নোইর নোইরতুনা ত প্র তপ্লি পাংথোক-রকলে । মমিৎ পাংলকলবদদি অকিবা সুংঙাইতবা পুম্নমক মহাকী রাখলগী রাংমদা থমলগা অরাম খোরাংবগী অশা অমুক লাক্লে । অরাম খোরাংবগী মৈচাক্না হেনখিবনা ঙসাই সিকাহি-শিংনা মঙোম্দা করেম্নতুনা লংথরম্বা ডবলরোটি অতু খুল্লগা চারসিন্না হায়না লেপখে । রাখল অসিনা লমজিতুনা লৈমায়দা তারিবা ডবলরোটি অতু খুলুরে, মচেৎ অম্া শেৎলগা চানবা তৌরকপদা মখোয়দি মীয়োল লোনবা জাতিনি হায়না নিংতুনা অমুকসু হঙ্গোইবা অমা পোকলে ; চাবা ঙমদ্রে অতুবু পুরুংদদি করি অমত্তা তাদবদগী অরাবা অস্থুম হেনগৎলকপনা খাঙবা ঙম্লক্তে, করম্না অরাবা অ স খাংগনি হায়তুনা খল্লকপদা উপায় লৈত্রে । হঙ্গোই হঙ্গোইনা চাবদা তারে । অয়ুক্তগী চারক্তবনে য়াম্না চাবা য়াদ্রে, তথাই অমরোম চারগা হন্দোকখে । ডবলরোটি মচেৎ খরা পুরুংদা তারবা অতুদদি পাঙ্গল খরা থোকলে । হৌগৎতুনা চৎনবগী পাঙ্গল লৈজরে । পিক্লিবী মচাম্পীবু হান্নগী মতৌগুম্না পোখৎলতুনা মখা পাংনা অমুক চৎপা হৌরকলে । অস্থুম চৎলকপনা কনা য়াম্না চৎলক্লে ।

ময়াং ইম্ফাল কৈথেল য়োগদোরক্লে । মতম পুবা ঈশ্বরগী

খোংচস্থ অস্থম অস্থম চৎলকপনা মমগদবা কুইদ্রে; পুংজা অমা অনিরোমগী মতমদা মঙাইরে। অস কাওবা জামিনি পোখাবা তৌদনা চৎপা লেপত্রি। খোংথাংদি হাম্না থাংলবা অহুদগী অস্থম অস্থম তপথরক্লে। তপ্না তপ্না লাকপনা মম্নাং ইম্ফাল কৈথেল য়োরে। ঙসাই মথৈ শারবা কালেনগী ফুংশা মরক্তা মখোঙনা লাকপনা ঈশিং খৌরাংলক্লে। মশাস্থ তপ তানা চোকথরে। কৈথেলগী মনিংদা পিতক তৌবা লম্বী মচা অমা চংলিবা অহুদা জামিনিনা খৌরাংলিবা ঈশিং অহু থক্লবগীদমক্তা পুখ্রি খিবা চংলক্লে। মতেক থরা চংলগা পুখ্রি অমা উরে। পুখ্রি অহুদা ঈশিং থক্লবা মপাল তানা চংলকপদা খোঙ্গাললোমদা কোইনা চংলগা থকত্রবদি খুদোং চাদ্রে, মরম অসিদগী খোঙ্গাল তম্না চংশিল্লক্লে। খোঙ্গাল অহুগী মওংদি ইখোলগী মাইকৈ অপুম্বা শল চংবা ঙমদনবা চেকশিল্লা খাজিনলগা শলগাড়ি চংবা য়ানবা লম্বী অমা কাৎলগা শম্বল অহুগী মচিল অনি অচদা রা অমমম য়ুংলগা শম্বলগী মওংদা রা অনি অহুদা পিক্তক পিক্তক তৌবা রা মচাশিংনা কৈনা কৈনা লেংলগা রা মচাশিং অহু শংতোক শংচিন তৌবা য়ানবা শেমহুনা শাবনি। হায়বদি রানা শাবা খোঙ্গালনি।

হায়রিবা খোঙ্গাল অসি হাম্না মথকী শরক্তি হাংদোক্লমলগা খ্বাইগী মথা থংবা নৈমাইদগী থরা রাংথৎনা হাপলিবা রা মচা অমদি লোন্দুনা নৈরমই। মহাক্না ঈশিং থকে হায়দুনা খোঙ্গাল তম্না লাক্লগা মখোং য়েৎ থংবা অহুদা খোঙ্গাল কানগে তৌবদা

অরাম খৌরাংবগী মৈচাকনে, লমশাংলাকপগী চোকথবনে ; অঙাং অমনগা নঙ্গলদা পোরকপগী রাবনে ময়াম অসিনা মাগী মশাদা ননখিবনা মখোং অহু রাংনা থাঙ্গৎপা ঙমহৌদহুনা হাংদোকহৌদবা অকৈবা রা অহুদা লৌহুনা ইংখোল মহুংলোমদা মমায় উপশিন্দুনা তুরে। পাঙ্গল য়াওব্রবা হকচাংগী কয়াৎশিংদা অমদি মীওইবগী হকচাংগী খর খিঙ্গল্লবা থজিল অমদি থবাকী-শরুক্লা লৈমায়দা ফুজিলখিবা অহুদা উপনা তাহুনা খর থিংখ্রে। ঙসাই মথৈ মমাগী নঙ্গলদা নিংঙাইবা লৈতনা লৈরম্বা অঙাং অহু থংবঙম করিগুম্বা তৌহুনা থংহৌদনা কপলকলে। অসুম থোকউ হায়হুনা ইংখোলগী মপু ওইরিবা অমুবা হায়বা নিপা অহু মফি মরোল কেনা শেংলগা মথুক্তা লিচৈ অমা পায়রহুনা ফুমিদাং রাইরমগী কোইথোকপনি হায়হুনা পরপ পরপ ইমুংদগী থোকলকলমই। অঙাং অহুগী কপলমলিবা মওং অমদি মমা অহুনা তৌরম্লিবা মতৌ অহু উবদা ইঙক ঙক্লহুনা মকম অহু তাম্লা চংশিল্লক্লমই। মনাক য়ৌরবা মতমদদি মহাক্লা ইবেম্মা করি তৌরে হংলক্লমই। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান মাংলবা মীওই ওইরম্বনা হংলুরিবা রাহংগী পাওথুম রাহৈ তাবা ফংদ্রে। অমুক অনিরক কৌরবা ফাওবদা থুমলকত্রবদদি মওং অমনি থংলহুনা মশা পায়হুনা য়েংলুবদা রাম্ববনি হায়বহু অমুবনা থংলে। খিন্দনমক অঙাং অহু জামিনিগী নঙ্গলদগী লোথোকপিরগা মশা অহু ইরেম্না লোংথোকপীরগা জ্ঞান তানবা হোৎনবিরকই। ফনা কুইনা হোৎনরবা মতুংদা জামিনি তপ্না তপ্না খর হোনবা ছৌরকলে। খর

থম্না হোল্লকলবা মতম অহুদদি অমুবনা মাগী মুপী চান্দনিব্নু কৌথোকলগা অঙাং অহুনে ওসাই জামিনিনা পাম্নরকপা মরোম মচা অহুনে ইমুংদা পুশিল্লকউ হায়রকুনা শিন্নরকই। মম্নাক্কা জ্বামিনিব্ কৈকবমনা পমলগা ইমুংদা পুশিল্লকত্তুনা চান্দনিগী কক্নংনা ওপ্না থমবিরে। লম্নাইদা ঈশিংবু য়্বৈবনে অমা অমবু তৌবনে হোৎনহুনা লায়কম্নরকই। অসুম্না হোৎনম্নকপা অহুদা জামিন্নি অহু জ্ঞান থম্না লাকলহুনা ঈশিং ঈশিং হায়না ওপা ওপ্না শোল্লকই। ইমুং অহুগী মুপী ওইম্নিবী চান্দনিনা মতম কুইনা পুন কংনানবীদা য়্নোকতুনা থমলবা ঈংলবা ঈশিং থম্না স্নান মচা অমদা কললুম্নগা ওপ্না জামিনিদা ইনখিম্নমই। ঈশিং য়্নাউম থম্না থকলবা অহুদদি মমিৎ অনি অহু ওক ওক পাংলহুনা ইমুং অহুবু কোয়না য়্বেংবা হোন্নক্লে। অসুম্না কোয়না য়্বেংলবদগী হৌগৎলক্লে তৌ-রকপদা মথোং মখুৎ পুম্নমক পুংপং পওখু মায়ে হৌগৎপা ঙমক্লে। মহাক্না তৌম্নিবহু অমুবনা থংলক্লবদা নপা কনত্রিকাওবা পোথাথো, নশানা কম্নপা নমুম তাম্না থিনবিগে মুমিৎ তাথিম্নগীদমক্তা কম্নিওবা অমত্তা চিংনক্লগহু। নথোয়গী ইমুংগী অহন্নুশিংনা ঙাংদনবা ঐনা মরোল পুম্নমক মথোয়গী মকমদা তমগনি, হিপ্পুবা নৈথো হায়না থেম্নমী। ম্নাইহশিং অহু তাবদা জামিনি ম্নাদি কম্নিমক্ম ঙংনে, পাংলম্বা মমিৎ অনি উইশিনগ্রে। মমিৎ অনিনা উইশিনখিবা মীৎ-লুদগী পিগী ঈম্না ঈহৌমকতুনা লোংনা হিম্নগী হৌনবী নাকোং তম্না চেনথম্নক্লে। মিংকী পি উম্নকপদা অমুবনা কম্নিগী কপলিবনো নম্নমগী অহলশিং অহু মীচৈথিবা চৈগনবা অহল ওইহুনা অবিবা ম্নাহৈ কম্নাবু

কিহ্না কপ্পুলিবন্না নত্রগা কয়থ অরাবা কঙ্না কপলিবনো, নয়ুম্না কলাম্বরাম্বদা নৈ, মিংনা করি কৌই ? হায়না হংলরম্বই। জামিনিনা মতেক মতেক ওইবা মাহৈনা ঐগী অরেপ্পা য়ুম নৈতে। লাকেম্নকপনি। অহল লমন পুম্মকক্ত ঐবু অরাবা সংসারগী ভাইবঙ অসিদা লংথোকপিরম্লগা ভাইবঙ 'লনা ওম্পাক অসিদগী থিদাই লৌখে। হৌজিক থুমিৎ তারে কদায় তাম্না চৎলগা কনাগী ইমুংদা চংহুনা অরাবা অসি কোকদগে। অমস্তুং ইচা শিনক অসিনা কয়ম তৌবা অসিগী থল্লুবদা থম্মোই অ'স হুংশিহুনা কপচবনি। মিংনা জামিনি কৌকৈ, নৈকম্না ইম্ফালদগীনি। কনা হক্ক লেংবদা অমত্তা নৈজত্রবী তোলবী অমনি। অম্মুম্না মহাকী মন্নি মথোং পুমনক অমুবগী মকমদা তম্লে।

"অহুগা কয়ম্না ঊংথোল লম্বুংদা চঙহুনা ও'সগী কিভম অসি ওইরমজিবনে" ?

"চরাম চদৎনরবা অমা ওইনা লমশাং লাকপগী চোকথ-রকলবা অমদি হুংশাদা চৎলকপদা ঊশিং থোরাংলক্লনা পুখ্রি থিরকপদা ওদগী পুখ্রিদা কুমহুনা ঊশিং থরদং থক্লগা অরাবা অসি কংদম্না নিংহুনা ঊশিং থকবা চঙক্লকপনি। অহুবু থুদোং থিবমা অম্মা-অনংগী মরুপ ওইখিবনা অঙম থোকউ হায়হুনা থোঙ্গাল কানথিনবদা লৌশিন্দুনা তুখিবনি, মথুং তাবদি হৌজিক ঐনা ওইরমজিবা অসিনি"।

"মতম কয়াম কুইনা চন্না হেন্নকুলম্বনো। কনিশীদমক চন্না হেন্দুনা লাকলিবনো" ?

য়াহং অসিদা কাঅিন্নিনা [illegible] ইস্কালদা লৈবা ওনদহুনা অহল অমগী মতুং ইন্দুনা লাক্লেরকপদগীনা। ওসি মহাক্না ওইরকলিবা ফিবম অমদি থোদোক পুক্লমক অমুবগী মকমদা শিয়ে। য়ারি তাম্নগা নিপা অহুগী পুক্লীংদা হুংলিবা অম্না কাওরক্লে। মমা মচা অনিবু মহাক্কী মনাক্তা থম্নুগে নিংল্লে; অমম্বুং লামিনিদা হায়রকই।—করে ইবেম্মা কুরিমতা হুংওইদুনা তৌক্নমগু। ওসিদগী লাল লোইত্রকাওবা ইমুং অসিদা রৈক্লো। ইবুংদি ইঁচাগু মিংতা অমকাওবা উদবা মরম্মা ঐগী পুন্সি য়ুম্নদা অতাংবা মমা মপাদা নাওথি শাহুনা শান্নবা অহু থেংনরকল্লি। ঈশ্বরগী থৌজান্না অশেংবা ইচা উবা কংক্রবগু অহাংগা লোইনহুনা তাহাক অৱা পোথাকম অহু নংগী অঙাং অসিদা ওইরো হায়লা পীনবিরবনি। ওসাইমথৈ তুমিন্না তাহুনা লৈরম্বা চান্দনিনা হায়-রকই—“ইবেম্মা নংনা করিগুম্বা য়ুম অসি থাদোকহুনা চৎক্লে নিংলবগু অঙাং অসিদি পুন্সি অসিমগী নঙোন্দা পীব্রো ওয়রোই। ওসিদগী ঐগী ইচা ওইরবনি”। চান্দনি অমদি অমুবগী য়াঁইহ তাবদা লামিনি করিগুম্বা অমাকাওব্রা তাংদনা পাঙলথা মথুং অনি অহু উইশিনগ্রগা মোমোন নোক্লকই—পিগী মথিক্লা থিংলুম্না শিক্লরি—পিয়াংলক্তা থম্মোই পেম্না মোমোন তৌজরি।



# অহুমশুবা মতাং

মীওইবগী মপোক অসি অঙকপ নি। পৈশা পায়বদা ঐ মতাংদুদে, ইশাক খুদবদা ঐ মতাইদে হায়রদুনা অচাওবগী কাহুনা পাক্লবা মরাগী, সংসার অসিদা নোক্লা খেনা লৈরবা কয়ানা অরা অনংগী তাইবঙ পিদাগী শক্তম লৌহুনা থাজগী কজবা মায়থোংদা অমকপা শক্তক ঙাওবগুম্বা নিংথিবা মায়থোংদা অমকপা মায় হংনা লৈতেং ওইরকপা ঙাওরি। পৈশা লৈরিদ্রেদদি মায়কৈ খুদিং য়ুমথোং খিবিক মাগী মী তাক্তা লৈরবা অহু লায়রবা মীওই অমগী শক্তম লৌরবা মতম অসিদদি কনা হয়না য়েংবদা উংগ্রে। ওয়াংতা মত্তোন্দা খুড়া ইবুংঙো, তা-ইবুংঙো হায়না মিঙ্গোরম্বদে। ওসিদি মহাক লাক্লবদি লৈতে হায়রি নত্তবদি চানবা লৈত্রে পৈশা থরদং পুগে হায়রকনি; হায়বা রাহে কয়ানা মাগী মাগী ইমুং মহুংগী মীশিংদা পাওমেনবা হৌরক্রে। কজনা চেকশিন্না পৈশা চংনা শাবা য়ুম অহু কাওবা পৈশানা লৈরকত্রবা মতম অহুদদি মরুপ ওইনিংঙ্গদুনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম য়ুমগী কজবা শক্তক অহু মাংহনখিহুনা মচেৎ মচেৎ নিংথায়রক্লুনা লমজাও শোয়োক্তা চৎপা মীনা উরগা পৈশা পায়রম্বদগী মখে তারবা, লায়রবা শিঙদা চন্নবা ইমুংনি, হায়বা থংনবা উৎপা হৌরক্রে। অময়োমদা—ওয়াংতা লখোগী চিদাইদা শায়বা মুংশা মরক্তা মুংশাগী মৈশা থাংনবগীদমক্তা মোৎলবা শেগায়রবা ছাটিন অমা থল্লগা মরম থুগ্গুনা মুং থুগায়হুনা নোংমগী চন্না খিরবা মীওইশিংনা মহুম চেক্লা শাহুনা,

মোত্তায় শুদায়বা কীরোলশিং অদুগী মছুত্তা মমল য়াম্নবা কজরবা কীরোলশিংনা লৈতেংছুনা, চানিংবা চা, শেংনিংবা শেংতুনা শিগদবা কুইত্রবা তেল্লবা ফুংগী পুক্সিগী মতমবু শিনি কাউত্নুনা লৈরক্লে। লায়রনা হোৎরক্লবা মীগী পুক্সিস্থু লায়রনা লোয়খিবা; ইনাক খুল্লা হোৎরক্লবা মীগী পুক্সিস্থু ইনাক খুল্লা লোয়খিবা য়াওদবা নত্তে, য়াওরিবনি। অসিগুম্বা অসিদা খুদোং চাত্রবা অনংবা মী কয়ানা পিক্লবা মচা কয়াবু অকবা মী ওইছুনা, ময়াম মরক তিনবা ওম্লক্তুনা মমা মপা ওইবা মখোয়বুস্থু লায়রবদগী কল্লখিনি নিংছুনা শেমলি। মচানা মপুং মরৈ নিংখিনা ফাত্নুনা মমা সুংশিবগী ইখিলনা থম্মোয়দা ফাওরক্লবা মতমদা মচাগী মতেংনা ময়াম মরক তিন্দুনা সুংঙাইবা লাইবংগী য়াওল্লক্তা য়াওরকখিনি হায়বগী আশাদা শঙ্গুলক্তগী নাইতোম চিৎথহোৎরবী চেক্লাগুম পিক্লিবী মচাসুপীগা মন্দোম লাঞ্জেল্লকপী জামিনি, ওসিদি মীনা নিংবনা অমা, ঈশ্বরনা শেম্বনা অমা হায়বগুম্না সুংঙাইরবা আশা অদুগী য়াংমদা লৈররে। মহাক্লা খোংগান্দা খুরোছুনা তুখিবা অছুনা মহাকী অকনবা লায়না অমা ওইখে। হোগৎতুনা চৎপা ওমলক্লে। মীগী ইমুংদা ছিগ্‌তুনা লৈবনা মখোদাং ওইনা তৌখে।

থবক অমা তৌদনা, মীগী ইমুংদা অনাবনি হায়ছুনা চাকলেম চাছুনা লৈবা জামিনি ঈকায়রক্লে। ঈকায় হায়দুনা কন্ন তৌবা ওমগনি, হোগৎতুনা কোয়না চৎপা ওমদুনা থবক তৌবা ওমত্রবনিনা ঈকায়ববু কুপ্‌তুনা থম্বা নক্তনা উপাই লৈত্রবনি। চৎপদি লায়রদুনা থম্মোয়গী লল ওইরবী মচা ফাওবদা কৌবা ওমলক্লে। সুংশাশ্বর হোনবস্থু চনিং তানা হোম্নবা মাগী পাক্সল লৈরক্লে। মিৎ

অনি কাওবা কুক্কেং কাক্কেং পাংহনা থাম্নজবা ওাদবদগী উইশিন্দুনা লৈখ্রে। অশেংবা অনাবা হায়বা অছু ওইরে এমুক কয়া নায়বা কাওবদা মথা অছু কনবা সুংঙাইবা য়াখল থনপে নিংজহনা অনাবগী মথৌ হেনগৎনবা ওইনা মীগী মমুমদা চাকলেম চাহনা লৈবগী সুংঙাইতবগী য়াখলদা লুপ্লি। অদুনদি অনাবা অছু থম থরা অমুম হেনগৎলকপা নভনা করকপগী আপা উত্রে। অদুবু ঈশ্বরগী থৌজালগী মথা পোনবনি, জগৎ শেম্বা মহাকী মনিংনি কয়া নাদুনা শিবগী থয়াৎতগী কনবা ওমলমোই নি'হনা মাইবা মাইবী কয়ানা থুং থারব মাওই কয়াম্ন ঈশ্বরগী থৌজাল্না করক্কুনা ওসি কাওবা হিংবমু য়াওরি। ওরা'দা মরুপ মপাং কয়াগী লোয়নহনা নোক্না থেনা লৈরম্বা মীওই কয়াসু ওসিদি তাইবংলিগা তম্পাক অসি থাদোক্কুনা মরুপ মপাং, শাগৈ লাত্তৈ খিবিকপু অরোইবা বিদায় পিরম্নগা মাইবা মাইবী কৌবা নওদনা চৎখিবমু য়াওরে। মাইবা মাইবী কয়ানা ক'রিম্ন তৌরোই য়াকপমু হায়না হায়না. "ইমা" কাওবা কৌরমদনা অশিবগী সংসারদা থোংদা'খবমু য়াওদবা নত্তে। মহাকী মপুন্সি লোইরে, মহাক অসি অশিবা হায়বা অছু ওইরবনি; পোলোইবগীদমক থৌরাং তৌরুবা মী কয়াম্ন করক্কুনা হিংলকপমু য়াওরি অসিগুমহনা জা।মনিমু অনাবা করকপা য়ারি। মহাকীদি শিবদা চংগদবা পোৎচংগী থৌরাও কাওবদি তৌজ্রিবা অনাবনি অছুবু লৈরিবা ফিভম অসিদগী হেনজিল্লক্লবাদ থৌরাও তৌবা য়ারবনি।

"অমুবা,, লরায়দা পোক্কুনা লরায়গী ঔশিং, সুংশিৎ শিজিন্নহনা থুঙ্গংগী মী অমা ওইনা লৈরবমু পুকচেল চাউবা, মীঙংশি

থংবা মহাক্নি। হেক পোকমিন্নবা মচলমক বত্রবস্থ মহাকী রাথলদি জামিনিগী থেংনরুবা হূমিত্তগী জামিনি অনি পোকমিন্নবা মচল-শুম্ন লুনা চান্না তৌজন্ন'রুবনি। জামিনিনা নাখিবা মতমদগী কোয়চেন চেন্দুনা মাইবা মাইবী কৌহুনা অনাবা কনবা হোৎনরুক্নি। অত্থু অনাবদি নোংমা নোংমগী অসুম হেনগৎলক্নি। অমুবা অনাবগী কিবম উবদা হুংশা থিবা অমদি হুংঙাইতবা অমা ওইরক্নে। য়াম্নবদি মহাকী থরায় অসিদদি অশিবগী থয়াংতগী কম্নবা হোৎনবনি, তৌইগুম্নসুং কনবা ঙমনি হায়বা থাজরক্নে, ঙসিদি মাইবনা খুৎ থারে, মপানগী থৌরাং লোইরে। হায়রক্নে, মাইবগী উপাই লৈরক্নে। শুমাং মাঙোল ইমুং মসুং পুম্নমক থুলগী মীনা পিক থম্নরে। মাইবনা অনাবা অসি মাঙোলদা হোৎনরসি, ইমুংদা লালহনবদি কৎত্রে হায়দুনা মপান্দা থাং-দোক্কুনা তপ্না থম্বদা ঙসাই মথৈ শম্ন খিংলম্বা জামিনি অহু শম্ন শা'না হোন্নকলে। অমুবা থরায় থরা হুংঙাইহুনা অনাবগী মনাক্তা চংলক্নগা" জামিনি ইবুংগী ইবেম্মা নং থম্না কম্নবরা, নমিৎ অনি অহু অমুক্তা পাংহুনা ইবুংদা য়েংলকউ" হায়হুনা কৌহুনা কপ্পরি।

"জামিনি নংবু থম্না কম্নবরা ইনম্মা অসিদা লৈরে; ইনম্মা হায়না অমুক্তা কৌহুনা নমিৎ অনি অহু পাংলকথোগবা নংনা, ইনম্মগী শক্তমবু য়েংনিংত্রবস্থু কিজিগী লল, আশাগী লমজিং, থম্মোয়গী মমি অসি অমুক্তা য়েংলকউ লিদা লৈরে, হায়হুনা চান্দনিনা পোরম্বা অঙাং অহু মমাংদা থারে। জামিনি, চান্দনি অমদি অমুবগী হুংশিগী মীকো তাবদা পাংলমম্নবা মমিৎ অনি

অছু খজিক খজিক পাংলক্তুনা মতং মতং ওইবা য়াহৈনা হায়রকই "তা—দা অমদি ই—ন—ম্মা ঐগী পুন্সি লোইরমান্নে, সংসার অসিদগী বিদায় লৌগ্রগে, তাদা অমদি ইনম্মাগী নকমদগী বিদায় নিজরি। অরোইবদা পিক্লিবী অঙাং অসি ওসিদগী মপী মপা নৈত্রবী পিদং পাদংলবী মুপী মচা অমা ওইনা লৈছোবা তারে। অছুনা অঙাং অসিবু করিগুম্বদা থাদোকপিগনু। পাক্লবা সংসার অসিদা মহাকী কনা লৈজত্রবিনি, মহাক্কী হায়ববু তাদা ইনম্মদা ওাইরবনি। নখোয় অনগী মতেংনা ময়াম মরুক তিনবা ওমছনবিয়ু। নখোয় অনিগী লমন্দি তোল্লবী ঐহাক্না শিংজবা ওমজয়মত্রেঃ য়ারৌবিগন্নু"। অঙাংদা অমুক য়েংলকতুনা "ইমাগী ইবেম্মা, ইমাগী অরোইবা য়াহিপ লাকলমান্নে। লাও ইমানা অরোইবা ওইনা অমুক্তা পমগে" হায়রতুনা মচাবু কৌরতুনা মিত্তগী পি শিন্থরি। "ইবেম্মা ইনম্মদ। ইমা হায়না অমুক্তা কৌ, মহাক্না নংবু কোনগদৌরিবনি, সে অমুক্তা ইমা হায়না কৌতুনা ঐহাকী থম্মোয় অসি পেলহল্লু" মমাগী য়াহৈশিংতু তাবদা জ্ঞান য়াওত্রিবী মুপীমচা অছুনা মমাদা মুন্না য়েংলগা চান্দনিদা মখুৎ নামনা কোল্লতুনা লেংকাওবা য়াহৈদা "ইমা" হায়না কৌরকই। চন্দনি অঙাংগী মতৌ উবদা থম্মোয় পুবা ওমলক্তে, অঙাংবু মথাদা কোল্লতুনা তত্তাংলবা খজাই অনিদা হুন্না হুন্না চুপলি। মমিংতগী চেম্বরকপা পিগী মরিক্না অঙাংগী মমায়দা ঈতুংকম এইরি। জামিনিদি মমিৎ অনি অছু অছুম উইশিনপ্রে। অমুবা থম্মোয়দা ফুমতুনা থিংলবা পিরাং খিংবা ওমলক্তে, পিয়াংনা মিৎলুদা শিন্থরতুনা ইবুংগী ইবেম্মা জামিনি নংবু কনায়দা চৎলবগে, পিক্লিবী

অঙাং অসিবু' কাউরবরা ? হায়না ভেংথাদ্রুনা কপখ্রে।

লোইরেদো ঙসিদি জামিনি। বানা হৌরক্লবা পুন্সি হুংঙাইবা কংদনা হুংশিজ্জরবী কৌজিগী লন ওইরিবী মচাবু হুন্দোকলমদ্রুনা অশিবগী থয়াংতা থোংদাখ্রে।

মতম্না কনাবুস্থ ঙাইবিয়ু য়াদে। অতংপা লৈতবা মিকুপ কয়া চৎথিদ্রুনা, পুজা কয়া ওইরক্রুনা', নোংমা কয়া শাদ্রুনা মতম কয়া হৌখ্রে মীওইবগী নীংবা কয়াবু মতম্না অস্থম হৌথিবনা থুগাইদ্রুনা আশা খিবিক মাংহন্নবা হোৎনরি। আশা কয়াবু থুগাইগে হায়বগী মওংগুম অতৎপা লৈতনা হৌথিবনা, ঙসি কৌবা হুমিত্তি মীওইবগী মপোক্তা পোক্রুনা অরাবা শরুকপু নমথরগা হুংঙাইবা পুন্সি ওইদ্রুনা পুন্সি মতোল লোয়না লৈগে নিংদ্রুনা পোক্লবস্থ হুংঙাইববু কংদনা, অরাবগা মরুপ ওইদ্রুনা মতম চ'দনা লৈখিদ্রবা জামি'নগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম'গী হুমিৎ থোকলে অমুবগী শুমাং মাঙ্গোল পুম্নমক কর্ম্ম' য়াওননবগীদমক বার্জ্জন কংবা মরুপ মপাং শাগৈ নাতৈ অমদি থুলগী অহন লমন পুম্নমক লাক্রুনা কর্ম্ম অদুবু মপুং ফাননবগীদমক তিল্লরে। কনা চাউবা মহাকী শুমাংনি অমস্থং হাইফেৎ চাউনা শারবা কর্ম্মগী মাগুপনি অদুবু মীনা য়ামখিবনা পিকলবা শুমাং অমগুম, পিকনা শারবা মাগুপ অমা ওইনা উখ্রে।

কর্ম্ম'গী ঈশৈ হৌখ্রে। ঈশৈ হনবা অহল অদুনা মহাকপু অসিগুম্বা থবকী ঈশৈ শকপদা অকবা মীনি থনখিসস্থ নিংদ্রুনা থয়াই হকচাং য়াওনা ঈশৈ শকলি। ঈশৈ খুখা অদুস্থ অহল অদুগা মান্নমা নিংথিনা শক শোল্লি। পুং য়ৈবা নিপা অনিদুস্থ

মখোয়গুম্বা থরাই তানা চঞ্জোলনা য়ৈরি। মখোয় অনিগী কোয়েৎ অচু তানবা হায়রহুনা অভকপা ফংনা পুংগী চোলোম তৌরি। পুংরৈবা মীগীদি মকে কী কোয়েংনা চোলোম তৌবদা লৈমাইদা তারবদা ফজবা ওইরিবনি। অনি অচুবা শকলিবা ঈশৈ অচুগী তান চানা চোলোম তৌরকপদা কর্ম লাকলিবা মীপুম খুদিংমক মখোয়দা মীৎয়েং অমতা ওইনা য়েংলকলি। পালা ওইরিবা অহলশিংনা চোলোম অচুগা তান চানা চানা কোরতাল খিংলহুনা হকচাংগী জগোই শারকলি। ফজরবা মতাং অসিদা অরাংকম ওইরিবা মী অচুনা পুং রৈবা অমদি পালাশিং অচুদা কী থারি। ভাবোক লোমদনা অনৌ অনৌবা লাকপা মীশিংবু য়েংল য়েংলহুনা অরাংকমগী মীশিংনা মথুং ওইদা গঙ্গা তাংগদা হাপ্পা লুকমায় অমা পায়রহুনা গঙ্গা য়েল্লি। মহাক্না কনানা অনৌবা লাকপনে'; হৌজিক্তা লাকপা মীনা করম্বনো হায়না কোয়েং য়েংলহুনা মীয়ামগী মরক্তা অমুম লাকপদা অরাং থংবা মায়কৈ য়ৌরকপদা মহস ওইরবা নিপ অমবকন অরাংকম অচুবু কৌরহুনা মথুদোনবীন মী অমদা খিল্লহুনা হায়রকই মসিদা ফমলিবা নিপা অসিদা গঙ্গা তাংগা অচু অমত্তা পীবিরম্মু। অহলগী য়াথং মতুং ইন্না হায়রিবা নিপা অদুদা গঙ্গা পীনবগীদমক্তু কীভম অচুবু য়েংলহুনা চংশিনলকলম্মী। ফমলিবা নিপা অসি মকোয় মরাং ইচোম চোম্মী মশম মনা ইকা কাই শেংলি ইল্লিবা কীজোন অচুমু শেগায়বা, য়োৎপদা হায়নিংঙাই লৈত্রবা কীজোলনি। খুজিল খুয়াম্থু মতম কুইনা ককলকতবগী হৌনবা কনা শাংগে। মতা কুইনা চরা হেল্লকপনরা নঙ্গা মশা মথুং

শেংবহুনা তৌবনরা মথা অহুক্ক হায়রকং মথাং কংগে। য়েংবদা কিভম শোকনা উরে। অতুগা মহাক অসি গুক্ক য়াম্বা অহল ওইবা মীওইনু নৎতে, ইনথংলকপা পাথং অমগী কিভমনু নত্তে; মাগী কিক্কং অসি মরক ওইনা তৌবা মীওংনি। চপেহনা হায়রবদা অঙাওবা অমগুম্বনি অমসুং অঙাওবা অমনি। অঙাংকমগী নিপা অহুনা অঙাওবা নিপা অতুদা থা তাংগা অমা পীরমলগা চৎখে।

মতমন অনুম অতংপা লৈতনা চৎখিবগা লোইননা কর্মগী লৈপৎ লোইনববা কুইরে। মতম অতুদা পিকলিবা লুপীমচা অমনা নিংথিরবী মমায়দা কল্পনা পিক্কক তৌনা অহল লমমনা খিনবীরবা চন্দোলনা লৈত্তেংলহুনা লুপী মমাম কমনিবৌ অদোমদা কোয়চং চংহুনা মমামদা যুননা যুনবা য়েংলি। কোয়না চৎহুনা মমাবদা যেংলুবগা মমিত্তা পিরাং চেম্বহুনা চান্দনিগী মনাক্তা লাকলগা শেংকাংতবা বাহৈরা "ইমাদি" হাওবে মহাকতি কদাইদা চৎথ্রিবনো ইমা পীয়ু হায়ররে। চান্দনি অঙাংগী বাহৈ তাবদা থম্মোয়পুবা ওম্নকরহুনা নিংতম্বি পিগী ইগোম ইহোৎলহুনা "ইবেম্মা নংগী নমা লাকগনি" হায়হুনা অঙাং অহুবু মথাদা চেৎনা কোনশিনলে। "নংদি লাকনি, লাকনিদা হায়, ইমাদি লাকত্তে লাকত্তে" হায়রহুনা অঙাংনা লাকদবাদ্রে। চান্দনি থ:ম্মারবগী হৌরকপা পিগী মমিক খিংবা ওমলকত্রে, মথোল থোকনা তেংথাম্বনা কপলকলে। মথাদগী নানথোক্কুনা অঙাং অহুনা মমাম মরক্তা চংলহুনা ইমা, ইমা হায়না কৌরু, কৌরহুনা কপলকলে অমুমনা কপা কপা লাকপনা অমুবগী মনাক্তা চংলকলে। অমুবনা অঙাং অহুবু পমলগা

"নংনা কৌছুনা ঋপলিবদো কপজুপছু মহাক্কী মতম লোইছুনা সংসার অসিবু থাদোকলমলগা চৎখ্রবনি" হায়না থেমলছুনা মমিত্তগী মপি তৈথোকপিরি। মহাক্কী মিংকী পি অছুদি কনানা তৈথোক-পিললি, থম্মোয়বু ফাজিনবীনবা মীদি কদায় অঙাংবুদি মহাক্কা থেমবীরি।

পমলিবা অঙাং অছু চান্দনিগী মনাক্তা চৎলু হায়ছুনা থমলে, মখুৎ অছুনা মিংকী পি তৈথোকলি। অঙাং অছুনা চান্দনিগী মনাক্তদি চংত্রছুনা লৈখিত্রবা জামিনিবু য়াওরমখিগনি নিংছুনা মীয়াম ময়ক্তা কোয়না চৎছুনা থিরি। অঙাংগী মতৌ উবদা লুপী ময়াম অছুসু থম্মোয় ফাজিনবা ঙমলকত্রছুনা মিংতা পিগী মরিক শিনথরকলি। চান্দনিদি মখোল থোক্লা কপলকলি। "জামিনি, ইনপ্পগী ইবেম্মা নংবু উত্রবরা পিকলিবী অঙাং অসিনা নংভবু থিছুনা, নংভবু কৌছুনা কপলিবা অসে। পোকঙমদনা পোকলবা মপোকপু নিংবা থুংদনা চৎলবরা নহাকপু লাজেনবনি লাকলগা লম্মখাংদা কেমলবোইদো জামিনি।" অসুমনা তেংথাছুনা কপলি চান্দনীনা। মহাক্কী তেংথা য়াহৈ ভাবদা ময়াম ময়ক্তগী তোঙান তানা কমলিবা অঙাওবা অছুনা পুক্লিং চংনা ভারগা মমিংতগী মপি শিনথখি। নংসে! অঙাং অসিগী মমানা জামিনি।" মহাক্লা ঙক্লা মাঙৈদা শোনখিবা য়াহৈনি। মহাক্লা কপলিবা অসে কৈরগীদমক কপলিবনো, অঙাওবা মানা মীচুংশি খংত্রা? ঙাও-রবসু মীওইবগী থম্মোয়দদি হুংশিগী কল্লবা ইচেল অমা চেনদবা য়াদে? মীপুম খুদিংমক ইচেল অসি চেনগদবনি। ইচেল অসিবু

চেনখ্রবদি মী অহু মী নত্রে, শাদগী হেন্না ভোল্লবা ভুমিন্না লেপতুনা লৈরিবা উপাকশুম্বনি। শা উচেক কাওবদা হুংশিবগী ইচেল অসি চেল্লিব'ন। অতুনা অঙাওবা অসিগী থম্মোয়দস্থু হুংশিগী ইচেল অ'স চেনবনা অঙাংগী মতৌ উবদা কপলম্বা য়াই, নত্রগা করিগুম্বা অনিংবা অমগী মথা পোন্দুনা কপলম্বা য়াই, মতুদি অঙাওবা অতুগী রাখলনি। কপ্না কপ্না অঙাং অতুনা ইমুং তম্না চংলকলগা মমানা নারিঙৈদা হিপলম্বা যমুং অতুদা কাথংলগা মমাবু কৌত্নুনা কপলুরে। কপ্না মথৈ কপলুরগা রারকলতুনা অঙাংগী হৌনবৈ তপ্না তপ্না তুমংব্রে। মীৎ অ'নদি তৈথোক'পহৌত্রবা পিরাংন চোংলি।

চান্দনি অম'দ ময়াম পুম্নমক লৈখিত্রবা জামিনিগী অরাবঃ অম'দ নিংঙসদবা মথৈ যোংচ'রদুন বপ্পা মথৈ বপনার। শ্রাদ্ধ লোইরতুনা মহৈ মহৈ মাগী মাগী ময়ুমদা চেংনখ্রে। অসুম্না ময়াম্না ময়ুমদা হন্নরকপদা লৈখী রা-ওইনা অমুবা অমস্তুং চান্দনিবু থাগৎনতুনা থৌদোকশিং অতুগী মরমদা রারী শংমখি। অঙাওবা অহুস্থ শুমাংদগী থোকখিতুনা থোঙাল য়োথে। থোঙাল রাংমদা লেপলগা য়ুম অহুবু মতুং কাওবা কাওদনবা মীৎয়েংদা য়েংলমলগা ময়ামগী মরক্তা চংখিরম্মী। ময়াম্না ঙসিগী কর্ম অতুগী মরমদা রারী শাতুনা অমস্তুং করম তৌনা কর্ম অসি থোকখিবগে হায়বগী মরমদা অশুম ঙাংনরকপদা অঙাওবা অসিনা পুক্নিং চংনা ভারম্মী। মহাক্না ভাবা কংখি জামিনি হায়বী হুপী অসি লাঙ্গেনলকপদা অমুবা থোইদা লৈবদগী নাহনা শিখিব ন হায়বা অসি কাওব — কর্মদা চৎলুবা মীপুমশিং

অচুন্নু মাগী মাগী ময়ুম ময়ুমদা চংনখিছুনা লম্বী অচুদা কর্ম য়াওরুবা মী অমা কাওবা উখিদ্রে। মসিদা অঙাওবা অচুত্তদি লম্বী অচুগী অরাং পাংনা চৎলি। মহাক্কী পম্‌ংফমদি কদায়দা করম্বা লম্বীদা চংদুনা কনাগী য়ুমদা থুংম্নুগদগে হায়বা অদুদি ওক্লা থোকলে।

## অঙাঙবা শরুক

চহি কয়ামরুমগী মতুংদনি। পৃথিবীগী লাঙ্গাও লোইখ্রবা মতুংদনি। লাঙ্গেম্নরুবা মীওইশিংনা মাগী মাগী ময়ুম ময়ুমদা হুন্নরক্তুনা তেক কায়রুরবা য়ুমশিং অদু নিংখিনা শেমজিন্নুনা হান্নগী মতৌগুম অমুক হন্না লৈরকতুনা লালগী হ্রাব্রিনবা ফাওবা কাওনখ্রবা মতমনি। লান্দা শিগ্রব মপা মন্দোলগী মুংশি মৈচাক মুৎনখ্রবা মতমনি। লাল মমাংদগী হেন্না মুংঙাইনা লৈনরক্রে। চাওখৎলকপনা ইম্ফালগী মকম অয়াম্বা চেক্কী য়ুম, ফুরা দলান্না চরং লংলে। লম্বী থোঙ পুম্নমকমু চৎথোক চৎশিন তৌবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইরে। মতম খরগী মমাংদা উফুল রাইফুলতনা চৎপদা মুংঙাইরমদবা লম্বী পুম্নমক নিংখিনা শেম শাদুনা উফুল-রাইফুল হৌখিদ্রে। ময়ামগী পোৎ য়োন্নবগী অচৌবা তন্নকম ওইরিবা খ্বাইরমবন্দ কৈথেলমু হান্নদগী হায়নিংঙাই লৈতনা ফজখ্রে। চয়োলগী ওইনা কানরম্বা শিংজমৈ কৈথেল, থুরাই কৈথেম্নচিংবা কৈথেল অয়াম্বা মপুং কানা কাদুনা য়েংবদা কৈথেলদা কৈথেল ওইরে। মমাংঙৈগী মতমদা তৌরমদবা চাও-

থৎপগী থবক কয়া তৌনরক্রে। মসিগীসু মথক্তা মীশিংসু নোংম নোংমগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মীশিং হেনগৎপগী মতুংইন্ন' লাইরিক লাইসু তথা মীসু মশিং য়ামলক্নে। য়ুমথোং খুদিংগী লাইরিক হৈবা মী ঙাক্তা ঙাইনরক্লে। লাইরিক তথা হেনগৎলকপগী মতুংইন্না লাইরিক লাইসু তথদা খুদোং চাননবগী-দমক্তা মকম মকম খুদিংগী লাইরিক তম্ফম শঙ লৈনরকলে। ফনা য়াম্না চাওথৎলবা মতমনি।

চাওথৎলবা মতম অসিগী নোংমগী জুমিৎনি। জুমিৎ অসি মৈতৈগী কুম্মৈ জুমিৎ অমনি, কুম্মৈ অদুদি কৃষ্ণ জর্ম জুমিৎনি। জুমিৎ অসিদা মৈতৈগী অহল লম্মন সুপী অঙাং খাক্তনা লাই খুরুম্নবা মতমনি। ইম্ফালগী মীশিংনা অশেংবা ফিরোল শেৎতুনা মহাবল্লি হনুমান ঠাকুর অমদি শ্রীগোবিন্দজী খুরুম্বা চৎনৈ। লরাই থরাইগী মীশিংসু মাগী মাগী মকম মকম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না মকম অদুগী লাইগী মন্দিরদা লাই খুরুম্বা চৎনৈ অমরোমদনা পাখং লৈশাবী কয়া কয়া হোনহুনা পাৎতা থরো মরি চাবা চৎনবনা অঙকপা অমনি। অসিগুম্বা জুমিৎ অসিগী জুমিদাংগী কুম্মৈসু অঙকপা অমনি। নিংথি-নিংথিরবা য়ুমগী মাঙোলদা ঙাল্লবা থাওমৈনা লৈতেংদুনা পাখং লৈশাবী পুন্ন ফম্মিন্নহুনা লিকোল শান্নৈ। পাখং লৈশাবিশিং অদুনা শান্নবা অসিদা জুংঙ'ইথিবনা নোংঙানবা থংহোদে।

কুম্মৈ অসিগী জুমিৎদা।ংরাইরমনি। থুঙংগী মকম অমদনি মকম অদু ময়াংইম্ফালদনি। জুমিৎনা নোংচুপ চিংয়া তম্না চৎল-কপনা মমগদবা কুইত্রে। উঃচেক রায়া পুন্নমক অয়ুক জুংথিল

মচিনজাক থিবা পাইক্রবদগী কোরৌহনবনা নোংচুপ চিংগী মরু-মদা লোলংকপা মতম অদুদা মাগী মাগী মহুম মহুমদা পাম্নশিন্ন-রক্লে। পাথং লৈশাবী কয়ানা স্থুমিংচুপ্পা কোয়রুবদগী স্থুমিংনা তারক্লবদা ময়ুম ময়ুমদা হুজিন্নরক্লে।

শরৎ মহাক্কী মরুপ কুমারগা লোয়নরদুনা মতম অসিদা ময়াংইম্ফাল কৈথেল অদুগী চিদায় ওইরপ্পা তপ্পা তপ্পা চৎলদুনা মীনৌনি, অরাপ্পা মকমদগী লাকপনি, হায়বগী মওংদা কনাগুম্বা অমগী য়ুম থিরি। মথোয়না অস্থুম লাক্লগা মনিংপাংনা চংখ্রিবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না চংশিলকপদা মীয়াই ওইরপ ভোরবী স্থুপী অমথক্লা পুখ্রিদা লৈবা উখিরমই। মথোয় অনিনা অসিদা হুংলসি হায়রদুনা স্থুপী অদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লম্মী। স্থুপী অদুগী মনাক য়োঁরক্লবদা কব্রিগুম্বা অনন্তা হক্লগে হায়না কৌরক্লম্মী। "কব্রি রানো ইবুংঙো’ স্থুপী অদুগী পাউখুমনি। "ঐথোয়গী ধীরেন হায়বা স্থুপী অদুগী ময়ুমবু কদাইদনো" ? "অস্থুম মনিং পাংনা চংলগা থোংনাং পাম্বী অচৌবা অমথক হৌরমগনি মদুগী মথা হেক থংবা থোঙ্গাল অহনি" মথোয় অনি অদু চৎ-চরগে হায়রমলগা মনিংপাংনা চংগ্রে। অস্থুম লাকলগা অচৌবা থোংনাং পাম্বী অমা থেংনরদুনা স্থুপী অদুনা হায়রকপা মতুং ইন্না থোঙ্গাল অহদা চংনখিদুনা মথোয়না থিরকলিবা মী অদু উনরে। অস্থুম থেংজিনলকপা স্থুমিৎ পুংতা ভাখ্রে। মথোয়না মী অদুগা রা ভাংনগদবা লোইরদুনা চংক্তে ভৌবদা অহল অদুনা হায়বা মতুংইন্না অহিং অদু লৈবা তারম্মী। অহল অসিগী বিজয় কৌবা মচা নিপা পাথং অমা লৈরম্মী। বিজয়না মপাগী

য়াথং মতুং ইন্না লাকলিবা মরুপ অনিবু হয়াও হয়াও তিন্নদুনা পাথং ওইবগী মুংঙাইবা য়ারি য়াভাই শারম্মী। য়ারী অস্নুম্ন শারম্ব-দগী কুমারনা হায়রকই—"মরুপ বিজয় লিকোন শান্নবা হায়বা অদু ঐখোয়গী পুন্সি অসিদা অমুকতা য়াওরকত্রি, য়াওরুসিবা।" "মরুপ ঐদি চৎচগে তৌজরম্বনি, নখোয় লাকপা অসিদা চৎপা ঙমত্রদুনা চৎত্রবনি। ঐনা নখোয়দা হায়গদবস্মু নখোয়দি ইম্ফাল্দ মচা ওইনা পোকতুনা চাওখৎপগী থাকতা লৈদুনা লাইরিকতা থরায় য়াওবা অদুদা হায়জবা ঙমদবনি।"

"হেরা মরুপ লাইরিক তম্মী হায়দুনবু জগৎকী চৎনব্বী ইব্রাং য়াওদনা ইমুংদা অস্নুম লৈশিল্লবদি মী অদুদি মী ওইত্রেদনা।" শরৎনা মরক থৎতুনা হায়রকপা য়াহৈনি।

মখোয় অদুম লিকোল শান্নবা চৎপা য়ানরদুনা হোংদোক-উরবা ফীরোল অকবশিং অদু অমুক নিংখিনা শেৎলদুনা খোঙ্গাম্পোমদা খোরকলে। অস্নুম চৎনা চৎনা শরৎনা হায়রকই "করম্বা মফমদা, কদায়দা, কনাগীদা য়াওগদগে ?"

"মরুপ ঐখোয়গী লম অসিদা ফজবদা মমিং চৎলবী "বীনা" হায়বী লৈশাবী অমথক লৈ। মখোয়গী অদুরাইদা শন্নিগনি হায়বনি, মদুদা য়াওরুসি" অস্নুম্না য়া রি শাদুনা লাকপনা হায়রিবা লিকোল মফম অদু য়োরে।

লিকোল শান্নফনদনি। মাঙ্গোলদা ফীদানা থম্না থারগা মদুগী ময়াই ওইনা অথাপ্না ফী অমন ফীদা অদুদগী থর য়াংথৎনা থারি। মদুগী মথক্তা অঙোবা ফী অমনা মদুবু কুপশিল্লি। অঙোবা ফী

অচুগী মথক্তা লিকোনগী ফজরবা লাইয়ুম অচু থারহুনা থমলি। লিকোনদি শান্নবা হৌরমত্রি। য়ুম অচুগী শুমাংদি লিকোন শান্নবা য়াওগদবা পাথংশিংনা লেপ লেপতুনা লৈরি ওহাক লৈরগা লিকোন শান্নবা হৌনবগীদমক্তা লৈশাবীশিংনা ঐনা মঙোন্দগী হেননা ফজৈ হায়শনু হায়বগী মওংগুম লৈজবী থাদুনা মকে শেমলহুনা মাঙোলদা থোরকতুনা ফীদা অচুদা লাইয়ুম অচুবু ময়ায়দা থমলগা ইকোয়-কোয়না ফমলরে। ওসাই মথৈ লেপতুনা লৈরম্বা পাথংশিং অচুনা মানা মানা ফমনিংবা লৈশাবী শিংগী মনাক্তা চংদুনা ফমগ্রে, অচুবু পাথং অহুমথকতি তুমিন্না লেপতুনা লৈহৌরি। অহুম অচুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই। "বিজয় নংনা হায়বা অচুদি লাকলবরা"?

"মরুপ হৌজিক ফাওবদি য়াওত্রি, লাকপদি শোইদনমক্কী লাকনি। মতোমতা গোকপগী হৌনবী মমাগা কেনহুনা লৈরমথিগনি"

রারী শারিঙৈদা বীনাগী মমানা লাণ্টেন থাওমৈ অমা পায়রহুনা বীনানা মমাগী মাং থারহুনা লিকোন শান্নফম অচুদা চংলকলি। বিজয়না মমায় লৈথোকথিবদা উরহুনা মরুপ অনি অচুদা অসিনি হায়না তাকলি। শরৎ অমদি কুমারনা লাকলে হায়বহু তাবদা লৈথোকতুনা কয়া য়াম্না ফজবগে থংনিংবদগী মিৎয়েং অমতা ওইনা বীনাদা য়েংলকলম্মী। মরুপ অনি অচু বীনাগী ফজরবা মাইথোং অমম্থুং শবান অচু উবদা মিৎ কুপতনা য়েংহুনা লৈখ্রে। অরেপ্পা লৈতনা থাংলকপা খোংথাং ওইথিবনা বীনানা লেপতুনা লৈরিবা পাথংশিং অচুগী মনাক য়ৌশিনল্লকেল। মনাক য়ৌশিল্লকলবা অচুদদি মৈঙাল মনাক্তা ওইরকপনা তশেং,

ভশেংনা, ঈ থাংনা ভৌরবা কুচু, প্রকৃতিনা নিংথিনা শেমলকলবা ফজরবা শকতম অমদি শবান মুর্ত্তিনি। শগোল মাইদামকসু নৎতবা শেনগোয় মায়দাদগীসু শাংলপ তারবী মাইথোংনি। নিংথিনা শেম-শাত্নবা হাপলবোই নিংলবী মহাকী পিশুম অনি, কোইরাওনরবী মিৎনা হায়রপ য়েংলকপা মিৎয়েংদা পাথং কয়াবু ঙাওনকম ওইরবী মহাকী মিৎনি। তুমতক তৌরবী নাতোল, তঙাংলবা চিনবালনা লোৎতুনা থমলবী ভৌরবী মহাকী য়াতোনশিংনি। ফজরবী মায়থোংবু গুণ হেনগৎনবগীদমক্তা ওই থংবা খজাইদা থুংলিবী পিকতক তৌবা শমক্রনি। শাংতক তৌনা চেংলপ তাথরকপা খৌরিনি। পুমবুম তৌনা ফজনা শেমলকলবা খুৎকী শরুকনি। নিংথিনা হৌরকফমনা চাওরপ তৌদুনা লোইরোই লোইরোই য়াংখৎলকলগা মতোম্না তুমতক তৌরবী অমৃতগী তুংনফম ওইরবী মহাকী থবাক অনি অতুনা ফজরবা হকচাংগী মওংবু নিংথিবা হেনগৎহল্লি। চেংলপ তৌরবা খ্বাংদগী তাথরকপদা নিংছু অতুনা কীভম চানা চাওরপ তৌদুনা লৈরি। হকচাং কীভম তুংইন্না শেমলকতুনা থাজনা পাল্লকলবা খোংগী শরুক লৈ। নিংথিরবী বীনাগী শবান মুর্ত্তি অসিবু নিংথিবা অমুক্তা হেনগৎনবগীদমক্তা নিংছু য়োনিং য়োমাং তৌনা শাংলবা চোইনা তারবা শমলাংশিংনি। নিংথিবী মহাকী হকচাংগী কয়াৎশিংনি, অমদি য়েংবগী পেনবা নাইত্রবী থাজগুম্না ইংলবী মাইথোংনি। মোমোন নোকপা মতমদা তাইবং মীওই পুম্নমকী থম্মোইবু চুংশি ইথিল কাওহলবী, শাওরপ য়েংলকপা মিৎচিনা পাথং কয়াগী থম্মোইদা কলক চুংশি মিতাহলবী, পারপ ভৌরবা

মরেপক্তা মণ্ডালগা য়েংবদা মরেপ্পা গুমলপ তৌরবী মহাক্কী শবাননি। শেৎনিংবা কী-রোল শেৎপদা ইকদা ফজরবী, ইপকত্তা পকলবী মহাক্নি। অঙবা মীপুম খুদিংমক্কা মখোয় মখোয়গী থম্মোয়দা মচল্, মচা ওইনিংলবী মহাক্ক ঙাংলৈনবা ফনেক অমা শেৎ, মুরৈনবা মচুগী ফুরিৎ অমা লিং, অঙোবা মচুগী মথক্তা মথল মথলগী লৈরোং কয়াগী ময়েক্কা নমলবা ফী অমা ইনলহনা শমুলাংশিং অহনা তুংদা জ্বায় জ্ব য় থাদত্রনা লাকলিবী বীনাবু মরুপ অনি অহনা উরে। মঙোন্দা য়েংলম্বা পাথংশিং অহুবু তুংওইননা থনমলগা লিকোন শাম্ন্রিবা অত্রগী ইমুংদা চংখ্রে। মীওইবা খিবিকী থম্মোয়বু শুমহৎনবগী মশক ওইরবী বীনাগী শকতমবু উরুরগা কুমারনা হায়রকই— থাইনাগী ফজে হায়রিবী চিংথুবগী শাইগোন্দা মোইরাংগী ঈশিং সুংশিৎনা চাওজথ্রবী মোইরাং পোইবী হায়বী অহুবু ঙসি ঐখোয়না উরিবা বীনাগী শকতম অসিগুম্না ফজরমগত্রা!"

"থংদেদা মরুপ পোইবী হায়বী অহুদি ঐখোয়না উহৌবা নংঙবনিনা।" বিজয়গী পাওথুমনি।

বীনাগী শকতম্না শুমহৎখ্রবা শরুৎনা জ্ঞান ইত্তা তাদনা কুমারদা হায়রকই। "কুমার ঙসাই ঐখোয়না বিজয়খোইগী য়ুম হংবা মুপী অহুগী মচা ওইরে। মসিগী মৌ অসি নংত্রা ঐখোয়না ঙসাই হংবত্রুবো"?

"মানি, মমা ফজবনিনা মচাস্থ ফজরিবা অসিনি"।

বীনা ইমুংদগী পোরকতুনা মথা থংবা মাঙ্গোল কাচিন অহুদা কমলিবী পংচাউ চাউত্রিবী মুপী মচা অমগী মনাক্তা চংলুকতুনা কমলরে। বীনানা হেক খোকলকপগা বিজয় অমদি কুমার

শুমাংদা লেপতুনা লৈরম্বদগী কুন্নিদা খোংউপ অদু থমলমর্লগা মাঙ্গোন্দা লেপতুনা মহাক্না ক্ষমখিবা ঙাইহুনা লৈরে। মহাক্না হেক কমখিবগা মরুপ অ'ন অদুস্মু অঙাং অদুবু তানখোক্লগা মখোয় অনিগী মরক্তা বীনাবু থমলগা ক্ষমলরে। ক্ষনা কুইনা ক্ষমলবা মতুংদা কুমারনা হোগৎলকলগা শারৎপু কোৗশনহুনা বীনাগী মনাক্তা ক্ষমহললে।

লিকোন শান্নবা হায়কেৎ কুইরে লিকোন্দা য়াওন্নিবা লৈশাবী পাথংশিং অদু কুইনা ক্ষমমিন্নরক্লবা অদুদদি অমগা অমগা ওর্কাসিন্নদুনা শানিংবা ন্নারী শাবা হোরকলে। বিজয়স্মু মহাক্কী ওহরোমদা ক্ষমলিবা রাধে কোবী লৈশাবী অদুগা সুংশি ন্নারি শাদুন লিকোনগী সুংঙাইবা অদু উৎলি। অদুবু শারৎতি ন্না মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা নিংখিবা বীনাগী মায়খোংদা অমুক য়েং, ময়ামদা অমুক য়েং তোঙ্নুনা লৈার। বীনানা লিকোন মরু পীরকলবস্মু তুমিন্না মথুৎ তিংথোকলগা লোই। কুমারাদ ময়ামগী মমাংদা থারবা লাইয়ুম অদু মনাক্তা চিংশিনলগা লাইস্নুমদা য়েক-লিবা লাই অদু য়েংলি। ন্নারী শাবা হোগদবা নিপা অ ন অদুনা তুমিন্না ক্ষমদুনা লৈখবদা বীনাস্মু শরৎতা অমুক য়েং কুমারদা অমুক য়েং তোঙ্নুনা লৈরে। অতোপ্পা পাথং লৈশাবী-শিংদ লিকোনগী সুংঙাইবা হরাংদা ত ওদুনা লৈরি। তুমিন্না ক্ষমলমবদগী শারৎনা হায়রকই—"মরুপ লিকোন হায়বা অদু মাস ওইরে, হোৗঙ্কি খংলে চৎলসি।" শরৎকী ন্নাঙাং তাব-দ। সুংশি ন্নরি শারম্বা বিজয়না বাধেদা নিপা মান্দে হায়না

থুমহৌ ইনশিনলকই "ত্তাদবু লিকোন শাম্নবা ল'ক্লগা হন্নগে হায়রিবা অসিবু নিপা মাঙ্গেদা, নত্তে ঐখোয়গী বিনানা চৎখিনবা হায়ত্তুনা খুজিন্না শিকলবরা ? বিজয়না ইনশিনলকপা য়াধেগী পাওথুমনি। য়াধেগী য়াহৈ অচুম্বা শরৎ অমস্তুং বিনা ইকায়রহুনা মমাই লৈখোক্লবদা বিনানা লৈখোকখিবা মাইকৈরা শরৎনা লৈশিল্লকপদা মমিৎ অ'ন মিৎচানখ্রে। মখোয় অনিগী থম্মোয়দা থংহোদনা ইথিল অমা য়াওরকলে। বিনা ইথিল অচুম ঈকাইরহনা শরৎকী ফজবা মাইথোংবু য়েংলম্বা মীয়েং অত্তু লৈথহুনা লৈমায়দা য়েংজুরে। মচুদা শরৎনা তেপ্পা তপ্পা হায়রকই। "বীনা নংবু ঈকায়রবরা ? নংনা ঈকায়রগা ঐ হোৌগৎখ্রগে ঐদি য়াম্না ঈকায়রে "শরৎনা হোৌগৎকে তৌরকপদা মায়থোংদি হায়গৎতে ইকায়গদবা মীনদি ইকায়দ্রগা ইকায়রোইদোবা মীনা ইকায়াবরিব্রা "বানাগী য়াহৈনি। হোৌগৎতুনা চৎকে তৌরমলবা শরৎ অত্তু চৎপা ওমত্রহুনা চাম্নগুম্না ফমথরে। তানজা অসিদা কুমারনা বীনাদা লিকোন পীরকলমই লিকোন অত্তু লৌরগা অমুক্তং হল্লুহনা বীনানা শারৎত্তা পীরকলমই। মতম অসিদা শরৎতা হুংশি সংসারগী লম্বীদা খোংদাহুনা বিনাবু মাগী পুক্নগী ওইগে হায়না থলহনা ঈকায়ববু লাপ্পা থমলহনা বীনাদা মুন্না য়েংহনা লৈরম্মী। মাস অমুক্তা হায়হনা পীরকলিবা লিকোন অহুগা পান্নন তনৌ তনৌরবী মুজাগী থুংশাশং অত্তু চেংনা পায়শিল্লগা করিগুম্বা থর হায়গদবগী তৌবদা ওমদহুনা মুনন্না য়েংলকই।

মতম য়ম্না থেংলকলে নোংযাই মতুং ওইরকলে, মচু কাওবা

লিকোন শান্নবদি লেপত্রি। চৎনিংলমলবা শরৎ অহুম্ মহাক্কী থম্মোয়বু পুখ্রবী মুজাহুগী মনাক্তগী চৎপগী অশাবু থাদোকহুনা মুংশিগী ইরাংদা থাওহুনা কমলমলি। তুনিন্না কমবদা হৈনজা-রবা নিপা মহাক্কী ইথং থংহোদনা মমলবা মুংশিগী লম্বীদা চংগে থল্লুবদগী তুমিন্না কথা ওমলক্তে। থম্মোয়দা ক্রমহুনা থমলিবা ওাহা-কুং অহুদা ওইরিবা আশাশিং অহু মুক্তা অহুগী মকথদা কোংদোক্লগে থল্লকলে অহুবু অতোপ্পা রাখল অমনা মহাক্কী কনাগুম্বা ১গী মকমদা নিথিরবী মহাক্কী থম্মোয়বু কৎথোক্ত্র মহুনা পাকলবা মুংশিগী ইপাক্তা আশাগী হিরেল তোংহুনা রাশক্তা নৌরেল পারহুনা, থম্মোয়গী মাহিপ ভানহুনা শান্নজরম্বা থোকলবদি অরেম্বদা তারেদে। ওসিগী আশা অসি। অমুক অসি থল্লহুনা কোংদোক-নিংলম্বা অহু কোংওমজে। অহুবু পুথাওমলকত্রে থম্মোয়না লুমলবা আশাগী পোৎলুম, থাংওমজে কল্লবা নিংওমদবগী নোংলৈ মুংশিৎ, কোংদোকলগে লেপখ্রে। থল্লুরীবা আশাগী পরিংবু চুমথোক-লমলগে নিংহুনা ইংলবা বীনাগী মাইথোংদা মুংশিনা য়েংলকপদা মহাক্তা উরে, মুনা মুনা মহাক্কী মায়থোংদা বীনানা য়েংহুনা লৈরম্বা অদো। কোয়রাওনরবা মুক্তাগী মিৎ অনিনা হুরান হুরান য়েংলম্বা উরুবদা নিংহলখ্রে, শরতকী রাখলগী থোংচৎ খিংহুনা থমখ্রে ইকায়বনা; কৈথোক্লুনা চৎখ্রে, শরৎকী মিৎয়েং।

বীনাগী রাখলসু শরৎনা নিংলিবা অহুগা মারথ্রমজে। লেংলবা মহাক্কী থম্মোয়সু শরৎকী নিংথিবা শকতমবু উরুবদগী মুংশি লাংজা থুহুনা মহাক্কী রাখলসু ককওাওননা শান্নবা হোৌরকলে।

ঈকায়বনা পল ওইদুনা খিংদুনা থমজিবা অশাগী ইচেলনা শাকু কয়া চেল্লকতুনা ঈকায়বা পনবু নামথেক্কে হোৎনরুবসু শোল্লবী মুপীগী মপোক্তা পোক্লুবনা নংথেকপা ঙমদ্রে। অদুগা দ ওইরংদা মরোল থোক্লুবা মিংচনা তুমিন তুনন য়েংদুন শাগৎলুবা মুংশিগী আশাবু যাংদোকলি। মিংচনা কোংদোকলুবা অদুমু থংবিগদবা মহাক্কা থংক্তুবা অদুদাদ তৌঋম থংগৎতুনা রানা থাংদুনা লৈখ্রে।

হে ঈকায়বা নংগা মরুপ ওইরুবা অসিদ অনিংবা থবক থুদংমকসু খিংদুংতা থমলে। বরম্না নংবু থাদোকতুনা অ নংবা আশাগী মথাদা লৈদুনা পুন্সিগী পনথুংবু করম্না তানগান। শরৎকী রাখলনি। ঐ অসে মুপা নংতাক্রা, কঙ্কব দ বংখ ? মানি ঐ নিপামি, অদুদি মুপীগী মথৌ করিনো ? তোগে হায়না নিংখ্রাবা থবক মপুং ফানবা হোৎনবা। অদুদ কররগী ঙমাত্র হোৎজিক ফাওবা ? ঈকাশবনা খিংদুনা থমখিবা অমাদ অরানবা রাখল কয়ানা ফাজিনখিবনা। ঈকায়ববু মাইথিবা পিবা ঙমগ্রবা শেয়াম্বা রাখলবু নমথবা ঙমদ্রবদ বরম্না মপা ওইহারবা ? শরৎকী থম্মোইদা অকনবা রাখলগী লান থেংনবা হৌরকলি। ঈকায়ববু থাদোকতুনা অরানবা রাখলবু হুনদোকতুনা নিংলিবা অসিগী পনথুং য়োনবা হোৎনরগে হায়বগী আশাদা তাওদুনা শরৎনা য়াম্না তপলবা রাহৈনা "করিগুম্বা অমতা বীনা" হায়রকই। রাহৈ অসি তাবদা চেকশিন্না শাজথুবা থম্মোয়গী মওিংদা আশাগী ছো জোলদুনা বনা থংহলদনা হুরান্দুনা পুরক্-

লগা থমলিবা ষুংশি মুর্তি অদু ষুংশি হৈত্তবনা খুৎলাই ওইদুনা চেনখিগদ্রা নিংদুনা বীনানা "করি ৱা" পাওখুমজররকই। ইংলবা বসন্তগী ষুংশিৎতগী হেন্না ইংলবোই নিংলবা মুজাগী পাওখুম তাবদা কোংদোক্লগে খল্লমলবা শরৎনা "করিশু নৎচদে" হায়রগা ইখং-খংহৌদনা ইকায়বনা মচিনবু মেনদুনা থমলরে। ইকায়ৎবু নমহৎতুনা হাথু হাথু হায়গে নিংলিবা ৱাহৈনা হায়হৌদদুনা হায়রোইদোবা ৱানা মাং থারকলে। "ওসাই খিল্লকলিবা ষুপী অদুবু ইমা নৎত্রা? ইমা ওইরবদি করি মিং কৌবগে?"

খল্লম্বা আশাগা হুংনকলিবা ৱাহ' অদুগা ওন্নরকপা অদুদা চেৎনা কন্না লোনথ্রবা আশাগী শো অদু নমখৎকতুনা চেনখিবা ত'রে হায়না ৱাৱরকলে। অদুবু বাহংগী পাওখুমদি পীবগে নিং-দুনা "মানি ঐবু পোকপি ইমানি, মমিংনা চান্দনি কৌই" পাও-খুমজররকই বীনানা।

ৱাহৈ খর কাংথোকলুরবা অদুদদি শরৎকী মচিনবু কাজিন্দুনা থনমবা ইকায়বা অদু মাংখিদুনা তপ্না তপ্না ৱাহৈগী লংজিন কাংবা হৌরকলে। "ওসি'দ লিকোন শান্নবনি হায়দুনা ইকায়বা খংত্রবা ঐহাক্না ইচলগী নাক্তা ক'দুনা কজবা মায়থোংবু উজররে, শেংলবা থম্মোইবু থেংনজররে। নিঙোনগী মায়থোং অমদি থম্মোয়বু উজরুবদগী ওকত্রবা পাখংগী থম্মোয়না ষুংশি লম্বীদা খোংদাজগে নিংদুনা অরাবা ইপাক্তা তাওরুরে। চারাম-নরবা ভিক্ষারিগুম থম্মোয়না লমজিংদুনা আশাগী ঝুলি য়ান্দুনা ষুংশিগী থোঙ্গালদা লেপতুনা হাপপিগনি নিংজদুনা ইচলগী থম্মোয়বু নিজরি।

নিংলিবা আশাবু মচু'ক্কী মফমদা করম্না কো'দোক্লগা রাণা খাংজরিবী সুংশিগী মৈচাক অসিবু লাইজদগী হেল্লা ইংলবা মচক্কী রাহৈগী পাওথুম তাজরগা থম্মোয় মু'দা চাকলিবা সুংশিগী মৈ'র অসি মুৎলগদগে নিংজ'রবী বী'না মহাক্কী তপলবা রাহৈ খিবিক তাজবদা আশাগী পনথু' যো'পনি থলজতুনা থম্মোযদা মোমোন নোকচরি। অতুবু ওইনজবনা মুজাশি'গী হোনশানি, ইকায খীবীনা নিঙো'শিংগী লেমজনফম'ন, মতাং চারে থলতুনা পংলবী রাখলবু ওকত্রবী থম্মে য়না ইনশিন্দুনা অরা সুং'শ ইপাক্তা তাও-তুনা কোংঙমদনা লৈরমলবা আশাবু কো'দাকচবা ঙমখিদ্রে। অতোপ্পা রাখলনা লমাজিং ওইতুনা হাযরোইদোবা রাহৈনা মাং-ওইনতুনা তমনাগী খোঙ্গেলগুম্না ইংলবী বীনাগী শুরনা হায়রকই— "রারোবিগনু তামো, নচলদি পাংত্রবী নিঙোলগী মপোক্তা পোক-লুবনা রারক চেৎলবা পন্থে'গী চৈথা তুংইরা, মচাগীদমক্তা থনজবী থম্মোয় নৌরবী পলেমগী রাহৈ মথা পোন্দুনা লৈজরিবী ঐহাক্নি। হনিং ইথা তে'তুনা শোল্লবী থম্মোয়বু ভীক্ষারিগী ভীক্ষা পোং ওইনা হাপতোকচবা ঙমজরোই"। রাহৈশিং অসি হায়রমলগা মায়থোংনা লৈম'য়দ' লৈথরতুনা নিংঙমদবনা থম্মোয়বু নিন্দা তৌতুনা পিরাংগী হৌরকফম ওইরবী থম্মোয়দা পিগী ইপোম ইঙোরকতুনা তুমিন্না লৈখ্রে।

বীনাগী রাহৈ খিবিকশিং তাবদা শরৎ ইকায় সুংশি তিন্ন-খিতুনা ঙোরবা মায়থোং লাংশিনখ্রে। মনাক্তা কব্বা ঙম্লক্লতুনা হোগৎতুনা চৎলগে নিংলকতুনা কমলমবদগী লেপথৎলকলে।

শননংনা হৌগংলকপা অদুদা মীপাই চাওবা মুজাগী মপোক্তা পোকলবী বীনানা "তামো নচলবু ৱায়ৌবীবদগী চৎপীরগে নিংলত্রা? করিগুম্বা তামোনা চৎখ্রবদি ঙসিগী লিকোন অসি কনাগা রা র শাদুনা নোংঙানখিবা থংহৌদনা লেনগদগে? নচনবু মুংশিবিবর্বদি ৱায়ৌ চাওবা থম্মোয়বু কাজিনবীদুনা ৱাথংত্রবী নংলগী নিংলিবা আশা অসিদ'দ থুংহলবীদুনা অহিং মিৎশেন খাংবদগী অৱাবা অদুদগী কনবীয়্" হায়দুনা খামলকলে। চৎলগে নিংলমলবা মহাক অদো চৎপ ঙমদদুনা কমথরক্লে। চংলুরবদি হুলগদু হাযনা থন্দুনা শরৎন য়ায়রকই—"করে, নংবু মুংশিজকানা ইংগী অৱাবা কেক্রুবীদমক্তা অহিং মিংশেন খাংজগে হায়ববু অৱাবা ওঠন থোক্লগত্রা নিঙোলগী নকমদা"

"ঐনা করি লানখিদুনা নচলবু ইকায়বা তিত্থংলকতা লংশিনবীরিবনো? লানখিবা য়াওরবস্থ ঙাকপীগনি"।

"ঐদি হৌজিক নংগী ৱাথন্দা তাওদুনা লৈরুবনা মুংশি হায়না শোল্লকপা মতমদা মুংশি থংত্রবী থম্মোয়না কৱম্না তাবা ঙমগনি। ঐগী ৱাহৈ খিবিক অসিনা নিঙোলগী অৱাববু ওইরগত্রা খনজবনি।"

"ঙসিদা উনজরুবা পাথংবু থম্মোয়গী অশেংবা ৱাহৈ কৱম্না পাওদমগনি। লোনম চাওবা খোইমু কয়ানা লৈরাংশিংগী পুন্সিবু লমাথাংদা মাংহনবগুম, পাকলবা মুংশিগী ইপাক্তা লংথবীরমলগা চৎখিবা থোক্লবদি নচলগী পুন্সিদা অৱাবা শরুক ওইহৌগত্রা নিংজরুবনা ক্ষোংদোকচনিংবা ৱাহৈবু ফুমদুনা থমজবনি।"

শরৎকী থম্মোয়দুংদা মোমোন নোকচহ্নুনা চাওথোকচনিংঙাই ওইরবী বীনাগী মাযথোংবু মুন্না য়েংজরি—, চিনবান্না থম্মোয়গী নিংজবা ৱাহৈবু কোংদোকচরি।

থেংলবা লিকোনগী অহিংদা
থম্মোয় থম্মোয় শিন্ননা,
মিৎকা মিৎকা চাননা,
মুংশি মুংশি পাওদমনজরি,
শরৎ বীনা অনিদো॥

---

## তেরুকশুবা শরুক

ইম্ফাল সহরদনি। থাবল করবা অহিং কযাদা, সংবান্নবা অতিয়া মকোয়দা চিং-লেম্না মপুং কারবা থাজনা ঙানথোইরক-লবদা থম্মোয় শোক্নবগী মশক ওইরবা মঙালনা পৃথি থক্তা য়ৈরকপদি প্রকৃতিগী থুংশেমগী ফজবনা থল্লবা মালেম লৈমাবু নিংথিবা হেনগৎহল্লি। থাজ মাবুতবু নিংজবনা থাবললৈ কোবী লৈরাংনা চিকলবা অহিংগী ইংলবা থাবলদা মরুংঙো থাজগী মাহথোংবু য়েংজহ্নুনা লিরি শিৎপা মালংগী শাউম তুংইন্না থেকনা নৌনা, হাইনা হুমনা জগোর শাজরি। থাবললৈ কোবী লৈরাংগী

আশাবু মপুং কাহলবীগে মও'শুম ইংলবা মঙালনা ফুগায়না শাৎচবী লৈয়াংগী লৈনাদ, য়েরকলি। ভাইবংনা রারগা মুংঙাইজবা হুরানবতনা মথৌ ওইরব মালংবনা লৈয়াংগী লৈনমবু হুহুন পুরকলগা তাইবং জীবশিংদ য়েন্নরি। য়াহিপ ভুমথুল তাল্লমলবা লৌনম চাওব খোইমুনা মুংশিবা লৈনম ফংবদা হয়াও মথোয় কাহুনা শান্নজরিবী লৈয়াংগীনাক্তা পাইরকলগা লৈকা খুদিংদা ঙংহুনা, শুব্ধৎ লাংবু থাকলরি। থাজগনবী লৈয়াংনা লৌনম চাওবা খোইমুগী শুব্ধৎলাংদা থুরবদা নিংথবী লৈরাংগী লৈহিবু পিথোকতুনা খোইমুগী মবুক পেলহল্লি। মুংশি বন্দা চংহুনা লৌনম লাংদা থুহুনা থাজ মানা শাক্ষি ওইথিবা কায়না মৈচাক্লা ঙাওরবী হুরা কয়ানা থাজগী মঙালবু উরগা হৌথবা পুক্সিগী খোদোকপু নিংশিংহুনা খম্মোয়দা কায়না মৈচাক ঈহৌরকতুনা অরাবা লাংদা তাররি। ঈয়াইদা শাৎচবী থরো থারিকথা লৈয়াং-শিনা থাজগী মাইথোংবু য়েংজহুনা নিংথিবী লৈশাং ঙমজহুনা মুংথিলদা য়াহিপ্পী, আহংদা চাকতাবী লমগী চেক্লানা খোংলকপা মুংশবা খোঙ্গেলবু পুক্লিং চংনা তাজরি। কল্লক চাওবী কৌজেং হারৌশিংবা থাজবু উরগা কর্ল্লক য়েংথি খোঙ্গেলদা খোংলকপদা মুংশি রাথলদা তাউহুনা করম্বা মতমদা মাবুতবু উজহুনা নিংজবা আশাগী পনথুং য়োবা ঙমগদগে হায়বগী রাথলদা লুপতুনা য়মগী শুমাংদা থাজগী ইপোমদা অঙাওবা মীশুম শরংনা লেপতুনা লৈরি। মসি ওইরে মুংশিবা হায়বা অহু, পাথং কয়া কয়ানা মুংশিগী সংসারদা চংহুনা হংঙাইবা পুক্সিগী য়াহিপ তাল্লি হায়বা

অসিবু মখোইগী মুংশিবা অদুনা করম্বা ? ঙসি ঐঙোন্দা ওইররিবা মুংশিবা অসিনা করম্বা ? নত্তে ঐগা মাগা উন্নদুনা থম্মোই থম্মোই শিন্নখিবা মতম কুইরক্লে অদুবু উনখিবা মুমিৎ অহুদগীনা ঙসি কাওবদি উনবা ফংদ্রে। মহাক্ক করম তৌরমগনি, ঐনা খল্লিবা অসিগুম্বা মহাকসু থলমখিগদ্রা ? থাজবা ঙমদ্রে থম্মোয়না মহাক্কি পুকচেল লেপত্রবী মুপীগী মপোকনি, থম্মোয় নৌরিবী মুজাগী পুন্সনি। ইশুং ইমান্নবা লেংগা ওইবা কয়ানা থম্মোই পেৎপা রাহৈনা লৈতেংলকতুনা মুংশ হায়না শোল্লম্বা থোক্লবদ মাগীদমক্তা থন্দুনা লৈজারবা ঐহাকপু কাউথোকতুনা মুংশি পরে চেৎনা রাশক কিশি কিনরমলবাদ ঐহাক্না করবা কিভমদা—। ঐগী রাখল লাল্লে "পুন্সিগী অহানবা মুংশিগী খোংথাংদা থেংনজরুবা মুজানা থাদোকপা ঙমগনি হায়বগী আশা উজদে।" থোৎথুন্নবা মুজাগী রাহৈশিং অস কাউবা ঙমলরোই ঐহাকী পুন্সনা, মহাক্না ঐবু থাদোকান হায়বা থাজদে। লিকোন্না লোইরবদা চৎলমদাহ মতমদা মহাকী মুংশিরবী মিৎলুদা ভরংগী লাইজ ইহৌনা "ভামো লাইবক থিবী নচলদি থুজং লৈকোন্দা হৌজদুনা লরাই লমদা পোমজবনা, ফজবা ইম্ফালগী লৈরাংশং উরুরগা নচলবু কাউবিগনু। মসিমতদি নিজগে; লরাই নিঙোল ওইবী ঐহাক্না কাইনরমদাই অসিদা।" কাউ'দ্র ঐনা মহাকী রাহৈশিং অদু মথং মথং নিংশিলক্লী। মুংশি রাখল কয়াদা ভাউদুনা অঙাওবা মী হায়বা অহ বিনা মশুং লাংগী শরৎ'সিদা থোক্লরে। থংলে মুংশিবা নহাক অসে, শাবী শানৌ কয়াগী মকমদদি মহ পুরবা লিল অমগুম্বনি। মহ পুবা লিন্না

চিক্লবা মীনা লিনগী মগুণ খংবগুম মুংশি চৈনা ফংবদা শাবী শানৌ কয়ানা মুংশিবগী মগুণবু খংই। অদুগুম্না শরৎসু মুংশিগী কল্লবা চৈথেং ফংবদা মুংশিবগী মগুণবু করম্না খংলোই। নানথোক-পদা রারবা মুংশিগী কল্লবা লিপুনবু করম্না নাম্থোকপা ঙমগনি। রাখলতনা রারবা, থম্মোইতবু শোক্লবা, হকচাংদা লাইমন ওইরবা মুংশি মাগী রাখলনি। থল্লরোইতা নিংলগা থোইনা হেন্না খনলিংবা মুংশি মাগী মগুন্নী। ওন্নাংথাগী মুংশাবু ইংলবা থাবলগী ইপোম-গুম, ইংলবা থাজগী মঙানবু কালেনগী মুংশাগুম্লবা মুংশি মাগী মগুন্নী। খংনা খংনা চংলুরে, শরৎ মাগী রাখলদা কাউগেমক্তা ঙমগ্রে, কল্লবা মুংশিগী মৈরিনা থম্মোয় মুংদা চাকলক্লে।

মুংশিগী রাখন্না অঙাওবগুম লেপলিবা শরৎপু য়েংবা ঙমগ্র-মাল্লে থাজগী মাইথোং অদু অমুবা লৈচিল্লক্তা লোৎখ্রে। অদুবু তমথিবতনা শরুক ওইরবা লৈচিন্না অরাববু য়েংবা ঙমজগ্রবা থাজবু ছন্দোক্লমদুনা অতোপ্পা মাইকৈদা চৎখ্রে। লৈচিন্না পায়-থোকপ্রবদা লোৎকম খংগ্রবা থাজনা মীৎ তাংলবা মীনা চৎপগুম শরৎকী মতৌদুবু উশিন্নদনা খোংশাল্লক্লে। থাজনা অতিয়া মাকোয়দা খোংশাল্লকপদা থৌগল ওইনা লাকপা থরানমিচাকশিংনা শরৎকী অরাবা চিন্তাবু উরগা কুপকেৎ কাকেৎ তৌদুনা অরাবা ফোংদোক্লি। ইথোলগী অকোয়বদা হৌরিবা উ-রা থিবীকসু তুমিন তুমিন লেপতুনা মুংঙাইতবা উৎলি। তুলশিবোঙ মনাক্তা হৌরিবী জাতিকুপ্পী কোবী লৈরাংনা অরাবা রাখলনা থুমহৎতুনা লেপলিবা পাথংগী ফিভম অদুদা মুংঙাইত্রদুনা অরাপ্পদা লৈশুবী মতারোইগী

মহুৎ শিন্দুনা মুংশিবা লৈরাংগী লৈনমবু মালং শাউম তুংইন্না পির্ক্লি। পুব্রি মপান্দা ওংজবী তখৈল্লে কোৱী লৈরাংনা পাখংনা মুংশি মৈচাক্লা ভাওরিবা অদু কনবা ডমগত্রা হায়দুনা থম্মোয় থোংলবা লৈনমবু পাওখোন ওইনা খারকদুনা লমদম তাম্না লৈশাং তমহৌরবী মতারোইগী মপাউবু তম্লরী। লৈরাংগী লৈনম ফংলগা থম্মোই নৌবা হেল্লক্লে, রাখল লমজিং ওইরক্লে। অসুম্না থাবল করবা অহিং কয়াদা মতোমতা লেপদুনা মুংশিগী রাখলনা লমজিংদুনা বিনাগী তনৌরবা শক্তমবু থম্মে ইন্দুংদা নিংশিংদুনা মিৎলুদ মুংশি লাইজ ইহৌদুনা মতম কয়া থাংলক্লি। অয়ুক মুংখিলদসু অসিমভাই, অচিকপা মকমদা কমদুনা লাইবক কবী মহাক্না করম্বা মতমদা উরদুনা মিৎ অনিসিনা ফজবা শক্তমবু য়েংজদুনা হৌখিবা লিকোনগী মতোংগুম মুংভাইবা মুংশিগী মংলান্দা খোংদাদুনা, মহাক্না নাপ চিক্না মুংশি রাহৈ কয়াবু পাউদমখিগদগে হাইবগী রাখলদা তাউদুনা লৈক্লি। অমুকসু নিপা হায়বা জাৎ অসিদি নিপা ওইবা ঐখোয়গী কৈথেলদা য়োনবা শানাপোৎকুম্বনি, লৌনিংবা মতমদা ফংবনি। ইহৈনা হৈরবদা, ইরম্না লৈরবদা হুপীগী মুপী ভাকনি। থ্বাইগী মরুদি ভমলিবা ইহৈ অ'স ন। ইহৈনা য়াওত্রবদা হৌজিকী যুগ অসিদা চন্নকম লৈত্রবনি। মহাক্না রাখলদা তাউদুনা অরেম্বদা মতম মাংহনবা অসি চুমত্রে, ভসিদগী মহাক্না আশা তৌররোই। মাপা ঐগা পুজিগী লৈমিন্নদুনা হংভাইবা ভাইবং লীলা য়াও হায়না ঈশ্বরনা তমলমলগা ভুমলম্লে, কন্নিগুম্বা তম্নমত্রবসু ফরে। হায়বা রাখল লাকদুনা থম্মোয়গী মুংশি মৈচাক মুৎননবা মমান্নবা

ময়ামগা তিন্নদুনা চৎলুরে। চৎমিন্নরিবা কয়ানা মখোই মখোইগী মুংশিনজবা মুজাশিংগা উনদুনা মুংশি য়ারী শাবা উক্নরগা খল্লরোই নিংলম্বা আশাগী মৈরি অদু মুৎলে, মুৎলিরবা থাউমৈদা মুৎতনবগী-দমক থাউ হমুক হাপ্লগুম চনৌ নৌনা চাকথৎপা হেনগৎলক্লি। কেংইথোকলুবদগী হল্লকলগা ময়ুমদা মতেংদা লৈরবসু মুজা মাবুতা নংশিংলক্লি। অচিকপা, কঞ্জব মকম কয়ানা মুংশিবগী লাংদা থুক্নরবা শাবী শানৌশিংগী য়েক্নবনি খন্দুনা মাগী মরুপ কুমারগী ময়ুমদা লাকতুনা অতোপ্পা রারি য়াতাই শাক্লকই। অদুবু কুমারনা বিনাগী শকী গুণবু শোল্লদুনা শরৎ নংনা লৌগদবনি হাইরকপদা অতোপ্পা লৈফ রারি কাউথোকখিদুনা মহাকসু বিনাগী য়ারিদা লুপখি। করম্বা মতমদা মাগা ঐগা উন্নদুনা মুংশি মিংচান্নরকখিনি। মতম অসুক কুইরবা অসি ঐখোয়না নোংমতসু চৎলুবা ওমদে, মহাকসু মুপীগী মপোক্তা পোকলুবনা নোংমতসু লাকপা ওমদে। মহাক্কী শক্তম অদু করম্না উবা ফংগনি। অসুম্না ওাংলকপা য়াহৈশিং অসিদা কুমারনা পাউথুমলকই। “নংসে তশেংনা মুংশিগী চৈনা ফংলে হায়বা অসি ঐগী য়াথলনা থনবা ওমই। অদুবু করম তৌগনিং নিপানি হাইদুনা মখোয়গী লম অদুদা চৎলুসি হাইরবসু নখোয়গী ইবুবোকী সৎো অসিদা চৎপা ওমদে। অহম্নি মহাক্না ওাংনিংবমখৈ ওাংকসমু হাইরবসু মরুপ্না অহল লম্মনবু কিবা অসিদা ঐসু থংদ্রে। অমরোমদা হাইরবদি অহল লম্মন কিবা নহাক্তি থরা য়াবনা চুমই”

“মরুপ—ঐনা য়ারগা নংনা মুংওাইরবদি অরাবা অসি শক্লক

য়াম্বনা লৈজরগে। করে, ঐবু অহল লম্মন কিবদগী য়াজরগে, অদুদা মহাক্না অরাবা ঈপাক্তা লৈরমগদবা অদুনি।"

"নংতগী য়াখলস্তু নত্তনা আদা লৈহোরবী মহাকীস্তু নংনা খুনবিরীবা ওইরে। নংনতা মুংশিজবনি, মহাক্নদি করিস্তু মুংশিবীবা নত্তে।"

"অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা নচলদি লরাইদা পোকপিনি, করিঙুমা মতমদা ইম্ফালগী ফজবা লৈরাং য়েংলুরগা নচলবু কাউবিগনু হাইরকলিবনো ?"

"নোংমা অদুগী নংগী অরাবা অদু য়েংবা ঙমত্রদুনা হাইরকপনি। মরম অসিনা ঙসিদগী নংনা মাগী আশা তৌরিবা অদু থাদোক্লো। কুমারগী রাহৈশিং অাস তাবদা শরৎকী পু রু'দা তুমিন্না ফুমহুনা খর্মখিহুনা রারিগী মখা তারকখিদে, অমসুং মাংথোংদি অরাবা উৎলি। অরাবা অদু উরগা তশেংনা মরুপ মুংশিজবা মী অমা ওইখিবনা কুমারনা মরুপ অদুগী য়াখলগী ইরাদা তাউবা য়াওরে। তপ্পবা রাহৈনা শরৎকী খম্মোইবু পেন্নবা হাইরকই—"মরুপ মাগা নংবু থাদোকলোই হায়বা ঐনা খংই, মহাক্না তশেংন নংবু নিংজবগি। করিগী অদুক য়াম্না মুংঙাইতবা উৎপগে, ঐনা লরুবনী।" অশেংবা মরুপকী র হৈ তারগা খম্মোইদা মোমোন তৌদুনা "মীবু লরুগনু" শয়ৎনা হাইরকই।

রারি কয়া শান্নরে, অরাবা খিবীক কো'দোক্নরে, মুংঙাইবা খিবীক্ উৎনহুনা হুরাও মিনোক তম্নরে। রারি শানা শানা কমহুনা লৈরম্বদগী মতম্না কনা লৈশিল্লকুবদা থেংলে হায়বগী ভ.ব

লাক্লবদা ময়ুম ময়ুমদা হুন্নরকই। ময়ুমদা লাক্লবসু মহাক্কী কাদা মতোমতা কপ্পদুনা চাগনি থকনি কাউখিহুমা মুংশিগী রাখলনা শরৎকী পু'ন্স অদু থুমহৎলি। মহাক্কী মতৌ উরগা ইমুংগী অহলশিংনা মুংশা থিরক্লে। মহাক্না ভৌরিবা মতৌ অসিগী মরমদা থিগৎপা হৌরক্লে। অহলশিংনা করি ভৌরে হংলুরবসু মহাক্না থোকপা অমা থুমদুনা অহলশিংগী থম্মোইবু পেলহল্লকই। মবুবোক অদুসু তৌকম খ'ন্দুনা তৌনিংবতা তৌরমসু হায়না নিংদুনা ভুমিল্লা লৈরে! অদুবু মুংশা থিগনবা অহলনি মশু ওইরিবা শরৎতা র অমত্তা ভাংত্রবসু করম্না কদায়দা শোইথিগদগে হায়দুনা মহাক্কী রাখলগী লমজিং থিরকই, তৌইগুম্বসুং থিকম খংদ্রি। কুমারদা হংলুরবসু খংনা খংনা হাইদোকপা য়াদবা রাকম ওইথিবনা হাই-রকত্রে। খ'লকত্রবা অদুদদি অহল ওইবা মহাকসু বুদ্ধি লৌশিং, মাংশিল্লক্লে। শরৎকী মবুবোক্কী মুংঙাইতবা উরগা কুমারগী থম্মোয়দা মুংঙাইতবা অমা পোকতুনা শরৎকী মকমদা মবুবোকী মমিৎতা মুংঙাইত্রিবা রাখলগী অমকপা মাইথোং অদু উৎকনু। নংগী নতৌ উরগা ইবুবোক অসি য়াম্না মুংঙাইত্রে। মরম অসিনা চাবা থকপা মতম চানা চাদুনা তৌগদবা থবক নিংথিনা তৌদুনা অহাংবা মতমদা নংগী রাখলগী লিলা অদু শান্নহল্লু। করিগুম্বা ঐনা হায়বা অসি তৌত্রবদি অহলগী থম্মোইদা অরাবা ওইবদগী লাইনা পোকতুনা অনাবা অমা ওইগ্রবদি নংগী অমাংবনি। মরম অসিনা রাখল মুম্না তৌ। শেরাম্নবা রাখলদা পুদুনা লৈরবদি নহাক্কী নশা অদুসু অমাংবা অমা ওইরকনি। অসুম্না কুমারনা

তুমিৎ থুদিংগী শরৎকী মকমদা হাইররি। অতুবু শরৎ অতুদি তুংশি কল্লবা লাংদা থুদ্দুনা রাখলনা ফুম্বংনবা মী অমা ওইদুনা লৈরে।

তুজা মাবু থেংনরুবা
তুংশি লাংদা থুরুরে।
অরাবা মায়রোং য়াদ্দুনা
লম্মুক্লগনবা তুংশিগী সংসারদা
চংলুরে শরৎ মহাক্তো,
পুন্সিগী যৌবন অয়ুক্তা ॥

---

## তরেৎ শুবা শরুক

ময়াং ইন্দাল লমদমদনি। নোংমগী তুমিদাংরাইরমদনি। তুমিৎনা নোংচুপ চিংগী চিংন্দোন য়োরকতুনা স্ন অহিংবা মচু মাল্লকলবা মতমনি। পাখং কয়া কয়ানা অকবা ফিরোল শেৎলদুনা তুমদাংরাইরমগী কোইথোক্লরকপা মতমনি। তুজা ওইবিশিংনা তুমিৎনা তাপ্রবদা শিজিন্নবা হায়দুনা মথুক্তা পাত্র অমমম পাইরদুনা পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্লরি। কনাগুম্বী তুজা খরনা মখংশেনশিংবু উন্নহৌরোই হাইদুনা শোকত্রবসু য়ারবা শোকলুরবসু হৈজিনফম পাত্র লৈত্রবা অমদি ঈশিং শোক্লীংঙাই পাত্রসু হায়া পিক খন্না য়াওদুনা লৈরবা কাওবদা তুংশিবনা কল্লি, পাম্মুবনা হেল্লি হায়দুনা য়েনখাদা হৈদোক্লমলগা মখোয়গী পুখ্রিদগী শোকে নিংত্রদুনা

অরাপ্পদগী শোক্লবা থোরকপদা মমা মপা ওইবা ওইবী কয়ানা ঐখোয়দগী শোকপদি করি তৌই হাইরকলবস্তু হুংশি মীহৌ চাওবী কয়া অদুনা ঐখোইগী পুথ্রিগী ঈাশংদি ফজে হায়দুনা পাউথুমলকই। হুমিদা রাইরমগী তোগদবা মথৌ লোইরদুনা মমাম্বী হুজাশিংগা পুথ্রি মপান্দা ফমদুনা অমস্তুং লম্বীদা চৎতুনা রারেম ঙাংনদুনা নোক থেবস্তু য়াওরি। তোম্বদি মাগী'ন, নংনা নিংলিবা অমস্তুং হুংশিজরিবা অদুদি থোইবীগা হুংশিনরী অসিনচিংবা মখোয় মখোয়গী নিংজরিবা পাথংশিং অদুগী মমিং পল্লদুনা ফাগী তৌনবস্তু য়াওরি। অস্তুম্না হুংঙাইরবা মতম অসিদা কনাগুম্বী হুজা অমস্তু মহাক্কী তোগদবা থবক লোইরম্লগা মঙারোই অমগী ময়ুমদা লাক্লদুনা থম্মোয়দা ফুমদুনা থমলিবা রাখলগী পরিং অদু তমদুনা অরাবা মৈচাক থাংলরি। মতাগী মতৌ উরগা, হুংশি পাউদম তারগা করিগী রারিবনো, নিংবু নিংজরবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি অনিংবা অশা থুংগনি। অদুগা মহাক্না করিগুম্বা ভশেংনা নহাকপু হুংশিরম্লব-দি মখোঙন থোংনা লাকনি. রাক্লগম্লু ইভারোই, অস্লুম্নদি থেমজিনজে হুংশিজবী মঙাবু।

নোংমা কয়া হৌখ্রে, নিনি কয়া চনখ্রে, হুংশি শক্তমবু উরকথিনি থন্দুনা রানা লেনজরকপা মতম কনা কুইরক্লে। অদুগীম্লু মথক্তা রাধা জর্ম্ম অমস্তুং বমোন জর্ম্ম অনিগী লিকে ন্দ লাকত্রা থন্দুনা হাথু হাথু ঙম্না লাকচ্চবা লাকলমত্রে মহাক্তো শক্তমদুম্লু উথিত্রে। মহাক্কী মঙ্তা পুকচেল ফত্রবা, কল্লক মীহোচাওবা য়েংনিদবা উরননা ইনাক্তবু কমলরে। হোগৎচুনা চৎনিংলে অম্লুবু

হেক য়েৌবদা বীজয়গ থে নতুন, মাথেদা কদাই চৎকগৌরীবগো হায়রকই ।

"মচাকপু অশাই কাওবদ থিল্লুগে তৌবনি ।"

"হৌখিবা গুরু,গী অহি দা নংনা লাকউ হায়না কৌরগা করিগী থোক্লক্লবগে ?"

"ওাকপীহৈবা ইবুংনি চানবীহৈবা মহাক্তি ভাকিপিগনি নিংহৈ, চানবাগনি নিংহৈ । ঐবু পোকপী ইমাদো হায়রিবা অহিং অহুমগী অক্লম লাইহো তৌদ্রনা গুস কাওবা ওনাবা মী ওইহনা লৈরে । মরম অাদনা থোক্লক্লপদা থুদোং চাখিরে ।"

রাথে অমদি বীজয় অনগা রা অাদনদি মথোম অসি চুংশি সংমাবদা থোংদারবা, থোংদারিবীন হাপুগা ভাবদে । শাবী শারো অানগা চুশিং রারি ভারগা মনাকতা চংলিবী রাথেগীদি মভাম্নোই অচু থম্মোইগা শিরাং ইহৌখ । চুংশিজবা মাইথোংবু মমিং পেম্না য়েংজত্না চুংশি পাওমনজবা রাথে মহাক্তা পাখং মাগী মকাদা, উরুরগা লাইবক থিবী গুজাদি নিজবা মাগী শকতমম উজবা কংজদে, চুংশি রাহৈগী পরেংগু তাজবা কংজদে চুজান, হেন্নবা পুক্লিগী লম্বীদা অচুম্না রাথম লময়িং ওইদুনা কজবা ম্যাইথোং অচু মকশিন্নি ।

শাগদবা রারি শাম্নরি, ভাংনগদবা রা ভাংনরে, পাওরো কম্না তৌনরে, রাথে বীজয় অদি অচু । রারি শাবা লোইরবা মচুংদা বীজয়না নাইথোম ভারবী চুজা অত্রদা হাইরকই "হৈথেম্মা নংবু অহানবা উবা মতমদা কৌথৌরে । বিংজবনা হেক্লি হায়দুনা

মতোন্দা হায়া কৌহুনা ইচনগী মাইস্থ য়েংদনা য়া থয় ঙাংনরুরে। শাওগন্নুকো।"

"করিগী য়ারৌগদগে। য়াধে, তাদা অনিনা সুংশি য়ারি চিল্লোকনজবা উরগা থম্মোয়না পেঙ্গরি। অহুগনে তাদা' পংশবী মুজা ঐখোয়গী মপোকশি, অপংবীনি নি'হুনা পুকচেল চাওবী ইতাবু হন্দোকপিরমগে নিংবীগন্থু। পাথং ওইবা নখোইদি অরাবা মৈচাক কাওখোকপা ঙম্মী, নিংঙোলগী মপোকতা পোকলবী ঐখোয়দি অরাবা মৈচাক থাদোকচবা ঙমজদে। ক'রগুম্ব' তাদ'না থাদোকপিরমলবদি ঙসি ঐনা য়ারিবা অশুম্না মহাকস্থু মতম অমদা অরাবা শরুক লোইনরকনি।"

"করি রানো ইবেম্মা। কায়নগেদি হু'শিনবরা, থাদোক্রমগেদি মুজাবু কায়হৌগত্রা?"

নিংজবনা হেনথিবনা ইকাইবা রাংম লান্দুনা মুজাতুনা হায়রকই "অহুদি তোল্লবী ঐবু মুংশি কাইগৌবীরমলগা করিগী থাদোকতুনা চংখ্রি। পংলবীনি থন্দুনা মুংশিগী পাকলবা ইপাকতা পুথবীরমলগা ইরাক্লগনবা ইপাকী ইয়ায়দা করিগী হুন্দোকপিরমলি।"

মুজাগী য়াহৈ তাবদা করিগুম্বা অমা নিংশিংলকতুনা বীজয়না হায়রকই "করিগুম্বা অমা কাওরুরে। হৌজিক ঐনা লাকলিবা অসি ইম্ফালদা শেল থিনবা চংলুবদগীনি। মকম অহুদা ঐনা কুমারগা য়ায়ী শাবদা শরৎ অহু য়ায়া য়ানা লৈহৌরে। শাগম নাম্মা ভেরুবী চেক্লানা পায়জবদি ঙমজদা পায়দি পায়জনিং য়ানা লৈবগুম য়ারক চেৎপা অহনগী মথাদা লৈহুনা লাকচবদি ঙমজদা

লমদম অশোমদদি লাকচনিং, য়ানা লৈহৌরে, হায়বা অসি খ'ল্কহ।
অমুক মুংখিল খাকতনা মুজাগী য়াথল্দা তাউদুনা পিরাংতনা
পিরোইনদুনা লৈহৌরেদো শরৎতো, বীনা।"

বীজয়গী পাউদম তাবদা পাংজত্রবী বীনাদো মুংশি লৈচাক্লা
হৌনখিবনা চুম্না লেপ্পা ঙমত্রমাল্লে, মাইথোংনা য়াথেগী খব কতা
লোংতুনা মত্তাবু চেৎনা কোঞ্জরি।

সন্ধাগী মতমনি সন্ধা আরতিগী কাংশিগী খোঞ্জেম্না মাইকৈ
মরি পুম নন নিল্লকলে। বীনা মাংগোল্দা কমদুনা বীজয়না তমলখ্বা
ইম্ফালগী য়াইহেশিংবু নিংশিংদুনা লৈরি। তোল্লবী মুজাগী মপোক
ওইখিবনা করম্না পাখং মাগী মনাকতা চৎতুনা মুংশিবা মাগী আশাগী
পনথুং ওইহনগ'ন। হে মুংশিবা অঙকপা নংগী সংসারনি, নংগী
লম্বীদা চ'লুরবা শ'বী শানৌ কয়াবু অরাবতা ওইহনদুনা
পিবাংতনা মিৎলুদা ইহৌহনবা মুংঙাইবা শরুক ফংহল্দবা অসিবু
নংগী সংসার লিল্লাগী করম্বা মায়ানো। উজগে হায়না নিংজ'রবা
মহাক্লা লাকলবসু ইকাইবনা থৎতুনা য়েংঙমলোই। উজদ্রিকৈ
মতমসিদনা পাম্মুবা মাগী মনাকতা লৈহুনা য়েংজনিংবা শকতমু
য়েংজহুনা মুংশি পাউদমজনিংই, লাকলবদি ঙমজরোই। থংলে
মুংশিবা মহাক অসি শাবী শানৌ কয়াগী পুন্সিবু থাঙথকতা
মাঙনবগী মোংকমনি। য়াথন অসিদা তাউহুনা ফমলিবা বীনাবু
মমানা কৌরহুনা হায়রকই—

"বীনা নল্লোমচা লাকলিবসি চাক থর থোংবিয় হায়দুনা, চৎতুনা থর থোংবিরুচো, ঐখোয়গী ইমুংগীদি ঐ তৌগেরগে।"

"তল্লি- ইমা থোংবিরুচো, ঐনা ঐখোয়গী থোংহৌরগে।"

"করিনো বীনা নংদি লৈশাবী ক্ষাবে হায়দুনা নল্লোমচা ঐবু মুংশিত্রবরা ?

নং অসি ঐগী নংগন্দগী চাউথিবনি। নথুৎ চানিংদুনা কৌবা লাকলগা করিগী চাউথোকপিবনো। নংনা তল্লবস্ম নথুরাবু থোংহল্লগে হায়দুনা চাওবীনা শাওশিন্নদুনা চৎলগে ইচে, চান্দনিদা তাক্লন্নগা মমাই লৈথোকখ্রে। চাওবীগী মতৌ উবগা চান্দনিনা বীনাদা ভাংলদুনা থর থোংলুচো হায়রকই। মমানা ভা'বা তাবদা কম্নমবদগী হৌগৎতুনা চাওবীদা চৎলসি হায়রন্নগা চৎখ্রে, চাওবীস্থ মতুং ইন্নদুনা চৎখ্রে।

চাওবীগী চাকশংদা বীনানা চাক থোংলি, মনাক্ত চাওবীনা য়েঙ্গাং শেল্লি। ইচে, ইচে লৈতব্রা ? মপান্দগী কৌরকপা খোন্থাংনি। চাওবী মথুত্তগী হৈজ্রাং থমলন্নগা কনানো হায়না থোংলাও হাংদোকপদদি মহাক্ত উবা ক্ষংই উরুন্না লেপতুনা লৈরম্বা।

"ইচে করম তৌরে।"

"হেরা ইবেম্মা চাওবী ঐনা হায়বা রাবু শোয়বা হৌনব্রা।"

"করে ইচে অহুদি নং … …"

"ঐ থাও লৈরুগে হায়না খোকথুগে অহুগা নংনা ভাংনগদবা রা অহু য়াম্না থুনা ভাংবো। নবাইহু মনিংলোমদা ই-গী রা ভাংনগনি হায়দুনা চৎখিবনি য়াম্না থুনা লাকনি।"

"ঐ লোইনা খংলে ইচেগী চোপ্তনবা তৌজগে।"

অশুম্না জুজা জুজা ভাংনরগা ইমুংদা ফিদা থাদুনা কমহল্লগা থাও লিক্লি অমা পায়দুনা চাওবীদু থোকখ্রে। ইমুং অদু উরুনগ, বীনাগতা মণ্ডাইহোরে। চাওবী হায়বী সুপী অসি চান্দনীগী মনাও সুপীনি, মচা অমত্ত পোক্লে, ইমুং অসিদা মাগা মপুরোইবা কুলগা মথোই অনিতা লৈরম্মী। মহাক্তি থবক অমত্ত তৌদে, মাগী হায়ববু পাখংদা লৈশাবী শেমদুনা পীবা অসিনি। মপুরোইবনা খংলবসু ইমুংদা পুশিল্লকনু হায়দুনা ভাংলমলগা তোকই। উরুনবু বীনা পীনি হায়না চাওবীনা ওৎতুনা লৈরক্লবনি। মহাকসু বীনাদা উরুনগী রা তৌদোক্লব নত্তে হৌদোক্লিবনি অদুবু কান্নবা করিমত্ত ফংখিদে। তৌজবা থবক্লা মহৈ য়ান্দ্রবদা উরুনগী মমাংদা ইকাইদুনা তৌনিংবা তৌরসনু উরুম্না, হায়দুনা বীনাবু কৌরুবনি। ভসাই বীনানা চৎনিংদে হায়বা অদু চাক থোংলিউে মতমদা তাজনিংদবা উরুনগী রা ভাংলকনি খন্দুনা য়াদবনি।

উরুম্না ভুমিন্না ফম্লম্বদগী ফুরিৎ থাওদগী চুরুট মচৈ অমা লোথোক্লগা চাক থোংদুনা লৈরাবী বীবাগী মনাক্তা চংলক্লুনা মৈ মচেৎ অমত্ত পীয়ু. অদোম ওইরে, ঐদি কনা কনা ওইরবোট নিংলুরে হায়রকই ফনি হায়না পাওথুম্লদুনা মৈ অদু পীরে। উরুম্না মৈ চম্লবা কাওবদা থোক্লুব। অদুদা মুজানা মুংশিদদুনা থুংচুম হৈদোকপনি হায়দুনা মমাংথোংলোমদা থোরক্লে। মতাং চাবা ফংলে খন্দুনা উরুম্না য়াম্না তপ্না হায়রকই। "বীনা ভসিদি রা খরদং

হাযজগে।" মীনা রা ঙাংলকপা অহুদদি লেপ্পুনা যাদবনিনা ইমুংগী লময়াইদা লেপতুনা বীনানা রাহৈগী মথা ঙাইরকই।

'মমাংদসু হাযজখ্রবা অহুনি ঙশেংনা নংবু সুংশিজরুবনা ঐ অসে রাখংদবা মী অমা ওইরবনি। মরম অসিনা নংনা ঐগী নিংলিবা আশা অসি অমুক্তে থু হনবিয়ু।"

"তা—উরুন নচনদি পম্মৌ রারক কৈজবনা, পলেম মীচৈ তাজনিংদবনা তাদগী নিংলিবা আশা থুংহনবদা নচনগী পাঙ্গল লৈজদে।" হায়রম্লগা মম থেংদা থোকখ্রে।

ইকাইবা থংত্রবা উরুন, বীনানা চলকপা ঙাযতুনা লৈরী। মুজা অতুনা চংলকপদা নিংতোল কা তানা চাশিনখিতুনা বীনাগী য়েৎ থংবা পাম্বোম্সু মথুং য়েংন পায়হুনা অমুক্তদি চারবী, নং নতুনা পুম্সিগী আশা অসি থুংহনবা ঙম্লরোই।

শাউরপ লোব থোনকমদা বীনানা হায়রকই—"ঐগী থুং থাদোকউ, অতুগা নংগী অশা অহুদি হয়েমুক্তা মপোক্ত কাওবা নিংলুগনু।"

"ঐনা হায়জবা অসিগী মতিক চাবা পাউথুম পীবিত্রবদি থোংলবী নংগী পাম্বোম থাদোকপগী মতুত্তা পোমশাংনরীবী লৈরংবু লোনম চাওবা থোইমুনা পেন্না লৈগী চুপ্পগা লৈমনশীংদা চলহয় গুম যোগীশীংদা চলহন্দুনা অরাবা সংসারদা লংথোকদবনি।"

"করি হায়বা উরুন, কল্লক য়েংথীবনা নথৌ ওইরবা নত্তোন্দ ঐগী মমল য়ান্নবা থরাইবু শিন্নবা য়াদ্রগা ঐবু মাঙহনবা মুপীনী

চায়হুনা উশিজবো" শাউখিবনা হেনখিহুনা মখুৎ ওইনা উরুনগী থক্রাইদা কন্না থাহুনা নাম্থোক্লবা হোৎনরি। মুপীগী খুপাক চারবা উকন বীনাবু শুপকোন কোনখৎহুনা ফৈবন্নরা পন্নগা কমুং থক্তা লংথৎনবা হোৎনরক্লে। শাদানবগী লাংদা থুরবা শানা নাম্থোক্লবা হোৎনজবগুম উরুনগী মথুক্ত তারবা বীনা মশাবু নাম্থোক্লবা হোৎনজরি। মশাবু নাম্থোক্লবা হোৎনবদা মকি মরোল পুন্নমক মকম খ'দরে। চল্লবা কী অচুনা মশাদগী নাম্থরক্লুনা মখোইগী মনাক্তা থাল্লীবা থাওমৈ পোদোল অচুগী মথক্ত তাবহুনা মৈ অদুসু মুংখে। উরুনগী মশাদা নিংথৌবী বীনাগী থোৎলবী হকচাংগী কয়াৎশিং অচুনা থেংবদা উরুন অদো হান্না ভাওবগী মথক্তা পুমভাও ভাওখে। মুপীগী মপোক্লি বীনা করি তৌবা ওমগনি। উরুন্না ওম্লক্লুনা বীনা কমুং মথক্তা লোংনা তাহুনা লৈরে। তাঙ্গা অচুগী ফিবম অদুদা চারাম্নরবা নোংশানা শোল্লবী শজিবু উবগা ক'হৌরোরোই মতাগুম লোংনা হিল্লিবী বীনা তন্না উরুন্না চংশিল্লকপদা মপাল লোমদগী নিপাগী থোঞ্জেল অমনা "চাওবী" "চাওবী," কৌবা তারক্লে। উরুম খাই লাওহুনা চপ লেপ্লগা কৌরক্লিবা অচুগী থোঞ্জেল তারম্মী। অসুন্না ভৌবি ভৈদা বীনা মশাদগী নাম্থোকথরবা কীরোলশিং শেমজিল্লগা মপান তান্না চেম্থোকলক্লগা ঐগী থরাই অমুক্ত কনবিয় হায়হুনা নিপা অচুগী মনাক্ত চেনশিল্লক্লে। নিপাহুনা করি তৌরে বীনা, নংনা মসিদা করিগী লৈরম্লিবা? হংলকই "থুরাতোন

চাকথোংবনি হায়দুনা কৌশিল্লগা কত্রবা উরুবগী মখুন্তা শিন্নরমলগা মহাক্না কৈথেলদা চৎখরে।”

কুন্না থোদোক অমু তাবদা শাওখীবনা লুত্তোন কাখিদুনা উরুনবু লোইশিল্লগে নিংদুনা ইমুংদা চংলকলে। উরুন্দো মহাকা বানাগা য়ারি শারিদুদা মনিংথোং কাওদুনা চেনখরে। কুল্লনা মখুৎতা থাংজৌ অমা পায়দুনা ইমুংদা উরুন খিরিদুনা মতমদা চাওবী অমু লাকলে। খিবা কংত্রবা অমুদদি চাওবীদা তাইনদুনা অশাওবা য়াওংনা লাউথোকবা হোৎক্লে। মপুয়োইবনা শাউই হায়ৎবদি নুপী ওইবী মহাক্না তুম্মীন্না লৈথোক্লবদি ফগদবা, মচিন খিনা খুমলক্লে। মুমিদাং অমুদা মখোই অনি অমু অঙকপা কংনা খংনরে। খংগমদবা লৈকাইগী মীশিংসু খংলক্লে। চেনরকদুনা কুন্নগী শুমাং অমুদা পুন্নরে। ময়াম লাকলবা অমুদদি মখোই অনি অমু খর কররকলে। অমুবগী ইমুংগা মখোয়গী ইমুংগা লাপনদবনা অমুবসু তাদুনা লাকলে। করিগীনো হায়না অমুবনা মচানুপী বীনাদা হংবদা তাকপা য়াবা য়াকম নংতবনিনা তাকথোকত্রে। মহাকসু খংনরিবমু জন তাদদুনা মনাওনিপা কুন্নাবু খামলি। শাউখিবনা হেনবনা কুল্লনা মাগী নুপী অমু মমুমদগী তানথোকপ্রে। ময়ায়া খাম্বসু য়াত্রে, বীনানা খাম্বসু য়াত্রে। চাওবীসু ইকাইখাংদগী মপামদা চৎখরে। চাওবী অমু নুপী শেখম। হায়ববু হল্লকলবী মো অমা ওইদুনা লৈখরে।

বীনানা মমুমদা লাকলগা মমাগী মনাকতা চংদুনা থোদোক পুন্নমক অসি মমানা থোকহল্লীবনি হায়দুনা কপদুনা তমলুরে।

অমৎতা ভাইজরবী সুংশিজ্রবী মচানা কপ্পা উবদা চান্দনি সুংভাইরকত্রে। খল্লু খল্লুরগা অসুম খম্মোইদা পেল্লকত্রে। অঙকপা রাখল খল্লকলে, বীনাবু পোকচবী মমা জামৌনিবু কৌত্নুনা ইচেমগী ইবেম্মা ইচেম্না লানবা ভাক্তুনি রারোগম্ন হায়ত্নুনা কপলকলি। ঐনা পোকচবস্নু নত্তবা লাইবক থিবী জামৌনি কৌবী সুজা অত্নুনা লানজেল্লকপদা হুন্দোকলমলবী বীনানি। অত্নুবু মহাক্না অশেংবা মমানি নিংত্নুনা মমাগী মকমদা চৎকম থোকপা মতিক চাবা লমচৎ চৎলি। ঐ ক্বাওবনা অসুক য়াম্না সুংশিজরবা অসিনদি হেক পোকচবী অমং য়াই-থোং কুমথরবী, সুংভাইবা শরুক কংথিত্রবী জামৌনিনা লৈরম্বা থোকলবদি, মচা ওইবী মহাক্না ঐবু নিংজরিবা শরুক অসিদগী শরুক লিশিং লিশিং হেন্না সুংশিজবা অত্নু উবা কংগদবনি। অত্নুবু লাইবক থিবী মপোক ওইরুবনা মমাবু মশক খংহৌত্রে, রাখলশিং অসিদা লুপত্নুনা পিতনা খজাই চোংনা অহিং অ২ লেনজথি।

---

## নিপাল অনা শরুক

বর মুনিৎকী সুংথিলদনি হিরাংথাং লাইরেম্মাগী মন্দির অত্নু লাইথুরম্বা লাকপা মীনা করক ২ ইন্না তিল্লি। লাইথুরম্বা লোইরবা মৌশিংনা মন্দির থাদোকলমত্নুনা মমুমদা হুরবগীদমক

খোংশাল্লকপস্ল য়াওরি। অনৌবা লাকপা মীশিংনা মন্দীর তম্মা অঙম্বা মন্দিরগী লম্বীদা কাখৎলকপস্ল য়াওরি। মীয়াম অদু য়েংবদা ওকনা লুংঙাইবা অম। ওইদুনা মখোৌ অমগুম্মা লেপ্তুনা য়েংবা মীনা শরুক অমনি।ময়াম্মা মাগী মাগী মরুপশিংগা লেপ্পা অদুগুম্মা পাখং অনিথকসু লম্বীগী চিদায় অমদা লেপলি। লাইখুরম্বা লোইরদুনা মোৌ অনিথক্কা লুচিংদুনা লৈশাবী মরি মঙ্গাগা লোয়নদুনা অঙম্বা মন্দিরগী লম্বীদগী কুমথরকঁল। অসুম লাকপনা কৈথেল য়ৌরদুনা কৈথেলগী নোংপোক ওইনা লৈরিবা থোংজাও অদু লায়নবুগীদমকতা লাকলম্মী। মখোইনা লাকপদু পাখং অনি অদুনা উরদুনা মনাক তায়া চংশিল্লকলম্মী, মখোই অনিগী মরক্তুগী অমথক্কা হাররকলম্মী—"লাইখুরুম্বা লাকদিরম্মী-বরা?" ময়াম অদুগী মরকতগী লৈশাবী অমথক্কা য়াহংগী পালথুম ওইনা "করম্বা ঈশ্বরনা ইনশিনবীরকতুনা পুকচেল লেপত্রবা মখোই অসিগা থেংনররিবনো" হায়রকই।

"করি য়ানো ইবেম্মা, নিংজবতনা থম্মোইদা শোঙ্গবতনা চিনবানদা ওইরিবা ঐখোইনি, করম্বা মতমদা নিংঙোল ওইবী নখোইবু উনজগদগে থন্দুনা লৈজরিবনি, পুকচেন লেপতবা তারবা।"

"করিগীদি ওইদনি, মতম থরগী মমাংদা পংলবী লুজাবু সুংশি কাইহোবরুমলগা লোৎতুনা লৈখ্রবা পাখংগী পুন্সিবু করম্নদি থাজগ'ন।"

পাখং অনি অদু ঙাংলকলিবা য়াহৈগী মতিক চাবা পাওথুম পীবা ঙমদদুনা তিঙক মাইঙকনদুনা লৈরে। অসুম্মা লৈরি ঙৈদা

লৈশাবীশিং অদু খাম্দুনা মী পুবা গাড়ী অদুদা কাখৎতুনা কম্লে। ময়াম মরক্তগী তুম্মীন্নদা লৈজবী শকহেনবী মুজা অমনা পাখং অদুগী মরকতগী গাড়ীগী থোংনাওদগী মুংশি মিৎয়েংদা য়েংলক্লি। মুজাগী মিৎয়েংদা পাখং ওইবা মহাক্না তুমিন্না লেপ্লা ওমদবদগী ইকাইবা ৱাংমা লানহনা গাড়ীগী মনাক্তা চংলকলে, মুজাগী নাক্তা লেপলুরে. অমমুং তপ্না হায়রকই—"শকহেনবী মুজাও ! মতম কুইনগী মমাংদা ঐগী থম্মোইমুংদা য়েকশ্রবী, মুংশি প্রতিমাদো ওসি ফাওবা মুৎত্রি।

ৱারবা পাখংগী থম্মোইবু ইনথোকপিগে নিংবীরবরা?"

পাখংগী ৱাহৈ তাবদা পাউদমজ্জগে মিংজরমলবী মুজানি, মমান্নবী ময়াম অদুগী মমাংদা ইকাই মুংশি য়ান্নহনা পাউথুমজবা ওমদনা মাইথোংন. গাড়ী মমুংদা লৈশিনখিহনা, মিৎলুদা লাইজ ইবৌনা তুমিন্না লৈখ্রে। মতম অসিদা গাড়ী অদু তপলি তপলি চৎপা হৌরকলে, গাড়ীনা চৎপা হৌরকপদা মুজাগী মতৌ য়েংবা ওমজত্রবী চান্নজবী মতারোই ৱাধেনা "অশেংনা মুংশিবীরবদি ওসি নোংমত্তদি মাংহনবীহনা উফুল ৱাইফুলতনা থন্নবা লৱাইগী লমদমদা লেংবীরকউ" হায়রকই। ৱাহৈশিং অাস লোইবগা গাড়ী অদু চৎপা হৌরকই। গাড়ীনা চৎপা হৌরকপদা ইকাইখবী মুজা অদুনা থোংনাওদা মকোক শিংথোকতুনা পান্নবা মাগী শকতম য়েংজরকলি। পাখং অদুসু মুজাবু য়েংজরি।

মরুপ অনিহুমু ৱাহৈ ফুংইন্না লমদম অদু তান্না চৎখিরম্মী। খোংচৎনা লেপতবনা মতম ইকুই কুইদনা ময়াংইম্ফাল লমদম

য়োরকলে। মরুপ অনি অহুনা মফম অহু যৌরকলবদা মমাংঙৈদা তিন্নখিবা মরুপ বীজয়গা উন্নখিরম্মী। মরুপ অহুম উন্নরবদা বীজয়গী মচিন্দগী মতম খরগী মমাংদা থোকখিবা বীনাগী থৌদোক অমমুং উকন্না বীনাবু কন্নাগী মতিক পামজবা, পুন্নমক অহু শরৎ অমস্থং কুমারনা থংজখি।

মুমিৎ তাখিবনা মপুং ফাদবা থাজনা নোংমাইজিং চৌংগী চৌংদোন্দগী খর ন্না থৎনা মিৎকুপ থরদংগী ঙানখোইরি। থরান-মীচাকশিংনা অতিয়াগী মফম পুন্নমক্তা কুপকেৎ কাকেৎ তৌনা ঙান্দুনা থোকলি। মথা মাহৈকে ওইরপনা অমুবা নোংগী মপৈনা কোইনা পাইছুনা শান্নরি। মীপায় চাউবা থাজনা অমুবা লৈচিন্না পাইরকপা উবদা ন্নাজরহুনা হাথু হাথু খোংশান্নকপা মতমদনি। কনাগুম্বা মুপী অমা ওইবগী গুণ পুন্নমক্তা তিল্লবী চংখোল্লবী মুজ্জা অমনা হায়নখিবা ন্নাবু নিংশিংলকহুনা হংশিজবা শকতমবু উজরগনি নিংহুনা ইমুংদগী মপান থোকলক্লি। মাবুতবু ঙাইহুনা লৈরমলবা পাখংনা উরবদা মনাক তান্না চংশিল্লকলম্মী। তাইবং কনা উরোইদবা পুথি, মপানগী লকুবন মরক্তা মুরা পাখং অনি উন্নজখি। মতম কুইনদগী করম্বা মতমদা উনগদগে খন্দুনা লৈন্নরুবা শাবী শানৌ অনিনা উনজবদা পুকচেল ফৎত্রবা ইকাইবনা শাবী শানৌ অনিগী মরক্তা লেপখিবনা অমনা অমবু কৌজহনা থমোইগী অশাগী ন্নাহৈ ফোংদোক্লবা ঙমখিত্রে। লকু মরক অহুদা তুমিন তুমিন লেপহুনা উ-ঙমদনা উজবা মাইথোংবু য়েংলহুনা লৈখে।

নিংজবা মানা মমাংদা লেপলন্নবা অহুদা হায়নিংবা ন্না কন্না হায়জবা

ঙমদনা উথোক্তনা কংজবা মাইথোংবু য়েংজহনা মিৎলু-নাপোম হনিদা নিংঙমদবগী পিরাংনা ইহৌরকই ! থাজগী মমলি মমলিবা মঙান্না লফু মরক অহুদা কাওজীল্লকতুনা মুরা পাথং অনিনা লৈরিবা মঙ্গম অহুদা য়ৈররি। থাবলগী মঙান্দা হজাগী মিৎলুগী পিরাং অহু উবা কংলে পাথং অহুনা, মুঙাইতবগা লোয়ননা মোল্লবা মথুং ওইনা মুজাগী খদাংদা পায়রগা মথুং য়েংনা শিনথরকলিবা পিবু তৈথোকপীরহনা তপ্লা তপ্লা হায়রকই—“করিগী কপ্ল চান্নবী ? থম্মোয় শেংনা পাউদমহনা ঐগী মৈচাক অসি কোকহল্লু।”

পাথগী মুংশি রাকৈ তাবদা ইকাঞ্জবু মায়থীবা পীহনা মিৎতদি অতৎপা লৈত্রবা পিগী মরিক্লা লৈতেংলহনা পাউদমলকই “খুঙ্গংদা হৌহনা লোৱাইদা পোমজবী নিঙোনগী পুন্সি লৈরাং চার ওইখিবনা আশাগী মহৈ য়াল্লররোই খল্লুবদা মিৎকী পিনা পাথোকচবনি।”

“করি রানো বীনা ! থম্মোয়দা রানা শাগৎচরুবা আশাগী মুংশি মন্দিরবু কায়নবগী নোংলৈনা হুমদোক্লগত্রা ?”

“অচুম্বনি তামো।”

অহুদি নিঙোনগী থম্মোয় অসি কনাগুম্বা অমগী মঙ্গমদা পলেম পম্মো অনিনা ...... ।”

“মহুগী রাখল নৎচদে।”

“অহুদি।”

"পাখংদি চাওখৎলবা ইন্দালদা পোকখিবনা লৌরাই নিংতোন ঐহাকপু করম্বা ......... ।"

"রাখল অদু লাক্লে ঐনা নংবু পুন্সিগী থাদোকলোই।"

"ইমুংগী অহল-লমননা য়াত্রবদি .... ?"

" ইমুংগী অহলদি থমখো পৃথিবী অসিদা লৈবিবা মীশিং অসিমা নংবু থাদোকত্রবদি হাৎকনি হায়রবসু নংবু সুংশিজরুবনা মায়য়োক য়াগনি। অদুগা নং ঐবু তশেংনা সুংশিত্রা " ?

" সুংশিজবনা হেনখিবনা অত্তাওবী অমগুম্না করম্বা মতমদা পাখংগী চেংলোবু উজগদগে নিংজবনা ইখো ওইরকলিবনি "।

" অদুদি মতম অমদা ঐনা হায়ব। রা য়াবীগত্রা "।

" নিঙোলগী থম্বাইনা লৈরিঙৈ মতমদদি পাখংগী য় রা তুং ইনজগনি "।

" অদুদি রাশকপনা শাখি ওইনসি " মুরা পাখং অনিমু রাশক পনদোম লোম্নখি। লিরি শিংপা মালংবনা মিংথিবী সুজাগী শমলাংশিংবু হুমদোক্লক্‌না ফজবা মায়থোংবু অমুবা শমলাংশিংনা কুপশিনথি। চোইনা তারবা শমলাংলকতগী নিংথিবী মিৎচিনা পামজবা মাগী মায়থোংবু য়েংজরকলি।

মথা মারকৈদা পাররম্বা নোংগী মপৈ অহুনা মাকৈ মরি শিনবা থুংখিবনা, থাজগী মায়থোং উথিদ্রে। তকুপ তকুপ শারজরম্বা থরানমিচাকশিংগু. উথিত্রহুনা অমমবা অহিং হায়বা অহ ওইরকলে। লিরি শিংলমবা সুংশিংকী মহুৎতা করুপ

ভৌরবা মুংশিংকী শাফু ওনখ্রে। অতিয়াদগী খোংলকপা নোংগী মখোলনা পৃথি থক থক নিকলবোই নিংখরে। অকনবা নোংখোং তাবদা শোল্লবী মুজ্জানা থম্মোয়দা অকিবা ফাওরকতুনা পাখংগী মশাদা চেৎনা কোনজত্থনা খাংজরি। অমংবা নোং উবদা পাখং অত্থনা চৎলগে নংশু ইমুংদা চংলো হায়রত্থনা মুজ্জাগী মশাবু কোনবীরতুনা থোকলকলে। শুমাং য়ৌরবদা মুজ্জা অত্থন কপ্পা কপ্পা হায়রকই = "চৎলমদাইগী মতমদা করিগুম্বা অমতা নিংশিংজগে. অত্থাংবা মতমদা লাইবক থীরবী মুজ্জাবু নিংশিংখিরত্থনা অত্থাংবা মতমবু মেনশিনবিয়ু"।

"হন্দকী মপোক অসিদা ঐনা নবু কাউররোই চৎলগে লৈহৌরোকে নিংশিবী"।

"তামো নংলবু থাদোকপিগনু" হায়রত্থনা পাখংদ চেৎনা কোনজরি।

"নংত্তে থেংলে মতুংদা অমুক উনরসে" হায়রত্থনা মশাদা কোংল্লিনা মুরাগী মখুৎপু তপ্পা লৌথোকলত্থনা চৎপা হৌরক্লে। ঙসিদগী মতম কুইনা উজ্জররোই হায়বগী অশাদা তাউখিত্থনা "তামো" হায়না কপ্পা কপ্প পাখংগী নাবতা চংশিল্লকলি। পাখং অত্থুম্মু মতম কুইনা উনররোই থলত্থনা চৎলম্বা থোংচৎ লেপতুনা "বীনা" হায়না মুংশিনা কৌরত্থনা চেলশিল্লকক্লে। অমুবগী শুমাংদা শরৎ, বীনা অনিদু প্রেমগী মায়ায়দা লুপতুনা চেৎনা কোনশিন্নজর। অতিয়াদগী খোংলকপা নোংগী মখোলনা মায়কৈ থুদিং নিল্লি।

---

## মাপল শুম্বা শরুক

অমম্বা নোংগী মপৈন অতিয়া মকোয়দা শিনবা থুংনা পায়রকলবদ অহিং অদু শুরু মমলবা অমা ওইরে। নোংগী মপৈনা অমগা অমগা থেংনবদা অকিবা খোলথাং অমগা অমগা লোয়নদুনা অকবা মঙাল্না অমম্বা অহিং অদুবু মিংকুপ অমতংগী ঙালহল্লকল। উরা পুম্নমক্কা অকিবা উৎতুনা তুমপক তুমপক লেপতুনা লৈখ্রে। মহুমদা তুমদুনা লৈজবী চেক্লা শংনা মিপায়রদুনা মচাবু মথাদা কোন্দুনা লৈখরে। অশুক য়াম্না কিরবা মতম অসিদ অকনবা মুংশিংনা মরক মরক্তা হুমলক-তুনা তুমিনন। লেপতুনা লৈঙরিবা উ, রাশিং অদুদা ফুক্তোকল-গে মওংদা থেংলুরি। নোংমুংশিং ভোরকদবগী মওং মাল্লবা মতম ওইখিবনা শোরোক্তা কনাগুম্বা অমা ফাওবা চৎখিদ্রে। অদুবু অকিবা পুম্নমকপু নমথেকলদুনা শোরোক্কী অরাং পাংনা পাখং অনিথক লাক'ল। মখোয়না অশুম লাকপদা মুংশিবা থংদ্রবা নোংগী মরিক্তা তপলি তপলি তাবা হোয়রক্লে। মখোয়শু য়াম্রিবমথৈ চৎহৌশি লেপ্পরদুনা লাকলে। স্কুল মপা য়োৎবা মতমদনি, য়াকলবা খোলথাংগা লোয়ননা অকনবা মুংশিং শিংলকলে। চৎপগী পাঙল য়াওরকত্রদুনা স্কুলদা চংদুনা মতম থবগীদমক নোং মুংশিং অদু থুপলুরে। অকনবা মুংশিংনা অরেম্না লৈতনা শিংলকপদা পাখং অনি অদু মমুম য়োৎবা ঙমলরোই হায়বগী আশাদা পাখৎখরে। হায়নিংঙাই লৈতনা

শিংলকপা মুংশিংবি অকনবা ইরাওথোলগা লোয়ননা শিংলকপদা থিংজিনহোৎত্রবা থোংনাওশিংনা যুমগী ককলাংদা গম গম লাউনা ংয়েশিল্লি। মতম্না কুইরকলবদা দ য়োংপশিংনা, নানথোরকতুনা যুমগী শরুকতা ংয়েবদা অংকবা ফংনা মথোল থোক্লি। অহল ওইরবা মীশিংনা ওনথোকপগী মতৌ ন মেরা থা মনুংদবু অকনবা মুংশিং শিংপা অসিদি হায়নতুনা অরাবা কোংদোক্লি। নোং মুংশিংনা অতংপা ংলরকত্রবদি পাখং অনি অদুম্ স্কুলগী মাঙোল অতুদা ভাব তানা ফমথরকলে। মথোয় অনিগী মরক্তা চুরুট থকপা পাখং য়াওরমবনা ফুরং খাওদগী চুরুট লোথোকলগা ংয়েখেং খেংলতুনা চুরুট অমা চংলি। ওসাই মথৈ তুমিন্না স্কুলগী কাচিলদা ফমতুনা ংলরম্বা মকোয় মরাং চোমলবা নিপা অমথক্লা মথুংতা তেল্লবা চুরুট মতেক অমা পায়তুনা মৈ চন্নবগীদমকতা পাখং অনি অতুগী মনাক্তা চংশিল্লকলম্মী। নিপা অসি তাইবং মীংয়েংদদি ঙাওরবা, অতুগা মাগী য়াখলদি ঙাওদবা নিপানি। মহাক অসি মমাংতৈ বীনবু পোকপী জামিনিগী শ্রাদ্ধদা লাকলম্বা অতুনি। ওসিদি মহাকী মকোয় অতু ঙৌরি ঙৌরি তৌরমলে হায়দগী অহল ফনা ওইরমলে, মশাগু ময়াং ফংনা উরে। মহাক্না পাখং অনি অদুগী মনাক্তা চংশিনলকতুনা মৈ অমুক্তা পীয় হায়রকলম্মী। কুমায়না মথুংতা পায়রিবা ংয়েখেং অতু নিপা অতুদা পিরকলম্মী। মরুপ অনিনা ংয়েখেংকী মঙালদা নিপা অতুগী শকতম অতু উবা ফংলে। মথোয়না নিপা অসি অঙাওবা মীনি হায়না লোয়ন্মী। তাইবং মীগী

মিৎয়েংদসু মহাক অসি অঙাওবনি হায়না লৌরম্মী। শরৎনা অঙাওবা অহুদা হায়রক্লম্মী— "বাবা নহাকপু কদায়রাইদনীনো ?"

"ঐবু অস্ব রাইদগী নত্রবদি কদায়রাইদগী ওইগনি। ঙাইখো, নখোয়বু কদায়রাইদগীনো ? লম অাসদগী ওইরবদি ঐবু মশক খংগদবনি। নখোয় লম অসিগী মী নৎতে, ঐবু মশক খংদে ."

"বাবা ঐখোয় ইম্ফালদগী'নি ."

"ইম্ফাল কদায়রাইদগী'শো ?"

"মোইরাংখোম অহুরাহদগীান ."

"অহুদি ভীমা হায়বা অহল অত্ত খংব্রা ?"

কুমার—"মহাক অসে হায়রিবা অহল অহুগী মচাহুপী অহুনা পোকপনি।"

"মচা হুপী হায়বদি, লতানা পোকপা......... ?"

"মানি।"

"মাগী মমিংদি করি কৌই ?"

"শরৎ"

কুমারগী রাহৈশিং তাবদা অঙাওবা নিপা অহুনা মৈখেৎ খেৎলহুনা শরৎকী মমায় ময়াদা থাল্লগা শরৎকা মশকপু মুন্না য়েংলম্মী। অকনবা সুংশিৎনা মৈখেৎ মরুদা চাকালবা মৈরি অহু মুৎখ্রে। মৈরিনা মুৎখিবগা লোইননা অঙাওবা অহুসু অকনবা সুংশিৎ মরক অহুদা মমিৎতা তরং লাইজা ঈহৌনা চৎখিরম্মী। অঙাওবগী মতেৌবু ইঙক ঙক্লা য়েংলমবদগী খংনিংবনা হেনখিবনা অঙাওবা অহুবু "বাবা" অমুক্তা ঙাইবিখো হায়না শরৎনা কৌরকলম্মী। পাখংগী খোঞ্জেল তাবদা অঙাওবা নিপা

অদু কন্না চেনখিরম্মী কৌবদা খুমলকত্রবদা শরৎনা নিঙমদবগা লোয়ননা কুমারদা হায়রকই—

"কুমার! — মহাক অদুবু কনা ওইরিগবা"?

"অঙাওবনি"।

"অঙাওবা মহাক্না স্বর্গগী লম্বীদা চৎপ্রবী ঐবু পোকপী ইমাগী মমিং কাওবা থংলমলিবা করিগীনো"?

"হেন্না অঙাওবগী হৌনবা মচিলদা পংঙাং ঙাংলকপদা চান্নরুবনি"

কন্না শিংলম্বা নোং মুংশিংসু লেপখ্রে। অমম্বা নোংগী মচুৎতা থন্নানমিচাক্তনা মঙৎ শিন্নকলে।

অকিবতনা মশা নিকলমলবা উচেক রায়াশিংশু অকিবা রাথলগী রাংমদা লৈত্নুনা নোংনা চোৎলবা মতুশিংবু নিকথোকচরি নোংগী কল্লবা শাফুনা থাবদা রাজরবা ইয়ান্নদা পোমজবী থরো থান্নিকথাশিংনা অরা পোৎথাজহুনা তুমিন্না লেপচরি। উপান রাপান খিবিক্না মাগী মাগী মনাদা পকলম্বা ইরিকশিংবু থিকথরকপদা ঈশিং ইরিকশিংনা লৈমায়দা তারকলি। নোং মুংশিত্তগী মশাবু কন্নবগীদমক্তা স্কুলগী মরুম থুপত্নুনা লৈরম্বা মরুপ অনি অদুসু নোং মুংশিংনা লেপখ্রবদদি ময়ুম য়ৌনবা খোংশানখিরম্মী।

## তরাশুবা শরুক

চাওবী মপামদা লৈকতুনা মপুরোইবনা তাম্থোক্লবী মৌ অমা ওইনা লৈরে। মহাক্না পোকপিল্লবা মবুং অতুনস্থ লমচৎ ফজদে হায়হনা মমাং শঙ্গোইদা কা মচা অমা থাজিল্লগা তাম্থোকপা য়াদবদগী ভঙাই ফদনা লৈহল্লে। মতাং অস যৌরবা ফাওবদা মহাক্না মপুরোইবগী ময়ুমদা লৈরিঙৈগী চৎপা শাজৎ থাদেক্তে। মবুংগী মাইস্থ য়েদনা ঐন তৌবনা অকবনি নিংহনা মহাক্না তৌনিংবা থবক্ত তৌহনা লৈরি। অহিংদা মহাক্না কা মচা অতু লৈকাইগী লমহেনব পাথংশিংগী তিল্লফম ওইরি। করিগুম্বা মবুংনা ঙাংলক্লবস্থ থুম্নবগীদমকতনি হায়হনা চুকট, বেড়ি, থর থমলগা য়োল্লি। মহাক্না মতৌ অদুদা মবুং ওইরবা অতুস্থ ঙাংবা তল্লহনা য়া অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রে, নোংমতস্থ চাওবী হায়না মিংগোবিদ্রে। করম্নদি হেনগনি মহাও থংলবা ময়াইকাবা লমচৎ। অমত্তোমদা চানিংবা এঙ্গাং হাউই হায়ব। অতুনি, মহাক্না রাখলদস্থ পানজক্লবনা হেল্লি হায়রবগুম্না ফত্তবা লমচৎ অসিনা মহাক্না হৈনজবী ওইথিবন থাদোকপা ভমনবনি। অচৌস্থ মথক্ত হল্লক্লবী নিঙোলগী পুন্সি ওইহনা লৈরবনি। হল্লকপী নিঙোল হাযবা অসিমক্তবু মপুরোইবা নৎত্রগা মনেম মকুগা মত মাম্নদবদগী হল্লকপনি, মরম অসিনা লমচৎ, ব্যবহার থংগন্দে। মপুরোইবনা ওকত্রবদা ময়ুমদা হল্লকনা মপুরোইববু থংজসল্প লৈররিবী নিঙোলশিংনা ইকাই থাংদগী হঙ্গরখিদবা অহুদি চাম্নগী মহুংদা অমত্তোনদনি। লেমহৌরবশিং

অসিদি হৌনবা থংদবী ঙাক্তনি, ওক্তবীশিংগী মরক্তা চাওবীসু অমনি। সুমিদাংদা পুম্নমক পাখংশিংগী মন্নুংদা মহাক্না লুনা ভৌজবদি উরুনবুন্তনি। উকনদি ময়াম্না হুম্নখক্তা চাওবা মতোমমতা চাওবীগা অরুব, মা ঙাংনগনি হায়বনচিংবা হেক্তা লৈহৌই। চাওবীগী ইমুংদা লাক্লুবা পাখংশিংনা মাঙোন্দা ইচে হায়না কৌই, মসনা তাকপদি মহাক অসি নহানি। নহা হায়বা অসিদি মীওইবতা নত্তনা লাইনাকাওবা কল্লকখিবনি। মহাক্না উরুন নত্তনা অতোপ্পা পাখংশিংগা অরোনবা মা তাম্নদে, করিগুম্বা মতমদা শেল চিল্লক্লবসু উরুনদগী লোথোক লৌশিন তৌই। মহাক্না উরুনবু চাম্না লুনা তৌই, উরুনসু মহাক্না হায়বা থুদিংমক্তা থক লৈপোকপা তৌদে। উরুন হায়রিবা নিপা অসি লম অসিদা পৈশা পায়বদা মনিং চৎলবা বিধুগী মচানিপানি। বিধু মতম অমদা হরাগাড়ী থৌবগী থবক তৌরম্মী অদুবু ঙসিদি গাড়ীগী থবক থাদোকতুনা লম অসিগী কৈথেন্দা দুকান কমতুনা পৈশা পায়বদা মনিং চৎলবা নিপা অমা ওইতুনা লৈরে। কৈথেলগী দুকানশিংদগী য়াম্না চাওবা দুকান অমা থেংনখিরবদি মদু অতৈ কনাগী দুকান নত্তে বিধুগী দুকান্নি। মহাক্না মচা হায়ববু উরুন মতোমমতনি, মতোমমতা পোকপগী হৌনবা কেথোক্না হৌরকপা নিপা ওইখিবনা ঙসি কাওবদা ঙাওশিন্নতুনা লৈরিবা মচাক্নি। মহাক অসিবু মখুৎ চনশিল্লগা তৌনিংবা থবক তৌবা ঙমগনি হায়বগীদমক্তা চাওবীনা লুনা চাম্না তৌবনি।

নোংমগী মুমিদাংনি। মুমিৎ অদু নোং মতৎ মতৎ চুবা মরম্না চাওবীগী পিক্লবা কা মচা অদু মহাক নত্তনা অতৈ অমতস্থু লৈরমদে। অদুবু উরুনদি করিগুম্বা অমগীদমক্তা লাক্লি। কা অদুদা চাওবীনা চাক থোংদুনা লৈরমই, উরুন চাওবীগী কমুংদা কমলম্মী। থরা কুইনা কমলক্লবা অদুদদি চাওবীনা হায়বা য়ারে নিংদুনা "ওরাংগী পৈশা হায়বা অদু পুরক্লব্রা ? হয়েংগী মুমিৎত্তা শিজিন্নদবা য়াব্রবনি" হায়রকই।

"ইচে পৈশা অদুবুদি পুরকে, অদুদা য়াম্না নিংওমদবা অমনা ঐগী আশা অসিবু অরেম্বদা তারগন্ত্রা"?

"করম্বা নংগী আশা"?

"ঐনা করম্বা আশা তৌগনি, মহাক্তী নত্তণা"।

"মহাক হায়বদি বিনাগীদমক" ?

"হোই"

"নিংবু নিংলবদি করিগী থুংলনি; নিপানা অদুক য়াম্না য়াবা হৌনদে।"

"অদুদা মহাক্তী কনাগুম্বা অমা লৈখিবনা ঐগী আশা অসি অরেম্বা ওইগন্ত্রা, চিংনকে"।

"নিপা অদুদি কনানো"?

"ইন্দ্ৰালদগী শরৎ হায়বা অদুনি"।

"অমবু ওইরবস্থু, য়াম্নিমথৈ থেমদুনা য়েংগনি, য়াদ-য়াব্রগনা য়াদবগী থবক"।

"হায়বদি"

"চিংবা, ঐনা হায়বদা য়াওনে; ঐনা নংগী মাঙননবা করিশু তোরোই"

অসুম্না ঙাংনদুনা চিংবদা ত্তানরে। চাওবীনা উরুনবু চাক খরা চাসি হায়দুনা মখোয় অ'নি চাক চাম্মিন্নরি।

তপ্লি, তপ্লি তারম্বা নোঙ অহু ফনা কন্না চুরক্লে। উরুন চৎপদা খুদোং চান্রে, হায়ব'দি ছাটিন পুরক্লবসু ছাটিন ফাওনা চুবা নোংজু ওই বনা খরা তপ্লগা চৎকে নিংথ্রে। মতম অসিদা চাক চাবা লোয়রদুনা চাওবীনা মহাক্কী ফমুংদা হিপ্লি। উরুননা মহাক্কী মনাক্তা মখোঙ য়াম্ন-রদুনা ফম্লি। মনাক অতুদনা মুৎলি মুৎলিবা পোদোন থাল্লে। মখোয় অনি অহু বীনাগী রারিদা নোঙ চুবা লেপ্পা ঙাইরি। অসুম্না বীনাগী রারি শারম্বদগী চাওবীনা মপুক থিল্লে হায়দুনা উরুনবু মপুক অহু শুহল্লি। নোংসু অতৎপা লৈতনা হান্নগী মওং অদুদা অহুম চুখরি। চাওবী মুপীনি অহুগীসু মথক্তা হলক্তুসা মপামদা লৈরবনি। মশকসু ফজবী মুপীনি, অহুগীসু মথক্তা খোইদোক হেন্দোক্লা নহাসু ওইরিবী মুপী, উরুন লমচৎ ফত্রবসু মশক ফজদবা নিপা নত্তে। পাখংগীমতম অসিদি হকচাংগী ঈনা শারিবা মতম্নি। চাওবী লোংনা হিপ্লমবদগী উরুননা ফমলিবা মায়কৈ অদোমদা হেপ্লক্তুনা হায়রকই। ঙসিদি উরুন, ঐগী রাখল অসি য়াম্না মুংঙায়বগী ইরাংদা তাউরে, হৌখিবা পুন্সিগী খোদোক কয়াবু অতৎ অথম লৈতনা নিংশিঙলক্লে। মরম অদুনা ইচেগী উরুন ঐগী অনিংবা অসি ফমুক্তদি থুঙহল্লু, অসি হায়দুনা মনক্তা থাল্লিবা থাওমৈ পোদোন অহু মথুৎ অদুনা

লাম্লহুনা মুৎথৎখ্রে। ময়েক্লা তাবনি, অমনা মৈবি—অমনা ঘৌনি। মৈ মনাক্তা ঘৌ থম্লবদি শোদোকপা হায়ব স —" লেপ্লা লৈত্রি নোং অহুম্—"॥

মায়কৈ অমরোমদনি। নোং অহুম্ থরা তপ্পা চুথরকপগা লোয়ননা কৈথেলদা পোৎ য়োনবৌ মী খুদিংমক্লা মাগী মাগী পোৎচৈ লোয়শিন্নরহুনা ময়ুম ময়ুমদা হুন্নরকপা মত্তাম্ন। বিধুম্ মহাক্কী তুকানবু থিংলম্লগা নোংমগী অশিংপা পৈশা অহু খাউ অমদা হাপ্লগা পায়হুনা ময়ুম মায়কৈ তমলক্লি। নোংজু পাম্বা ওইবনা তুকাম্দা লৈরিউৈপা চুরক্লবম্ খুদোং চানবগীদমক্তা থমলিবা ছ টিন অহুগী মথাদা নোং থুপ্তুনা লাক্লি। কৈথেলদগী থরা লাপ্পা লাক্লগা সরোঙ্কী মমাং পাংনা থুরপ তৌরবা লম্বী অমদা চংখিরম্মি। নোংজু থ ওইখিবনা অহিং অহু হায়কেৎ মম্লে, শম্না হায়রবদা লেংথৈনহুনা চৎপা ফাওবা মুম্না য়েংহৌত্রবদি মীশক লাকশিনবা ঙমনত্রবা মতমনি। মম্লবা অসিদা পিকতক তৌরবা লম্বীদা বিধুনা চংলক্লি। হাম্না থরগা মম্লে, অথুবা লৈরক্তগা চংলক্লে অমুকা হেম্না মমথে। মহাক্লা লৈরক অহুদা চংলকপা হৌবদগী কনাগুম্বা অমথক্লা মতুং ইল্লক্লি। মহাক্লা থঙদবা নত্তে থঙই, অহুবু মখোয় অহুরাইগী মী ওইরমগনি নিংতুনা থৌ-রা শাদনা অহুম চৎলি। অম্সুম চংলকপনা লৈরক অহু মথারোম থংবদা অমুক থেকচিল্লক্লে; মকম অ'সন' খুদোং চাবা মফম্নি থন্দুনা মহাক্কী তুংদা লাক্লিবা মী অহুন' কনা (২), লাক্লিবগে হায়না তুং-মাঙ হায়কেৎ য়েংলম্লগা লোৎতুনা পূরক্লিবা

থাং অদু লোথোক্লগা বিধু ডম্না চেনশিল্লক্লে। বাধুগী মনাক য়ৌরবদা "নরাম্না নপোৎ ফাদুনা ডসি নংগী মতম লোয়রবনি" হায়রম্লগা থাং অদুনা মখোরিদা থিল্লে। থাংনা শোক্লবদা বিধু লৈমায়দা তুরদুনা লাউগে হোৎনজরি, নিপা অদুনা খোরিদগী থাং শৎলগা থজিন্দা অমুক থিনজিনলদুনা থাক্লা থাক্লা নোকলকই। মহাক্ক নোকপগা লোয়্রনবা অতিয়াদগী নোং খোংলক্লি।

চাওবগা বিদায় তৌনরদুনা ময়ুমদা উকন হন্নক্লম্মী। চাওবীনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈহোই। মতম অসি চুরম্বা নোংস্থু হাংগ্রে, অদুম্নদি ওইরবদা অতিয়াদদি মরক মরক্তা নোংথাংগী মঙাম্না লৈতেংলি। মহাক্না ময়ুমগী লম্বেলদা চংলকপদা ইহিং-নাহিং শাদুনা লম্বী ময়াইদা হিপ্তুনা লৈরম্বা মপা অদু থেংনরুয়ে। অহানবদা মপানি খঙদ্রবস্থু মমৈদা খঙলক্লবদা লৈকায়গী মী কৌদুনা লাউরক্লে। মহাক্কী খোল্লাও তাবদা মীপুম খুদিংমক চেঙ্খোক্লরকদুনা তৌরম্লিবা মভৌ অদু য়েংলরে। খঙলমদবা মখোয়গী ইমুংস্থু খংলক্তুনা অশোকপা মী অদু ইমুংদা পুশিন্দুনা লাইকম্নরক্লে। তৌইগুম্বস্নুং মাইবনা মীদু য়েংবদা শিরে হায়বা ভশেংনা খঙলে। অদুবু থানাদা তাকতবা য়াদবনিনা মী থরা অমনা থানাগী শঙ তান্না চৎখিরম্মি। চাউখৎপা মতম ওইবনা মক্তম মক্তম খুদিংগী থানাগী শঙ লৈরম্লে, অদুনা ময়াং ইম্ফালদস্থু অসিগুম্বা শঙ অসি লৈরম্লে। থোকখিবা থৌদোক অদুগীদমক্তা থানাশিং অদুনা লাকতুনা য়েংবা তারম্মি।

তুমিৎ অসিদা ইম্ফালদগী অনৌবা, লেংবান্দা ফুল অনি

থেংপা অমসুং ঙ্গিবোন চিংবা, লম অসিগী থানাগীদমক্তা লম-জিংনবগীদমক নীপা অমথক লাক্লম্মী। হায়রিবা নীপা অসি থবক অসিগী মরমদা ফম হায়ক্নেং চাউজরবা মী অমনি হায়বা অসি মহাক্কী বিলাই অচুনা তাক্লি। মহাক্না থবক তৌরকপদগী অচৌবা কেশ থেংনরকপসি ঙসিগী অসিনা অহানবনি। চ'উথোক-চনিংঙাই ওইরবা মহাক্না থোদোক অসিগী মরমদা মখোং-মরি থিররী। তৌকম থোকপা তৌবা লোয়রগা "অশিবা অসি পোৎ-লোইবা য়াদ্রি, হযেং ইস্ফালদা পুথৎলগা ডাক্তরনা য়েংথিগদবনি'—হায়রম্লগা হল্লক্লে। মহাক্না মমা'চৈদগী থিরকপা নীপা অচুম্ন ঙসিগী অহিং অসিদা থঙলক্লে। মহাক্না থঙ'নিংলিবদি উরুনবুনি, ম'মিং'দি তাবা কুইরগা মশক্তি খংলক'ত্রিবনি অচুবু ঙসিগী অহিং'দি মশক থঙলে।

---

## তরামাথোইশুবা শরুক

নোংমা হুমিদা'রাইরমদা মমাম্নবী ময়ামগা লোয়নরদুনা বিনানা লৈ থিবা চৎলম্মী। মখোয়না লৈশাংপা ইমুং থিরদুনা লাকপনা চাওবীনা লৈরিবা মফম অদু য়োরে। মখোয়গী শুমাংদা লৈ খরা শাংপা অদু লৈশাবীশি'না উরদুনা লৈ হেক্লবগীদমক্তা চঙলক্লে। মতম অসিদা ইমু দগী হুমিদাংগী চাকথোংনবা ঈশিং অশেংবা শোক্লবগীদমক্তা চাওবীনা মথুংতা পাত্র অমা পায়দুনা থোরক্লম্মী। মহাক্না থোরকপা উবদা বিনানা "ইন্দোমচা।" হায়না কৌরক্লম্মী।

"করি থবকী লাক্লিবনো?" চাওবীগী য়াহংনি।

"লৈ থরদং হেকচগে হায়দুনা লাকচবনি"।

"করি ভোনবা লৈনো"?

"হয়েং য়াধে লুহোংজগদোরে মহুগীদমক্তনি"।

"থওলে থওসে ঐভোন্দম্ব বার্ত্তোন তৌরম্মী। ওহাক্তা কম-লমথো ঐ ঈশিং শোকলুথিগে"। হায়রম্লগা চাওবী অহু পূগ্রি-য়োমদা চংখ্রে। লৈশাবী থরা অমনা শঙ্গোই মচি অমদা কম-লদুনা অরাবা পোথারি, থরা অমনা লৈ হেক্লি। চাওবী ঈশিং শোকলুরগা মাগী কাদা থমলুরে। মুমিৎ অসিদা মহাকী মপুক্লিংদা করিগুম্বা য়াথল অমা থনখিদুনা বিনাবু মমারবশিংগী মমাংদা ইকায়বা পীরগে নিংখ্রে। মহাকী য়াথল অহুদি মহাক্তা মপামদা হল্লকতুনা লৈরিবা অসি মহাকথক্তীনি, অসিনি। ফত্তবা মীগী য়াথল হায়বা অসিমক্তবু মহাক মশাগী মরান্দি য়েংবা ওমদে, মরাম্না মপোৎ কারদুনা মপাম য়োরবনি হায়না থনবা ওমখিদে। বিনাগী য়াহৌদগী মপাম য়োরিবনি হায়না থনখ্রে অমসুং রা ওাওবা ঢৌরকই।

"ঙায়থো অঙাংশা! য়াধে হায়রিবী মুপিমচা অহুবু মমা মপা লৈত্রবা নত্রা?"

"মানি" ময়াম অদুগী মরক্তগী অমনা থুমলকই।

"অহুদি হয়েংগী দানদি কনানা পীগনি হায়"

"মখোয়গী মবুং অহুনা পীবা হায়বদুনি।" বিনাগী পাউথুমি।

ও! মবুংনা পীগনৌরিবা, অদুগু দুনা বিনা নংমু নংবু য়োকপিরিবা ইতৈ অমুবনা পীগদৌরিবনি। মহাকপু লুনা চান্না তৌ, করিগুম্বা মহাক্না শাউথিবা থোক্লবদি ঐনা পোকচবা ইচা নত্তে ঐ দান পীবা ঙমলোই হায়রক্লনি"।

"হায়বদি ইন্দোমচা"—ঙক্না হংলকপা বিনাগী ৱাহংনি।

"নং অসি মহাক্না পোকপা নত্তে, মকম মরাং খঙদবা অঙা নি"।

কল্লবা ৱাহৈগী শাফু ফংবদা বিনা মমাম্বা ময়ামগী মমাংদা ইকায় খুংশি য়াম্নরদুনা ৱাগী মখা তারকই—

"ইন্দোমচা করম্না পোক্লবী ওই ৱবনো" ?

"মদুগী ৱা অদু দি ইচেদা হংলুরো, ঐনা হায়বা ঙমদ্রে ; নুমিৎ তাখ্রে থেংলগনি চৎলো"।

লৈশাবীশিং অদু মরি মরি থোকখ্রে, বিনাদি ইকাযখিবনা হৌগৎপা ঙমখিদ্রে অদুবু ময়ুম নত্তবনিনা হৌগৎলগা তপ্না তপ্না চৎখ্রে। নুমিৎ তাগ্রবদদি লৈশাবীশিং অদুসু ময়ুম ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুম য়ৌরগা চাওবীনা হায়রকপা ৱাশিং অদুগী মরমদা মমাদা হংগে নিংখিরম্মী।

নুমিৎ তারদুনা সন্ধ্যাগী মতম ওইরক্লে। চান্দনিনা মচাবু সন্ধ্যাগী ধুপ থানবগীদমক্তা কৌরক্লম্মী অদুবু বিনাদি কমুংদা কপদুনা লৈখিবনা মমানা কৌবা অদু তাখিদ্রে। মমানা কৌবদি লেপত্রি, লেপমন্দ্রবা অদুদা বিনানা ঙসিদি মহাকী মহুৎ শিন্দুনা থন্না তৌবিরো মখা ঙমদ্রে হায়রক্লম্মী। মচানা মখা ঙমদে হায়বা তাবদা মমা ওইবী চান্দনি অদুনা তৌগদবা ইমুংগী থবক পুম্নমক

তৌরমদনা মচাগী নাক্তা চংলকতুনা করি ওইনা ঙমত্রিবনো হং-লগ্মী। কোক চিকপদগীনি, ঙহাক লৈরগা অদুম কজখিগ'নি। তৌগদবা ইমাগী থবক অহু তৌবিরুরো। বিনাগী পাউথুম্নি ' মতম অসিদ' অমুবদি নিপা ওইব'ননা মুমিদাংরাইরমগী কোইথোকপা চংখিবদগী হল্লকত্রি। চান্দনিনা ইমুংগী তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইরগা মচাগী মনাক্ত কমলতুনা মচাগী লাইবক পায়দুনা য়েংলি।

বিনানা হিপ্পম্বদগী তপ্পা হোৎগংলক্লগা চান্দনিদা য়েংলতুনা হায়রকই। মমায়দি পিগী ইরিক্লা থল্লে—"ইমা! ঙসিদি নচানা করিগুম্বা রাহং অমতা হংজগে"।

"করি রানো বিনা"।

"অশেংবা তাকপিগত্রা" ?

"নত্তে ইমা নচাবু মুংশিবীরবদি অশেংবা হায়দোকপীয়ু।"

"মমানা মচাদবু করম্না মিনম্বা ঙাংগদগে"।

"অদুদি ইমা ঐ অসি কনাগী মচানো" ?

চান্দনি মচাগী রাহং তাবদা হকচাংলা তু চুংখিবা থংহৌদে, অদুবু লোৎতবা য়াদবদগী লোৎতুনা ঙাংবা তারি। "ঐনা পোক-চবা নহাকপু কনাগী মচা ওইগদৌরিবনো।"

"অশেংবা হায়রিবসিনি, নং অসে ঐহাক্তী অমত্তা ঙাইজরবী ইচা বিনানি"

"অশেংবা রাবু লোত্তুনা থম্বীরগদু ইমা"।

চান্দনী মচানা ঙাংলকপা থুদিংগী থম্মোয়দা তাশোম্না থিনবগুম্না অরাবা ওইরক্লে। চিক্লবা মহাক্তী থম্মোইমুংদা লৈখিত্রবি

জামিনীবু নিংশিংলক্তুনা মিৎকী পিনা মায়থোং লৈত্তেং ওইরক্লে। মহাকী থম্মোয় অত্তু পুবা ওমলকত্রহ্নুনা হায়দোক্লোই নিংশ্রবা চান্দনীনা, পিরাংনা চোৎলবা বীনাগী মুংশিজরবী মাইথোংদা য়েংলকই। মচাগী মাইথোংদা, চোৎলিবা পিরাংবু উবদগী মুংশিবা অসুম অসুম হেল্লক্লহুনা "ইমাগী ইবেম্মা বীনা" হায়না কৌরহুনা চেৎনা কোনশিল্লে। মমাবা ভৌরিবা ফিভম অদুদ, বীনানা কপ্লহুনা ইমা! নচাগী অশেংবা ইমা কনানো? তাকপিয়ু হায়রকই। বিনাগী মিৎতগী তারকপা পিনা চান্দনাগী নঙন তম্না চেম্থরক্লি। কোল্লমবদগী চান্দনিনা তপ্না তপ্না থাদোক্লগা মোল্লবা মথুৎ অদুনা মচাগী মপি তৈথোকপিরহুনা হায়রকই।

"মতম অসুক কুইনা লৈরকপা অসিদা অহুগুম্বা রা ওাংলকত্রগা ওসিদি কনানা করি হায়ভিল্লক্তনা অহুগুম্বা রাহং হুংলক্লিবনো? ঐ অসি নংগী মমানি, নংনা ঐগী ইচানি"।

হুন্না হুন্না হুংজবদা তাকপিরক্তবদা বিনা অহু কমুংদগী কুমথরক্লগা মমাগী মথোং অনি কোল্লহুনা কপ্না কপ্না হায়রকই —"ঐবু য়োকপদা রাজরবী ইশুং লাংগী লৈকাই মিচৈ তারবী ইমানা অশেংবা তাকপিয়ু, নিজরি"। অসুম্না ওাংলহুনা মমাদা থুরুমলক্লে। মচানা রাহুনা নিংওমত্রবা থোম্থাংনা হুংজরকপা রাহং অমসুং থংজনিংহুনা তৌরকপা মতৌ অহুদা চান্দনিনা হায়দোক-লসিরা থনবা হৌরক্লে। মমানা অসুন্না থল্লিভৈদা বিনানা হায়রকই —"পীনবিয়ো নচাদা অশেংবা রাহংগী পাউথুম, ইমানা করিগুম্বা

তাকপিররোই হায়রগা ওসি অসিনা নচাগী অরোইবা মুমিৎ ওইগদৌরিবনি, অমম-অঙাম্না সাক্ষী ওইসন্থ।"

মচাগী রাশক তাবদা মচাগী মচিনবু মেল্লহনা "করিগী রাশকলি, নংনা চাওরগা মুংঙাইজগনি হায়তুনা লৈজরিবা ঐখোয়নি, অঙ্গবু মপুং মরৈ ফারগা নমা নপা ওইরিবা ঐখোয়বু অরাবা ঈপাক্তা লংথরগে নিংলবরা ?"

"নত্তে ইমা ! নচাবু দোষ তৌবিগন্থ। অশেংবা তাকপিন্থ নত্রবদি ঐগী মতম লোইরবনি খনবিয়্ন হায়জবতনি।"

"রাশক" করিগুম্বা মহাক্না রাশক ঙাকতুনা তাইবং অসিবু থাদোকপা থোক্লবদি দোষ অতু কনানা—? অমরোমদনা মহাক্কী মরমদা অথংবা মীওইনা ঐখোয়বু করি ঙাংনবা, পোক্তবী মচা ওইবনা খিনা ঙৎপিবদগী সংসার থাদোকতুনা ঙাংনব।—। পুম্নমক অসিস্থ ঙাংনসন্থ ঐখোয়না তৌবনা ঐখোয়না ফংজবনি—। ফজবী মহাক্কী চেংলৌ, ভপ্লবী মহাক্কী থম্মোয়, ঐগী থম্মোয়গী মণি ওইরিবী মহাক্না চৎখিবা থোক্লবদি কনাবু য়েংহনা ময়াগী লিলা তম্পাক অসিদা লৈহৌবা, — ঐনা মাবু থাদোকপা ঙমলোই— হায়দোক্লগনি অশেংবা বা পুম্নমক, রাখলশিং অসিদা তাউরক্লে, চান্দনীগী থম্মোয়গী ইপোমলক্তা। করিগুম্বা অশেংবা মহাক্কী মরী মখোং লিথোক্লরগা মপোক মপোক খুদিংদা মাগুম্বা ইচা ফংবা ঙম্নরোইদৌবা, ঐহাকপু থাদোকতুনা মরী মতা খিবা চৎ-খ্রবদি কল্লবা মচা কায়নবগী নোংলৈ মুংশিং মরক্তা লৈহৌবা

তারবা। তাকলোই ঐনা—হায়দোক্লোই—। রালনা ঙাওদুনা লৈরিবী চ'ন্দনীগী নাকোংদা তার'ক্লি, বিনাগী খোঞ্জেল "ইমা নচাবু মুং-শিবিরবদি খংজনিংদুনা হুংজবিবা অসিগী পাউথুম পীনবীয়ু, নচাগী রাশক নিংশিংবিয়ু।" তাক্লরোই হায়না লেপথ্রবা চান্দনীগী থম্মোয় অদু "রাশক" নিংশিংলকপদা তাকনিংলক্লে। করিগুম্বা তাকহৌদবা খোক্লবাদ মহাক সংসার অসিবু থাদোকপা, তাকলুরে ঐবু থাদে ক্লম্বা, —শিববুদি ঐহাকপু থাদোকতুনা মহাকী মরি মতা খিজরুবা অদুনা হেন্না ফগনি। নত্তে। ঐগী রাখলনা লাল্লে, তাকখোক্লবমু মহাক মফম আসদগী চৎলরোই, মমাংদৌদা মহাকপু পোকচবা মমানা মখোয়গী কনা হন্না হেংবদা লৈত্রে হাযথি, অদুদি লিখোক্লগে। খনবা মখৈ খল্লুরগা বিণাবু চেৎনা কোল্লগা হায়রকই—।

"ঙসিদি তারো বিনা অশেংবা তমলগে, নঙ অসি ঐনা পোকচবী ইচা নত্তে।"

"অদুদি ঐহাক অসি কনাগী মচা ওইগদগে ?"

"পুম্নমক নংগী নফমদা তমগে পুক্লিং চংনা তাউ।"

নংবু পোকচবী নমাগী মিংনা জামিনি কৌই। অনিগুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লাক্লবদা নংবু পোকপী নমানা লাঞ্জেল্লকই। মতম অদুদা নং অসে চহি ৩।৪ গী অঙাংগী মতম্নি। মতম খরা রাঙ্গোইদা লৈরম্মী অদুবু মফম অদুদা খুদোং চাদবদগী মফম অদু থাদোকতুনা ঐখোয়গী লম অসিদা য়োরক্লম্মী। মফম অসি য়োরকপদা খোংনা লমশাং লাকপগী চোকথরবা অমসুং

ঈশিং থৌরাংলকতুনা ঈশিং থরুবা থিরকপদা ঐখোয়গী পুখ্রিদা চংলকপনি। লমশাং লাকপনা চোকথরবা মশা ওইখিবনা, থোঙাল কানশিল্লকপদা থুরৌদুনা উপ্রাক্না শিংতুনা তুথিরম্মী। অদুদগী ইমুংদা পুশিন্দুনা লাইকম্নবদা ঈশ্বরগী লিল্লা তুংইন্না অনাবা অমা ওইখিদুনা অশিবগী থয়াত্তা তাখিরম্মী।”

বিনানা মমিংতগী লেপ্পা নাইত্রবা পীরাংগা লোয়ননা হিক হিক লাওবা থোঙ্গেলনা হায়রকই। “ইমা তোল্লবী কনা লৈজত্রবী নচাবু থাদোকপিগনু। নচানা লানথিবা থিবীক ঙাকপিয়ু।” চান্দনীবু কোল্লহুনা কপলক্লে। লৈশাবী মপুং কারবী বিনাগী খজাইদা ঙরাংদা পোকচবী অঙাংগুম্না চান্দনীনা চুপচরি। “ইমাগী ইবেম্মা নংনা করি অকায়বা চংতুনা ঙাকপিয় হায়রিবনো? নংনা ঐবু ঙাকপিগদবনি, ইরাল লৈরিবদি ঐহাক্নি।” মচাগী মফমদা অসুম্না পাওদমজরকই চান্দনীনা।

“ঐবু পোকপা বাবাগী মিংদি খংত্রা, হৌজিক্তি মহাক লৈরমথিগত্রা ইমা” বিনাগী ৱাহংনি।

“ইবেম্মা মমিংদি তরুন কোই হায়রম্মী অদুগা মহাক অদু হৌজিক লৈরবথিগত্রা, লৈরমলরোইদ্রা হায়বা অদুদি খংবা ঙমদে।

অসুম্না মচাগী মফমদা অশেংবা পুম্নমক পাওদমলমলগা চাকশংদা চংখিদুনা ক্লমিদাংগী চাকলেনগীদমক শেম-শাখ্রে। মপোকখিনা পোক্লবী ঐহাকী মপোকনি হায়বগী ৱাখলদা তাউদুনা বিনানা লৈহোরে।

মতমনা থেঙলকপনা অমুবা কোয়কবদগী হজিল্লকলে। মহাক্না হজিল্লকপদা বিনানা "বাবা নচাবু খাদোক্‌পিগনু" হায়না পিক্লিবা অঙাংগী মভোগুম মখোঙদা তুরদুনা থুরুমলরে। অমুবা অদু মচাগী মতো অদুদা ইঙক ঙক্না কারগী খাদোকদগে ইচাবু কনানা করি ঙাংদুনা কারগী কপলিবনো হায়রমলগা চাকশংদা চান্দনীগী মনাক্তা চংলক্‌্‌না মরম হংলুবদা থোকখিবা থোদোক পুম্নমক মহাক্না খঙবা ঙমখি। অহিং অদু অরা-হুংঙাই অনিমক তিম্নখি। অমুবা, চান্দনী অমত্তুং বিনা অহুমদো।

## তরানিথোই শুবা

অহিং অদুগী নোংঙানবগী অযুক্তনি। উরুন খো'গ্রাও অমা শেৎলগা, মোজাফুরিং নিমাই অমা লিংলদুনা অযুক্কী চা থকপা ; কৈথেলগী হোটেলদা থোক্লম্মী। মহাক্না অসুম লাকপদা মহাক্কী মাংওইনা থরা লাপ্না মৌ নহা অমা চৎপা উরম্মী। হেক উরুবগা ইচে, ইচে হায়না কৌরদুনা কন্না চেল্লরম্মী। মৌনহা অদুনু মঙোন্দা ওইরমাল্লে নিংদুনা হন্না য়েংলকপদা উরুন্না চেল্লকপা অদু উরে, মকম অদুদা লেপ্‌লুনা লৈরে। উরুন্না মহাক্কী মনাক্তা লেপলদুনা স্বর মপী হোল্লদুনা হায়রকই—

"ইচে কদায়দা চৎলুবনো অযুক অসিদা ?"

'ইবুংঙো লায়রবনিনা মীঙোন্দা শেল থর লৈখিবা অদু থোরুবনি।"

"ইচেগী খোন অসিদি, ঐখোয়বু নোক্নবা মাপ্লি"।

"কন্নিগী নোক্লগদৌরিবনো, ইনাকথুনবা মীনবু লায়রবা ঐবা কন্নিগুম্বা থরদং হায়জববু তাবিকম খোকপরা। অদুগা ইবুংঙোদি লোৎপবু হৈখ্রে নে"।

"য়েংঙু ইচে নহাক্না হায়বা নুমিৎ অদু লাকে তৌবনি অদুদা ঐখোয়গী ইমানা ইম্ফালদা চৎতবা য়াদে হায়বদগী চৎলুরে। অহিং অদু আদা লৈরকতুনা তৌবনি"।

"কন্নি থবক্কী চৎলুরিবা ?"

"মফম অদুদা মমাংদৈদা ঐখোয়গী অহল্লা লৈরম্বা ইথোল অমা লৈ, মদু য়েনবগী রা ঙাংনকবনি"।

"ঙায়খো রা অসি করক্না ঙাংনদুনা লৈরে, নংগী নিংজিবা আশা অদু ঙসি অসি পাংখোক্লো"।

"হায়বদি ইচে" ?

"বিনা অদু ঙসি য়াথেগী লুহোংবা লাকনি, তাঙ্গা য়েংলগা কাননবা হোৎনৌ, নত্রবদি লতুংদা নংগী থুদোংচাবা ফংলরোই"।

কত্তবা রা হায়রবদি কত্তবা মীদি য়াবা হৌনবনি। মরম অসিনা চাওবীনা বিনাবু চিংনবা ইনশিলকপা অদুদা রাথল থেল্লবা উক্কন অদু য়ারে। চিংবদা লেপত্রে। মমাল্লবা খোমদুনা বিনাবু কাননবগীদমক্তা থৌরাঙ তৌরুখিগে হায়রম্লগা মমুমলোমদা চৎকে তৌরকপদা চাউখিনা হায়রকই "ঙায়খো নংবু চা থকপা খোক্লগা থকতদুনা হল্লগেয়া" ?

"ইহে ঐ অসিদি ওম্মোকপনিদা পুমকাউ কাউরুরে বিনাবু ঐগী ওইরনি খঙ্গুবদা। অদুদি ইচে চা থকলুখিশি"।

"এঃ এঃ এঃ ইচেদি থকচররোই হযেং কোম্না ইনাওচুমী বিনানা লাক্লগা মহাক্না লোনবা চা অদু থকচরগে"।

"হেরা ইচে মহাক্না লোনবসু থক নি ঙসিসু থকদবনি"

মথোয অনি অদু অসুম্না লকপনা হোটেলদা চংলক্লে। চা থক্লা থক্লা চাওবীনা উকবদা মপা হাৎখিবা নিপা অদু কাপ্রি-বরা হংলম্মী মহুদা উকন্না থুমলকলম্মী।

"ইচে কনানা হাৎপনো হায়বা থংহোদবনা ফাবদা থরা লুনা থোক্লে, অদুবু ঙসি ফাওবদি পুলিসনা থিরি"।

"থংজ্রেদা ইবুংঙো হৌজিকী মতম অসিদা তোগদবা অসি মী অমা হাৎপগীসু বেরা লৈত্রে, অশিবতনা মাংজরেদা।

চা থকপা লোইরবুনা চাউবী অমসুং উকন মযুমদা হল্লরক্লে। মযুম য়োরগা বীনাবু চিংনবগীদমক কিরোন শেৎচিল্লগা মাগী তিল্লবা মমাল্লবশিং থোমহুনা রা ভানখ্রে। মহাক্না মকপশিং অদু মহাক্না হায়বদা লোয়না য়ারক্লে, য়াদনাংঙাইসু লৈতবা য়াকপী, অকবগা অক্কবগা তিল্লবা, যক্তবা মীনা যক্তবা মীগা তিল্লবা হায়বা অসিদি হৌনশানি। অদুনা উকনগা তিল্লরিবা মী পুম্নমক ওক্তবা মী ঙক্তা ওইরবা য়াই মরম অসিনা উকন্না হায়রুবদা য়ারক্লীবনি। পাংথোক্লীংলিবা থবকপু পাংথোক্লবগীদমক উকন শেম শাখ্রে।

লুহোংবা লোইরদুনা মুপী ময়ুমদগী নিপা ময়ুমদা কৈন্যা থিরবা থোরক্লে। মমাংতৌদনী মৈতৈগী চৎনরক্লবা লোলাইদা থিরনা মুপী অদুগী ইমুং মনুংনা পামজে হাররদগী লোলাইদা থিরক্লি। লোলাই অদুগী মতুংদনা কৈন্যা অদুগী মমাররী লুহোংবা য়াওরুবীশিং, অহল লম্মন পুন্নমক্না লাক্লি। মথোয়না অমুম লাকপনা মুপা ময়ুম য়োগদবা থরতা ঙাইরবদা জীপ গাড়ী অমদা পাখং ময়াম তোংলদুনা লম্বীগী চিদায়দা লাংদুনা লৈরম্মী। জীপ থোঁরক্লিবা নিপা অদুদি অহল খরা ওইরদুনা নচারোল অদুনা লাংবদা ইকায়রদুনা লাপ্না চৎথোক্লদুনা মতোমতা লৈরে। মহাক্না লাকপগী মরমদি উরুম্না জীপ অসি রাইরবা মতমদা চিংগদবা নত্তে, চেনগদবনি হায়বদা লাকপনি। মুপী চিংগনি হায়না লাক্লবা মীশিং অদু ময়াই কাবা কওবা পোৎ শিজিন্নদুনা লাও থোংবনা মথৌ ওইরক্লে। মথোয়গী লমচৎ শাজৎ অদুদা লুহোংবা থিল্লকপা মীপুম থুদিংমক্না থীনা ঙাংনবারি, কনাগুম্বা মরিংজেল লৈবা অহল খরনা অকনবা রা ঙাংদুনা থিনা চৈবীরম্মু য়াওরি। অদুবু মথোয় অদুদি লাও থোংদুনা লৈবনিনা অহলশিং অদুনা চৈরম্লবা অদু তাবা কংহোদে। মথোয়না অমুম্বা লাংলিতৌদা মুপা ময়ুম য়োথিদুনা নিপী থিল্লকপা মীশিং অদু কৈন্যা অদুগা লোয়ননা চংখ্রে। মসিদা মুংশা থিরদুনা মরুপশিং অদুদা উরুম্না হায়রকই— "মরুপশিংগী মকমদা করিগুম্বা অমতা হায়জগে।" মকম অদু লাংলম্বদগী ভুমিন্না লৈরগা অমথক্লা হায়নিংবতা হায়য়ু পাউথুমলকই।

"মথোয় হৌজিক নীপা ময়ুমদা চংখিবনা হানখ্রে। হন্দক

থোকলকপদদি নঙ্োকহনবা য়াব্রে, মরম অসিনা মরূপশিংনা চেকশিন্না থবক অসিদা মতেং পীবিয়ু।"

"ঐথোন্নবা শোয়দনমক্কী তৌগনি।"

"হৈন্না ফুপী মচা অমা কাববু করিগী চিংনবিরিবনো, মহাক্না থোকলকপগা ঐ ফাজগে।" অতোপ্পা অমনা ঙাংলকপা য়াঙাংনি।

ঙাংমন্নিবা য়াশিং অদুদা জৌপ থোবা ফুপা অদুনা মথোয অসি চেনগদবা নত্তে, চিংগদবনি হায়বা থংবা ওয়ে। হৌজিক মহাক্কী করি উপায় লৈ, করিগুম্বা মহাক্না 'চংবগীদমক ওইরবদি গাড়ী অসি শিজিন্নবা ঙমলোই হায়করবসু ময়াম অদুনা ফুবী চৈবাবা থোক্লবদি মহাক্কনি মাংজবা। করে মতু মঙাইরে থোক্লবা লাক্কনি খন্দুনা তুংদা করি তৌসিগে খন্দুনা লৈখ্রে, ফুপী মচা অসিবু করম্না কনশিগে নিংখ্রে।

লুহোংবগী ময়াম মীয়াম অদু নিপা মন্নুমদগী থোক্লবক্রে। মসিদা উরুন অমদি মহাক্কী মরূপ পুন্নমক চিংনবগীদমক শেম শাখ্রে, গাড়ী থোবা নীপা অদুসু ফুপীমা গাড়ী মথক্তা য়োরক-পগা থোমনবা শেম শাদুনা লৈখ্রে। ময়াম অদুনা মরি মরি অসুম লাকপদা ময়ামগী তুং ওইরগা শকহেনবী ফুজা অমনা মহাক্কী পলেমগা লোয়ননা লংকখিন্নরী। খেংচংনা লেপ্তুবনা ফুজা অদু পাখংশিং অদুগী মনাক য়োরকপদা ঙসাই ফাবিগে হায়খিবা ফুপা অদুনা ফুজা অদুবু ফাদুনা গাড়ী মথক্তা লংখৎখ্রে মতৌ অসিদা চান্দনীনা মচা চিংখিদোরে হায়দুনা লৈফায় ভানবা কন্না লাউরক্লম্মী। মহাক্না লাউরৈ হায়বা অদু মঙায় গাড়ি অদু অদুম থোখ্রে। গাড়ী অদুনা লম্বী অদুগী মতুং ইন্না চুমজ্রিং

থৌরক্লগা সোরোক অচৌবা ফংহুনা অরাং পাংনা থৌগৎলক্লগা পাখংশিং অহুনা গাড়ী মহুংদা চোংলিবা বীনাগী মশাবু কাবা হোৎনরি। উপায় লৈত্রবী বীনানা লাওনবা হোৎনজক্লবসু নিংথি-রবী চিনগী লৈতেং ফিবুন্না ওইথিবনা ডমখিদ্রে। গাড়ী থৌ-রবা নিপা অহুনা কম্না থৌরক্লগা ইথং খংহৌদনা সোরোক অহুগী মনিঙ ওইনা লৈরিবা থানাগী শঙ ভম্না থৌজিল্লক্লে। পাখংশিং অহু মুংশা থিরহুনা গাড়ীনা হেক খাম্বগা চোংথহুনা চেনখিনবা শেম শাহুনা লৈখ্রে। কম্না থৌজিল্লকপা গাড়ীবু উরগা লৈরমলিবা থানাশিংনা মওং অমনি খন্দুনা ঙক্লা য়েংহুনা লৈরে। গাড়ী অহু খামলগা গাড়ী থৌরক্লিবা নিপা অহুনা চোংথরহুনা "বাবু বাবু" মখোয়শিং অসিবু ফাবিয়ু মুপীমচা অসি চিংবিরক্লে হায়রকই। থানা ময়াম্না চেনশিল্লকহুনা গাড়ী মহুংদা তোংলিবশিং অহু লোয়না ফারে, মুপী মচা অহুবুনা শঙ ভম্না থাজিল্লক্লে। মাঙোন্দা লেপ্তুনা লৈরিবা মুপা অমখক্তা "ভামো নচল্গী থর্‌াইতদি কনবিয়ু" হায়না কপ্লদুনা চেনশিল্লক্লে। মুপা অহুনা মুজা অহুদা মুন্না য়েংলগা বীনা নংবু মখোয়না—হায়রহুনা চেল্লক্লিবা মুজাবু কোন-শিল্লে। মফম অসি ময়াংইম্ফাল থানাগী শঙদনী।

তৌকম খোকপা থানাগী মথৌ তৌনবগীদমক বীনাগী অহল কৌহল্লরে অমসুং উরুনগী মমাসু লাক্লে। থম্মোয় শোক্লবী চান্দনীনা মচাবু থানাগী থুক্তা লৈহৌরে ভাবদা হাথু হাথু চেন-জরক্লে। মচাবু উরগা "ইমাগী ইবেম্মা ইচাদি মীরা ভাংনগনবা

সমাজনা থোক্লিবা থৌদোক অসিনা রাহৌদোক ওইহনা কত্তুবা মরমগী রারিনবা হৌরনি" হায়না কপ্তু্না মথাদা মচাবু কোনশিল্লে। "ইমা মসি নচাগী দোষ নত্তে, ফজ্রবা শাগুম্বা মিপাশিং অসিগী মরালনি। থানাগী অচৌবা নিপা অত্তুনা খুমলকপা পাওথুম্নি।

"ইবুংঙো বাবু মথোয়শিং অসি মতিক চাবা দণ্ডি পিবীয়্।"

"কনি ঐখোয়গী ভৌকম থোকপা তৌজপে" হায়রগা উরুনগী মমাদা মহাক্তী অপাম্বা মওং হংলকই। উরুনগী মমানা ইবুংঙো ঐদি খংত্রে মসিগী অঙাং অসি শিজগ্রো হায়না লাইদা খুরুমহুনা কৎপস্থু লৌবিষু য়াত্রে, মীগী মচা অমগী পুন্সিবু লমখাংদা মাং-হন্নবা হোৎনরম্বগীদমক মতিক চাবা দণ্ডি তৌবীয়ু হায়না মহাক্তী মত পিরকই।

পুকচেল তপ্পবা অমুবনা খম্মোইদদি কাথেকলে। মপা লৈত্রে অত্তুগীস্থু মথক্তা লম অমতগী মচানি রাখল অসি খল্লহুনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই—

"ইবুংঙো বাবু ফজ্রবস্থু মহাক অসি লৈকায় অমতগী মচানি। ইচাগী মকমদা থোয়না অকায়বা খবক তৌরমবত্রদি থাদোকপিগ্রো, অময়োমদনা করিস্থু লৈতবা অসিগীদমক্তা ওহাক লৈতনা বিচার-গীদমক ইন্ফালদা চৎপস্থ ইকায়ফে।"

অমুবগী হুংশিরবা রাহৈ তাবদা উরুন্না মুম্না য়েংলি অমসুং থানাগী অচৌবা অহুমস্থু খম্মোয়হুংদা থাগৎচরি। মহাক্না বীনাদা অপাম্বা করিনো হংলুবদস্থু মপাগী রাহৈ তুংইন্না খবক তৌবিম্ন খুমলকই। অস্নুম্না খুমলকপা ভাবদা ঙাওশিন্নবতনা মথৌ ওইরম্বা

উরুন অহু ভাব তারক্লে অমসুং অমুবদা হায়রকই "খুড়া ইবুংঙো পুন্নমক ফজ্রবা ঐগী ইরান্নি, ইরালগী মতিক চাবা দণ্ডি পিনবীয়ু।"

"ইবুংঙো অহুম্না হায়গনু নহা হায়বা অসিদি ঙাওবা হৌনশানি, মতুংদদি ঙাওরবনু অসুম্না তৌরুগনু হন্দকী অসিদি ঐনা পুকচেল চাওরবী ইচাগী মকমদগী ঙাকপিরসি হায়দুনা ঙাকপিরবনি ।"

অমুক বীনাদা য়েংলহুনা উরুম্না হায়রকই— "পুকচেল তপ্লবী মীন্নুংশি থংলবী ইচলও ইবুংগী ইরালনি ৱারোগনু। ঙসিদি মাংলুরবা ঐগী পুন্সিগী লমচৎপু নংনা অমুক পুৰিরক্লে, নহাক অসি থৌজাল হৈবিনি ঐবু ঙাকপিয়ু।"

"তাদা করিগী শাওগদগে, কল্লকপা হায়বা অসিদি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি।"

নিপা ময়ুমবু মুপী ময়ুম্না কনবীরবদি বিচার অদু মুমিৎ অহুদা অহুম লোইশিন্নরে। থানাগী তৌকম থোকপা থবক তৌদ্রহুনা নিপা ময়াম অহুনু থাদোকখ্রে, মুপী ময়ুমনু ময়ুমদা হনখ্রে। থানাগী অচৌবা নিপা অহুনা বীনাবু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌরে। মতম অহু ইথেং থেংদ্রি। মুমিদাংগী চাক থোংগৎনবা মতম্নি। মুমিৎ অহুদগী হৌনা উরুন ফজ্রবা থবক মায় ওনশিল্লরোই নিংঙ

মমা ওইবী চান্দনীনা চাক থোংলিঙৈ, অমুবনা থৌদোক অহুগী মরিদা মচা অসিবু তুংদা অকায়বা লাকহ্রা থন্দুনা কমুংদা

ছিপ্পিডৈ মতমদা বীনা রাখল্লা হুংঙাইত্রবদা মতোমতা ইমুংদগী মপান থোকলক্কুনা শুমাংদা লেপ্লরি। থোকখিবা থৌদোক অহুনা রাহৌ ওইহনা মশুংদাংগী রাজরবী, চিন্তা পোংলুম পুরবী মহাকপু নিংজবা মহাক্না ছন্দোকপিরমগত্রা হায়বগী আশাদা লুপ্তুনা অভিয়াদা মনিংতম্না শান্নজরিবা থরানমিচাকশিংবু য়েংজরি। অমরোমদনা মাবু পোকপা পম্থৌ অহৎ লৈরমখিগত্রা, লৈরমলরোইত্রা. করিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লগা মানা ঐবু মশক খংবিরমগত্রা? মপোক থিনা পোক্লবী ঐনদি হুংশিবা পম্থোগী শক্তমবু উজহৌদবনা নিংশিংনবা ঐগী আশাগী লম্বী লৈতে। বীনা ঐগী মপোকসে ওস্তোক্লা তোল্লা পোমলম্মীদকো। নহানমুক্কী মপোক্তা করম্বা লমচৎ শা-জৎনা পলেম পম্থৌ অনিগী মফমদা চৎলুহনা হন্দকী মপোক্তা পলেম মশক খংহৌজ্রিবা, পম্থৌ চেংলৌ উহৌজ্রিবনো? থল্লহুনা মিৎলু নাপোম অনিদা তরং লাইজ ইহৌনা থম্মোয় খুদুম শুহুনা অরাবা রাথলদা তাওরি। লাইবক থীবী মুজাগী চিন্তা মৈরিবু মুৎপীরগে মওংদা লিরি শিৎপা মালংবনা মুজাগী হকচাংদা য়ৈরক্লি। কৌজেং হায়ৌ খিবিক্লা মিৎলুগী পিরাং উরগা তেংথা নাওইরক্লি। মুরা মথুৎমক্লা মতারোই রাধেগী ইঙ্খোল শাই-গোংলমুংদগী ফুকচরকহুনা পুত্রি মপান্দা থাজখিবা কবোক্লে কৌবী লৈরাংনা মতারোইগী রাবা উবদা হায় হুমহুনা লৈরাংগী নাক্তা কৌরক্লি। রাজবতনা মথৌ ওইরবি মুজানা তপনা তপনা লাক্কু-না লৈরাংগী নাক্তা লেপলরে। মুজাগী মাইথোং উরগা মরোল থোক্তবী লৈরাংদো পাউহংজবদি শমজদা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈথি।

ঙুরা লৈরাং অনিনা বাগী মচেৎ ভাংনদনা তুমিল্লা লৈরিডৈদা কনাগুম্বা নিপা অমথক্লা বীনাগী মমিৎ অনিহু তুমিল্লা চংলক্লগা মথুং অনিনা থুমজিল্লে। সুংশা খিরহুনা বীনানা লাওগে তৌবদা য়াম্না তপ্না "ঐনি" হায়রকই। খোঞ্জেল অহুদা খংলহুনা মমায়-দগী খুৎ অহু তপনা ল্লোথোক্লগা পাখং অহুদা য়েংলকই। পাখং অসি থানাগী ফিজেৎনা লৈতেংই, মরে বান্দস্থু ফুল অনিনা ফিজোল অহুগী ফজবা হেনগৎহল্লি। ফুল অসিনা তাকপদি নিপা অসি থনাগী অচৌবা অমনি। বীনানা পাখং অসিবু উবদা "তামো নচলবু থাদোকপীগনু" হায়রকই।

"বীনা! নংবু থাদে ক্লবা ঐগী পাঙ্গল লৈতে, তত্তনা নংগী নকমদা হায়রিবা অহুনি।"

"অহুদা তামো ওসিগী নচলগী ফত্তবা খৌদোক অহুনা ঐ অসি ওক্তবী শিংদা চনখিহুনা থাদোকপিরমগত্রা নিংজবতনি।"

"খৌদোক অহুদি ঐদি ক্রউথ্রে" ভাইথে, ওসিদি নঙোন্দা রা অমা হাযগে লাক্লিবনি।

"তাকপিয়ু করিনো"?

"লাক্লিবা য়ুমশকৈশ সুমিৎতগী ঐহাক মক্কম অসি থাদোকহুনা অতোপ্পা মক্কম অমদা চৎপা তারে। ঐনা মসিদা লৈবদি সুমিৎ থরগীদমক্তনি। অদুনা নং ঐগী সুংশি পনথুং যৌননবা তাম্নস, রাশক পরৈ ভাক্লসি ঙুরা রাখল করিনো খংনিংহুনা লাক্লিবনি"।

ঐগীদি লাইবক ফবনি অদুবু ঐবু য়োকপিরিবা পলেম পম্হৌ অনিদি হুন্দোক্লম্মা তারবা, করমম্মা মথোয়বু থাদোকনি ”।

“ নংগী রাখল লাল্লে, অদুম্মা থল্লবদি। অশেংবা নংগী য়ুম্নাক করিনো, পম্থ্ংকম্মা কনাদনো ? পলেম পম্হৌ কিরবদি করম্মা পুক্নিগী ম্নারেককন য়োগদোরিবনো ” ?

পাখংগী পাওহং তাবদা মুজা অদু পুমগাও ভাওব্রে।
পাখংবু থাদোক্নবা পলেম পম্হৌ অনিগী মনাক্তা লৈবা, নত্রগা পলেম পম্হৌ অ নবু হুন্দোক্লমলগা নিংজবা মাগী মনাক্তা। হুপিগী পুনসিদি মপুরোইবগী শাইগোন্দ পুক্নি ম্নাহিপ তানবা হায়রবা অসি ঈশ্বরগী থোদানি। অদুগীমু মথক্তা মনাক্তা লৈজদুনা পামজবা শক্তমবু য়েংজদুনা পুক্নিগী ম্নাহিপ তানজগে হায়রবগীদমক্ত রাশক পরৈ চনখিবনি। করম্মা মহাকপু থাদোকপা, ওমলোই ঐনা মহাকপু থাদোকপা, অসুম্মা থল্লদুনা বীনানা তপ্না তপ্না হায়রকই। ”তামো ! নচলদি হিনাওনি, হিবুদি নহাক্নি, পুনিংবা মায়কৈদা পুখিত্রনা তামোগী নিংলিবা অশা পাংথোকপিয়ু ”।

মুজা পাখং অনদো অসুম্নদি পাউদমনজদুনা মুজাগী শাই -গোলমুংবু থাদোক্লবা মুমিং লেপ্লব্রে। মুরা পাখং অনিগী মুংশি রারৗ তারগা কবোকনৈ কোবৗ লৈরাংদো হরাও মথোই কাদুনা মালং শাউম তুংইম্না হাইনা হুম্না শান্নজরক্লে। থোকলমদবা থাজমু মুজা পাখং অনিগী মাইথোংবু য়েংহোরগে মতাগুম চিংনা -লেম্না থোক্লক্লে। থাজবু উরগা বিনানা হায়রকই তামো শরৎ খাজ মানা সাক্নিনি ”।

---

# অরোইবা শরুক

## "মাবু ঐগী ইচল !"

( অহানবা )

অঙাওবা অছু উরুনগী মপা শিদুনা লৈরম্বা ছুমিৎ অছুদা ময়াম চংদুনা অশিবা মীচু য়েংনবদসু মহাকসু য়াওরমই। মমিৎ অনিদি ঈ-গুম্না ঙাংলম্মী। ছুমিৎ অছুদা মহাক্না খংবা ঙমখি, লক্লিবা থানাগী অচৌবা অছু নোংমা নোংজুগী অহিংদা স্কুলগী মাঙ্গোন্দা থেংনখীবাপাখং অনি অছুগী মরক্তা লতাগী মচানিপানি হায়খিবা শরুৎ কৌবা পাখং অছুনি। মতম কুইনা শরুৎপু উম্নবা তাঙ্গা ঙাইদুনা লৈরম্বা মহাক্নি, নোংমতসু খুদোং চাবা মতম ফংলমদে। অছুবু ঙসিদি মথোঙ থোংনা লাকতুনা শরুৎনা লৈরিবা থানাগী শঙদা চংলক্লম্মী, মতম অসিদা শরুৎতি লৈরম -দ্রে। অছুবু মহাক্না ঙাইগে খল্লম্মী, অসুম্না অঙাওবা অছুনা শরুৎপু ঙাইদুনা লৈরি।

মরুপকী পাউ মতম চানা ফংদুনা কুমারনা মরুপকী মতেং পাংনবগীদমক্তা ময়াং ইম্ফালদা লাক্লম্মী। শরুৎ অমসুং কুমার উনরে, মতম কুনা উনরক্রবা মতুংদা উম্নরবদদি মরুপ অনি অছু মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরে। হায়নখিবা মতম য়ৌরক্লদুনা কুমার অমসুং শরুৎ বীনাগী ময়ুম মাইকৈ পাংথ্রে। মথোয়না চৎখিবা ওহাক লৈরগা অঙাওবা অছু লাকতুনা শরুৎপু ঙাইদুনা লৈররি।

কনা থেংলবা অহিংদনি। বীনাগী মমানা চাক থোংবা লোইরদুনা মচানুপীবু চাক চানবা কৌরকই। বীনানা চাকশংদা চংলকপদা চান্দবীনা মচাগী মিৎতগী শিম্থরক্লিবা পিরাং অদু উরদুনা করি তৌরে হংলকই। করিসু তৌদে ইমা, কোক অসি খরা চিকতুনা তৌবনি হায়দুনা মমিৎতগী মপি অদু তৈথোকলে। চাক চথোম অমা অনি হুক্লগা চানিংদ্রে হায়দুনা মহাক্কী নিংথাল কাদা চংখ্রে। থম্মোয়দা মমা অমসুং মপ অনিবু থুরুমজরকই— ঐবু য়োকপদা রাজরক্লবী পলেম-ও! ঙসি কৌবা মুমিৎতগী নচাদি পলেম ইমাবু হুন্দোকলমদুনা, পম্মৌ ইপাবু থাদোক্লমদুনা পামজবা মাগী য়াল্লা তুংইঙবা তারে। ঐবু পোকপী পলেম্না মসুং মতম চাদনা অমং য়াইথোং কুমথ্রবদ তোল্লবী কনা লৈজদ্রবী ঐহাকপু পোকচবী নচাগুম্না মুংশিবীদুনা নাওকোনবীরক্লবা ইমাবু থাদোক্লম্বা তারে। ইমা নংগী লমন্দি শিংজবা ঙমলমদ্রে, ঙসি কায়নরমদাই মতমদা শিম্থরক্লিবা মিৎকী পি অসিনা ইমা নংগী থুয়া থম্বালবু পাংদ্রবী রাখল্লা চামথোকচদুনা মপুং ফাদ্রবা আশাগী সেবা তৌজরমগে, মসিনা ইমা নংগী লম্মন শিংবা শক-চরগে রারোবীগনু। ইমাগী য়াথংবু ঙাইজবা ঙমলমদ্রে হায়দুনা ইম্থোকপিগনু। বারক চেৎলবা পম্মৌনা হল্লক্লবা মতমদা নচাগী ইরাল ঙাকপীয়ু হায়জরম্মী, তম্বীয়ু; মপোক খিনা পোকলুবনসু পম্মৌ চেংলৌ উজবা কংদনা থাদোক্লম্বা তরে। রাখলশিং অসিদা লুপলুরগা মমিৎতা মপি শিহুরদুনা নিঙোল কাদগী চাকশংদা চংলক্লগা মমাগী চেংলৌদা অরোইবা ওইনা মুংশি কায়না মিৎয়েংদা

য়েংলয়গা মপান্দা থোকলক্লে। ক'রিস্থ থওজিবী চান্দনিদি চাক শংদা অদুম লৈহৌরি।

মমাংদুদু মথুৎমক্কা শেমজন্তুনা থাজখিবা কবোকলৈ কোৱা লৈরাংগী নাক্তা চংলকতুনা থম্মোয় শোক্কা পাউদমজরকই—গুসি কোৱা মুমিৎতগী তাইবং খম্পাক অসিদা চান্নরবী ইতারোই নদোম লৈহৌরো, নাইতোম শাৎচহৌরো লৈরাং—ও! পাংন্নবী মুজাগী মপোক্কা পোকলুবনা ইতারোই নংবু মু'শি হায়না শোন্দুনা মুংশি মুংশি কায়নবা তারে। ক'রগুম্বা পলেম পন্থৌ অনিনা নতা ঐবু থিরক্লবদি পামজবা মহাক্কী মনাক্তা চৎথ্রবনি, রাশক পরৈ ভাক্লবা মুংশি পম্থুং তানখ্রবনি হায়না তম্মীয়ু। মতাগী মপাও তাবদা থম্মোয় থোৎলবী লৈরাংনা মকা লান্না শাৎলমবদগী লৈনা চোইনা কেন্দুনা মুংশি বিদায় তৌরকই। চৎলেকো ইতারোই, মুংশি মাগী মনাক্তা মুংশি পম্থুং তান্দুনা নিংজবা আশা থুংহুনা পুন্সিগী মু'ঙাইবা লিলাদা অশিবা মাবু ঙাহক্লরো। লৈরাংনা পাউদমক্তে হায়বহু মঙাইরে মপোক তিন্নদবনা খংখি-ব্রেদো বীনানা। মুরা লৈরাং অনিনা মিৎকী পিরাংলক্তা কায়না রারি শারিবুদা "বীনা! বীনা!" হায়না কৌহুনা বীনাগী থোৎ-লবা থুৎতা পায়হুনা চিংলক্লে। মুংশিবা মাগী য়ারা তাবদা লৈরাং কবোক্লে পাখিদা চিংনা য়েংলমলগা শরৎকী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। মুমিৎ অমিৎ অসি নোঙ মঙবা অহিংনি।

মথোয়না অসুম লাকপনা থানাগী শঙ মপা য়ৌরকপদা মংলম্বা নোংনা চুথরক্লে। চৎপা য়াত্রহুনা মথোয় অহুম অহু

থানাগী শণ্ড ভান্না চংশিল্লক্লে। মখোয়না লাকপা অদু শরৎপু ভাইহুনা লৈরমলিবা অঙাওবা অদুনা উবদা মমিৎ অনি অদু চেৎনা উইশিনখিরমই। মিৎনা উইশিনখিবগা লোয়ননা পিগী মভুম শিন্থরকই।

ভুয়া পাথং অহুম্না কা মচুংদা চংলক্লগা কমথবদ। মঙাইরি অঙাওবা নিপা অদু চংলক্লে। শরৎনা অঙাওবা অদুবু উব-মক্লদা মতম থরগী মমাংদগী চিংনহুনা লৈরক্লবা রাথলশিং অদু নিংশিংলক্লে। তরাম তরাম কোয়রহুনা কমকম চানা কমহল্লে। কমথবগা লোয়ননা অঙাওব নিপা অদুনা হংলকই— "ওসি শরৎ নংনা পুরক্লিবা ভুপী মচা অসি করিগীদমক্কনো—?"

শরৎনা খুম্বদা ইকায়হুনা লৈরিঙৈদা কুপ্পারনা "শরৎকীদমক্তা পুরক্লিবনি অতৈ করিগীগু নত্তে" হায়না খুমলকলম্মী।

"অদুদি শরৎ নংগী রাথল লাল্লে।"

"করম্না বাবা?" ওক্ল। হংলকপা শরৎকী রাহংনি।

"মদু খঙনিংলবদি পুক্লিং চংনা ভাও ঐ হায়গে— নখোয়না ঐ অসি অঙাওবা মী অমা ওইনা লোক্লিবদু অঙাওবা নত্তে, করিগুম্বা রাথল অমগী মখা পোন্দুনা অঙাওবা শাহুনা লৈবনি। হৌজিক ঐ কনাবো হায়বদু ক্ষোংদোক্লবা মতম য়ৌরে ক্ষোং-দোক্লগে হায়হুনা নংবু ভাইহনা লৈরমলিবনি। নোংমা বিধু কোবা লিপা অমা শিহুনা লৈরম্বা অদু কনানা হাংপনো হায়বা নখোয়না থলাগী থবক তৌরবসু ওসি ফাওবা থংবা ওমত্রি। মদু কনা

অমতনা হাৎপা নত্তে ঐহাক্নি, হাৎলিবা খুৎলাইনা অসিনি—কিন্নুংদগী থাং অমা লোথোক্লগা লৈমায়দা থাদরম্মী।

"করিগী মরাল লৈতবা মীবু হাৎলিবনো ?"

নখোয় পুন্নমক ছুমিন্না তাও ঐ লোইনা তমগে মহাক গাড়ি থোৎবগী থবক তৌরম্মী। নহান শিন্দুনা লৈরম্বা বিধু হায়বা নিপা অমু ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্পী, মহাকনু ঐগুম্না গাড়ী থোৎবগী থবক তৌরম্মী।

লুহোংবগী মতম ওইরক্লুনা অহল লমনশিংনা ঐবু মুপি অমগা লুহোংবিরে। মতম থরা তাইবংগী মরাদা লুন্তুনা লৈরকপদগী ইচান্নুপা অমা পোক্লে। অসুম থোকউ হায়রুনা ঐগী মুপীনা মচান্নুপাবু হুন্দোক্লমদুনা তাইবং সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। মতম অসিদদি ঐহাক অসি মীগী গাড়ী থোরবসু শেল থরা পায়জরম্মী। মতমগী মতুংইন্না মুপী শিখিবগী অরাবা কোক্লক্লে, অকে অযৌদা লুপ্তুনা মুংঙায়রবা ইরাংদা তাউরক্লে। নোংমাগী মুনিদাংরাইরমদা অসুম কোইথোক্লুবদা থাংমৈবন্দ লমদম য়ৌরকপদা নোংজুথাগী মতম ওইবদা নোং—তপ্লি তপ্লি তাবা হৌরক্লে চৎলম্বা থোংচৎতি লেপ্তুনা চৎলকপনা মশিং পাংনা চংবা লম্বি অমদা চংশিল্লকলম্মী মফম অসি য়ৌবদা তপ্পা চুরম্বা নোং অহু করা চুথরক্লে। পোৎকম কন্দী অমগী মফমদা চংদুনা নোং থুপলম্মী। পোৎ য়োল্লিবী হন্নুবী অহুগা নোং হাংবা ভাইবা ত্তইনা রারি রাতাই শাররম্মী। মহদগী ঐহাক্না খণ্ডবা তমই-হ মুবী

অসিদি লাইরবী অহনগী পুন্সিনি, মহাকী মশু লুপি অমথক্কা লৈমিন্নরমই।

অশংবা মতমদা হন্নবী অসিগী ময়ুমদা তত্তনা চৎলম্মী। অহল অসিনস্থ ঐহাকপূ লুনা চান্না তৌবিরমই, মহাকী অরাৎ অপাস্থ ঐহাক্কা ওমজবা ইতেং পাংবিরমই। অস্থন্না লোম্নদিন্নরকপদগী মমৈদদি মশু লুপী অদু ঐগী ইকমদা লুপীগী শিংদা চলহন্দুনা শিন্নরক্লে। লুপী মচা অসিগা লোয়নবা অনৌবা তাইবং লিলাদা অমুক খোংদারকপদগী য়ুমদা লৈহৌরিবা ইচাম্নুপাবু কাউথোক্লবা পাঙ্গল লৈরক্লে। অঙাংবু থাদোক্লমছুনা অতোনবীগী শিংদা চল্লবী মুজাগী মনাক্তা লৈরে। মপোক থিনা পোকলমলবা ঐগী মপোক ওইখিবনা হন্নবী অসি শিরে। মতম অসিদদি ঐহাক থবক লেপলম্মী, লৈজরম্বা শেলা থরনা লৈখিদ্রবী অহলগী কর্ম লোই-শিনখ্রে। কর্ম্ম লোইখিবগা লোয়নবা নোংমা নোংমাগী ঐখোযগী ইমুং অসি অরা অনংগী লম্বীদা খেংদাবা হৌবক্লে। ঈশ্বরগী লিল্লা কনানা খঙবা ঙমগনি, রানা নংনা পাম্লিবৈঙ মতম অসিদা অঙাং অমা ফংলে। ফংলিবা অঙাং অসি লুপীনি। তৌদবা য়াদবগী মরূপ অমদগী শেল থর পুদুনা ষষ্টী পুজা শোম্লে। লৈতবদ নোংমা নোংমগী অস্থম হেঞ্জিল্লক্লে, থবক তৌনবা থিরুবদস্থ ফংত্রে। অমরোমদনা মত্তোন্দগী পুরুবা শেলশিংস্থ পিরো হায়-জিল্লক্লে। উপাই লৈত্রদ্দুনা ঐগী মরূপ বিধুগা তিন্নত্তনা অসামদা থবক থিবা চৎলে। মনিপুর রাংমা লাল্লবদা শেনজাও পায়বা মহাজন অমগী গাড়ী থৌবা ফংলে, থবক ফংলবদদি লাইরবা

থরা কোক্লগনি নিংথুনা হয়াওজরে। মতম অসিদা বিধু থবক কংদবদগী ঐহাকা লৈমিন্নরমই।

নোংমা মহাজন অসিনা মহাকী মরুপ অমদা পৈশা অসি থরা থিল্লুচো হায়দুনা লুপা লিশিং মঙাথক ঐঙোন্দা শিন্নরমই। লম থরা লাপ্পদগী নোংঙাল্লগা চৎলগে খন্দুনা পৈশা অদু লৌশিল্লগা অহিং অমা লৈরে। অঙকপা বিধুগী রাথল্লি, পৈশাশিং অদু উবদা কল্লক মিংৌথিরমই। থেংলবা অহিংদা ঐনা তুমলিডৈদা পৈশাশিং অদু পুথুনা চেনখ্রে। নোংঙাল্লগা পৈশা থিল্লুগে য়েংবদা লৈরমগ্রে, কোকচাওবী কাহুনা বিধু থিবা থোকলকপদা মহাজনগা থেংনদুনা থিল্লুরবরা হংলকই। থুমকম খংগ্রেদুনা ওহাক তুমিন্না লৈরগা চচ্চরুগে থোকলকলিবনি হায়না খংহৌদনা হায়দোকখিরম্মী।

" অদুদি য়াম্না থুনা ঙসিগী তুমিদাং রাইরএদা শীজিন্নগনি হায়বনি "।

"অহোই বাবু নংনবা চৎচগে "।

ঐগী পাউথুম তারগা বাবু অদু থবক অমা চৎকদবা লৈ হায়দুনা চৎখিরমই। ঐহাকসু মকম অদুদগী মপান থোকলক্লনা মাংখ্রবা মী অদুবু থিননবা লাক্লে তুমিৎ অদুমা চরা হেনবা মখৈ খিরে অদুবু ফংখিদ্রে। তুমিৎ তাবক্লদুনা মহাজন খংহন্দনা তুমিন্ন চংলক্লনা ঐগী কাদা পোথাররে। ঐ কমুংদা লোংনা হিপ্পি,হকচাংদি থক থক নিক্লে, রাখলসু ঙাওরক্লে। হৌজিকপু কদায়দগী লৌরুদুনা শেল ময়াম অদু বাবুদা পীগদৌরিবা, পীবা ঙমদ্রগনা করম্বা

রাহৈন। বাবুদা হায়জগদৌ'রিবা। লাইরবা কোকত্রা লাক্লগা অরাবা নংলবা, শেল পীবা ওমত্রগনা বাবুনা ঐবু জেলদা পীবা। লমদম তাম্না লৈহৌরবী মমা-মচা অনিনা করম্না হিংবা রাখল অসিদা লুপতুনা লৈরিবৈদা লোনতুনা লৈরিবা থোংদা দোং দোং থিল্লকই। থোং থিল্লকপা মখেল তাবদা বিধূ লাক্লে নিংতুনা হরাওনা থোং হাংদোকলুবদদি হাক্কী মহুত্তা সুপা অনিথক লেপতুনা লৈরমলে, মথোয় অনি অ'স অতৈ ক'াস্থ নত্তে; ঐগী বাবু অমদি পৈশা মপু অতুনি। "ক'রি তোরে পৈশা অতু থিল্লু হায়রগা থিল্লমত্রব'দ" বাবুনা য়াম্না তপ্না হংলকপা রাহংনি। থুম্ফম থংত্রে মায়দা হুমাং মরিক মরিক কারক্লে। অতুবু থুমদবা য়াদবনিনা য়াম্না কিনা, তপ্না পৈশা অতু মাংত্রে, ঐনা থুমখি।

পৈশা অতু মাংখরে তাবদা বাবুনা শাউখিবনা মৈ হৌখরে, অঙকপা কংনা চৈরে। অসুম্না শাউরিবৈদা পৈশা মপূ অতুনা সুপা অসি থানাদা শিন্নৌ হায়রকই। শাউবনা হেনখিবনা ঐহাকপু কাতুনা পুরগা থনাগী মথুত্তা শিন্নরে। রাখোক অসিদগী ঐহাক জেলদা চহি ৩ লৈবা তারমই।

# অরোইবা শরুক

## মাবু ঐগী ইঁচল

( অনিশুবা )

নোংমা নোংমা হোৎথিজ্জনা চহি অমা হেঞ্জিল্লকৃলে, ফাদোক ময়াম মরক্তা ঐনা লৈরকপা। অস্থুম্না লৈরকপনা অনিশুবা লানজাও পৃথিবী শিনবা থুংলকৃলে। লানজাওনা লাকৃলবদা জেল মসুংদা লৈরিবা ফাদোক পুম্নমক্ থাদোকপিরে। জেল্দগী থোকলকপগা লমদম তাম্না লৈহোৎরবী মমা মচাবু নিংশিংলক্তুনা চয়া হেনবা মথৈ থোকলকলে। মণিপুর য়োৎবদি মমা মচাসু লৈরমদ্রে, মীগী মচিন্দগী লাঞ্জেনখ্রে হায়বা খংলে। থিন্দনমক সুপী অহন্না পোকলম্বা ইচাসুপা উনবা লাকপদসু লানজেনখি-রমহ্না উনবা ফংহৌদ্রে। ঐগী নিংলমবা আশা পুম্নমক অরেমবা ওইরবদা থম্মোয় অসি পুবা ঙমলক্ত্রে। খল্লু খল্লুরগা চুংঙাই-তবনা শরুক ওইরকৃলে, মসি পুম্নমক কত্রবা শাদগীসু হেন্না তোল্লবা বিধুনা থোকহনবনি। রাখল অসিনা লমজিংহ্না মহাকপু মফমদা লোইশিনগে হায়না রাশকথি।

রাশকী চুংইন্না মফম মফম থুদিংদা চৎতুনা মহাকপু থিবনা ঐগী ইথৌ ওইরে। মসিগা লোয়ননা ঐগী চুপী অমসুং ইচাশিংবু থিরকই। অস্থুম লাকপনা নোংমদি লমদম অসি য়োৎরকৃলে, চারক থকলকতবদগী অরাম থৌরাংবনা হেনথিজ্জনা করিশুম্বা

থরদং চানবা থিরকপদা সরাধ কর্ম্ম অমা থেংনহুনা চংলুই। ঐহাক্না থওবা ভমখি, লৈথিদ্রবী মুপী অসি অতোম্বীগী শিংদা চনখ্রবী মহাক্কী কর্ম্মনি। লাইবক চাওবী মুঙাগী গর্ভদগী ফংজখিবী মুপীমচা অহুবুনা ইমুং অহুনা য়োক্পিখি। ঐনা অঙাং অহুবু লৌশিনগে তৌবদা রাশক ঙাক্লুকাওবদদি থমখিগে নিংহুনা লৌশিন্রে। অহুম ওইনমক লম অসিবু থাদোকহুনা চৎলগে নিংলক্পা মতমদা মুপীমচাবু নিংশিংলক্লুনা চৎপা ভমদবদগী ঙসি ফাওবা লৈরকলিবনি। ঐনা থিরকলিবা মী অদুসু মফম অসিদা ইঙ্খোল লৈহুনা হুকান্দাব ওইহুনা লৈরমগে। অহানবদা চিংনবদগী ঐগী রাশক ঙাকপা ভমদে, মটেদ মুন্না থঙলকলবদা রাশক ঙাকলিবনি।

"ঙাইখো বাবা নংনা পোকচবা মুপামচা অহুদি খিবা থংদ্রবরা, মুপী মচা অহুনা হৌজক কদাযদা লৈ?" মরক থৎহুনা শরৎনা হংলকপা রাহংনি।

"ইবুংঙো শরৎ! ইচান্নুপা অহু নোংমগী নোংজুগী অহিংদা লম অসিগী স্কুলদা উরখি। করম্না ইচানি থওবগে হায়বহু তমগে। মখোয অনিথক নোং চুবা থুপনবা চংলকপদা ঐগা উনখি। ঐনা রারী রাস্তায শাহুনা মখোযগী মরি মতা হংবদা মখোয়নসু ইশেং শেংনা তাকলম্মী অদুম্না ঐনা থওবা ভম্থিবনি। হৌজিকসু ঐগী ইমাংদা থনাগী অকাবা মী অমা ওইহুনা কম্লি।"

অঙাওবগী ৱাশিং তারগা শরৎনা ফমৃজমবদগী হৌগৎলগা "বাবা নংনা হায়ৱিবহুদি ঐহাক্কি। ঐনা বাবাবু খংদহুনা তৌব-নি।" হায়ৱহুনা মমিত্তা পি শিন্থৱহুদা অঙাওবগী মখোঙদা কোল্লহুনা কপলকলে।

"ইবুংঙো পুমনমক ঐনা তৌবনা ঐনা খংবনি, করিগী কপলি হৌগৎলো হৌগৎলে।" — শরৎপু তপনা চিংখৎপিরকই। তপনা তপনা হৌগৎলকলগা হায়ৱকই — "বাবা তোল্লবী কনা হুন্না য়েংবদা নৈজগ্রবা ইচল অহু হৌজিক নৈ'রিবৱা? নৈরবদি মক্কম তাকপিয়ু — নচা চচ্চরুগে"।

"নৈরি, মক্কমদি হায়দোকপা য়াত্রি, করিগুমবা তাকলুরবদি নখোয় অনিগী অৱাবা য়েংবা ঙমলোই"।

"নত্তে ...... নত্তে! তাকপিয়ু মহাকপু খিজরকপা কুইর-ব'ন"। কপনা কপনা খংনিংবনা হেনখিহুনা ঙাংলকপা শরৎকী ৱাঙাংনি।

"অহু ওইরবদি ইবুংগী ইবেম্মা হায়না কৌবা ঙমগদ্রা?"

"বাবা ঐনা মাবু অহানবা উবমক্তদা ঐগী ইচলনি হায়গনি, করিগুম্বা মহাকী মফমদা ঙরা খোকলবসু ৱারি পুম্নমক তমহুনা ঐগী ইচলনি হায়গনি"।

"ৱারিদি তারবনি অহুবু নখোয় অনিগী মরক্তা করিগুম্বা ইচেল খৱা নৈখিবনা ———"। শোন্থাংনবা খোঞ্জেলদা ঙাংলকপা অঙাওবগী ৱাহৈনি।

"করম্বা ইচেল" শরৎকী ঙক্লা হুঙলকপা ৱাহংনি।

"অতৈ ক্রিস্নু নত্তে, সুন্না পাখং অনিগী ইচেলনি। ঙসি নংনা পুরকলিবা সুপীমচা অদু নংগী অশেংবা নচলনি"।

শরৎ কোকচাওবী কাথে, অৱাবা ৱাখলনা থম্মোয়দা লাম্থেংনবা তৌরকলে। "মাবু ঐগী ইচল!" অদুগা মচলগী মফমদা মবুংনা অঙকপা লমচৎ—! মসি ওইথোক্তবনি, মহাক অসি ঐগী ইচল নত্তে, অঙাওবা অসিনা ওইদবা ৱা হায়জিন্দুনা ঐথোয়বু অৱাবা পিরবনি। করিগী মহাক্না ঐথোয়গী মরমদা শুগাইনা থঙলমলিবনো? মতুদি মহাকী চোইরোলদা চান্নকুবনি। ৱাখলশিং অসিদা লুপতুনা অৱাবা চিন্তাগী পোৎলুমনা নিংথিবা মাইথোং মকশিল্লকলে, মিৎলুদদি অতৎপা নৈতবা পিরাংনা ইহৌরকলি। খনবা মথৈ থল্লুরগা অঙাওবা অদুদা পিরাংঙনা থুমহৎলবা মিৎনা য়েংলদুনা হায়রকই—"ঙাইথো বাবা নংনা হায়রিবসে ঐনা থাজবা ঙমদ্রে। ঐবু পোকপী ইমাগী মিং তাকপীয়ু, অতোপ্পা পলেম অদুগী মমিংসু নিংশিংবিয়ু, বাবাগী অশেংবা মিংসু তাকপিয়ু।

"নথোয়না ঐবু চিংনরে। চুমই, চিংনফম থোকপা ৱাকমনি। মকম মরাং থঙদবা ঙাওচৎনবা নিপা অমনা নথোয়গী নমাংদা লেপতুনা অপোকপা নপানি হায়রবা সিদদি। ঐদি অশেংবদা হায়বনি; থাজগন্দবা তায়বঙ ঐথোয়গী মপোক ওইথিবনা নথোয়না থাজবা ঙমদ্রিবনি। নমাগী মমিংদি লতা কৌই, সুপীমচা অসিবু পোক্লম্বা অদুনা জামিনি কৌই, ঐগী

মিংনা তরুন কোই। খরা অসিনা নখোয়গী চিংনরিবা থম্মোয়বু মায়থিবা পিবা ঙমত্রা য়েংউ"।

থোকলিবা থৌদোক অসিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি মুংশিগী পম্বুংদি য়োঁদনা থাংঙূথক্তা মাংবা তারবা, খন্দুনা মুংঙাইতবা চিন্তানা নন্দুনা তুমিন্না কমলিবী বীনানা অঙাওবগী রাঙাং তারগা কম্বা ঙমত্রদ্রুনা অচুমবনি ইমাগী মমিং জামিনি কোই হায়রমলগা ইথঙ থঙহৌদনা লৈমায়থক্তা হাইথরকলে। রাথলনা ঙাওরবা শরৎনা জ্ঞান য়াওদনা লৈমায়দা লৈরিবী বীনাবু কোনথৎলগা "বীনা" "বীনা" কৌরকলে। মুংশিবা মহাক্তা সুর তাবদা বীনা তপ্লা তপ্লা মিৎ পাংলক্লগা লূরবা মিৎনা শরত্তা য়েংলকই, হায়রকই :— "তামো লাইবক থীরবী নচল ঐহাকপু থাদোকপিগন্নু। অশেংবা নচল ওইরবন্নু মুংশিগী পম্বুং য়ৌ-হনবিদনা তাইবংগী লিলা য়াওহনবিয়ু"।

রাথলনা ঙাওরবা শরৎনা বীনাগী রাহৈ তারগা থম্মোয় অহু কাথেক্লে। রাথলনা লামবা ফংলকত্রবদা অঙাওবা মীগী পান্দমগুম বীনাগী মশা অহু নিক্লহুনা অশাওবা খোঞ্জেলদা হায়রকই— "মমাংঙৈদা করিগী নংনা অশেংবা পলেমবু মমিং তাক-ত্রিবনো ? নংগী থৌরাং অসিদি মুংশিবা নত্তে লৌনমবনি"।

"মসি ঐগী ইরাল নত্তে। ঐহাকসু নিনি হুমনি অসিদা থংজরকপনি, কোংদোকচগে ভৌজবদা নংহৌত্রহুনা ঐখোয়গী ফিজম অসি ওইরক্লিবসিনি"। হিক্লা হিক্লা কপলক্লে, লাইবক চাওবী মুজা অহু। নত্তে অঙাওবা অসিনা ঐখোয় অনিগী প্রেমগী

লিচিং অসিবু মাংহনগে নিংদুনা ওইদবা রাহৈ শিজিন্নরিবনি, শরৎকী থম্মোয়দা থল্লকপা রাথলশিংনি। থম্বা মথৈ থল্লুরে, অঙাওবা অহৃদা মুন্না য়েংলক্লগা পিদি অতৎপা লৈতনা শিন্নরদুনা অঙাওবা নহাক মকম অসিদগী লাপ্না চৎখ্রো করিগী লাক্লিবনো ? চৎথ্রো—অয়াকপা খোঙ্জেলদা শরৎনা লাওরকই।

"হৌজিক ফাওবা নখোয়গী থম্মোয় অহু থাজবা ঙমদ্রি। থংলে, নবানিগী মরক্তা লৈরিবা মরি অহু নশা নশানা ককথৎনবা ঙমদবদগী থাজবা ঙমদ্রিবনি। করে মসিমতু থম্লো। হৌজিক শরৎ নহাক থানাগী অচৌবা নিপা অমনি অহুনা মীহাৎপা অমগী মকমদা পীকম খোকপা দগ্তি অহু পিরো। ঐগী থুদাং অসিদা য়োংহ্লিং অহু থাংলয়ো" হায়রদুনা অঙাওবা অহুনা মথুৎ অ'ন তিংথোরক্লে। শরৎনা তরুনগী ওইথংবা থুৎশাগী থুৎনাওবীগি মথক থংবা তাং অমা য়াওদবা অহু উরে। খংহৌদনা তরুনবু চেৎনা কোল্লদুনা"মানি নং ঐগী বাবানি থুৎনাওবী অদুনা শাক্কীনি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা ইপুখোক্লা ঐঙোন্দা বাবাগী মরমদা লোয়না তাকপিখি। ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু" হায়না খোঙ্জেল খোক্লা কপ্লকলে।

"নংগী করি নরাল লৈদুনা ঐনা ঙাকপিগদৌরিবা, লাল্লিবদি ঐহাক্লি, ঐহাকী ইরাল নখোয়না ঙাকদবনি"।

"ববাগী ইরালদি করি" ?

"নখোয় অনিগী মকমদা হান্না কো দোকহৌদ্রবা মরম্না ঙসিদি অঙকপা ইচেলদা তাওহনা শানরমলে, অমনা নখোয় অনিগী ইচেল

অসি থাদোক্লদুনা অনৌবা মচল মবুং ওইবগী মুংশিবা ইচেল অমা চেলহল্লু হায়রিবা অসিগী ইরান্নী"।

শরৎ অঙাওবগী রাহৈ অদুগী পাউথুম পবা ওমখিল্রে, বিনাদা চুম্না য়েংদুনা লৈখ্রে। "মাবু ঐগী ইচল।" অঙকপা সংসারগী মরানি করম্না মাবু ইচলনি হায়দুনা মবুং অমনা মচল অমদা চৎকম থোকপা লমচৎ চৎকদোরিবনো? করিগুম্বা লমচৎ অসিগী রাংমদা লৈবা তারবস্থু ৰাৰাগী নিংবা থুগাইবা তারবা! অস্থুম্না শরৎ, রাখলদা লেপ্তুনা লৈখ্রে।

"মরূপ নংনা খল্লিবা রাখল অদু লাল্লে, হৌখিবা পুন্সিগী লিলাবু হৌজিক খনবা হৌনদ্রে। রাখল অদু থাদোক্তুনা মবুং অমনা মচল অমগী মফমদা তৌকম থোকপা ব্যাবহার অদু উৎলো। অদুগনে শরৎ! প্রেম প্রেমকা অনিগী পন্থুংদ বিদায়নি, কল্লকপনা মুংশিগী হৌরকফাম্ব; মিৎকী পিনা মুংশিগী খুদম্ব। মুংশিগী সংসারদি মংলান্নি। ঐখোয় অনিগী মুংশিগী পন্থুংশু কায়নবনা ওইগদোরিবনি। ঙসি অসিনা নখোয় অনিগী মঙকা ওনবা মুমিৎনি, নখোয়না নিংলিবা আশাশিং অদু লাপনা থমদুনা ফংঙমদনা ফংজবা পন্থৌগী মকাদা চংজো'। চুমিন্না অঙকপা খোদোক অদুবু য়েংলমবদগী শোম্থাংনবা খোঙ্গেলদা হায়রকপা কুমারগী রাহৈশিংনি।

"শরৎ ইপাগী মাংদা ইবুংগী ইবেম্মা হায়না অমুক্ত কৌ"।

অঙাওবগী রাহৈনি।

অঙকপা অমগা লোয়ননা শরৎ কায়না ইরৈদা ইরাক্লদুনা বিনাগী মাইখোংবু য়েংলকই — মহাক অসি ঙসি অহিং অসিদা ময়ুমদগী

সুংশিগী পন্থুং য়ৌনবগীদমক য়োকচবী পলেম মমাবুদি নিংজবনা হেল্লি, পন্থো মপাবুদি সুংশিবনা কল্লি হায়রুনা খোল্লকলে। করম্বা অমুক ময়ুমদা খাজিনগদৌরিবনো ? ঙমলোই ময়ুমদা অমুক চংহনখিবা — ঐনা মহাক্কী অনিংবা আশা থুংহনগনি। তুমিন্না খল্লুবদগী খম্মোয়রুংগী খোল্লাওনা হেজিল্লক্কুনা অঙাওবগী চোইরোলগুম মখোন খোল্লা—লাউরক্লে।—"পুন্নমক মীনম্বনি, মহাক ঐগী ইচল বত্তে; মহাক ঐগী হুংশিগীপন্থুংক্নিমনি"

শরৎ নংবু ঙাওরবরা নচলবু করম্বা নংগী পুন্সিগী লিলাদা পুঁসিন্দুনা লোয়নদৌরিবনে ? অছুগা লৈখিত্রবী পলেম অনিবু নিংশিংউ। নখোয় অনি তিয়হনা ময়াগী সংসার অসিদা শান্নমিন্নরবদি পলেম অনিদ লোরোক্লা লংথবা তারববি"। কুমারনা শরৎকী রাঙাং তাবদা হায়রকই।

শরৎ পুমঙাও ঙাওখ্রে। কুমারগী রাহৈ তারগা মহাক্কী রাখলনা লাল্লে হায়রনা নিংই, বিনাগী মাইখোং উরগা কুমারগী রাহৈ তাররোই হায়না নিংই। অস্তুম্না খনব মখৈ খল্লুরগা, মপাগী অশা থুংহনবনা মচাগী তৌফম খোকপা মখোনি নিংহুনা রাখলনা সুংবংনচুনা পিরাংনা থুমহৎলবী বিনাদা য়েংলগা হায়রকই — "পুন্নমক অসি ঈশ্বর মাগী লিলানি। শাগৎলুবা অশা পুন্নমক থুগাইহুনা ইমিৎমক্ক উজবা কংজরবা বাবাগী মকমদা চংজসি, লাও ইবুংগী ইবেম্মা"। রাহৈশিং অ'স হায়বা লোইবগা বিনাগী মথুৎ পায়হুনা চিংশিল্লগা অঙাওবগী মখোঙদা তুগ্রে। শরৎনা মচলবু কৌরকপা তারগা অঙাওবা অদু মমিত্তা ইরা চেল্লহুনা চিম্বান্দদি মোমোন

নোকচরকই। বিনাদি রা মচেৎ অমা কাওবা ভাংখিদ্রে। শরৎ বিনা অনিনা মপাগী মকমদা চংজখি।

"ওসিদি মরুপ কুমার নগী নকমদা কিগাও শানা রাহৈ অমা অনিদং নিজগে। মরাইবক খিরবা. পলেম মশক খঙহৌত্রবা ঐনা ফংঙমদনা ফংজরবা ইচল অসি হৌজিক ময়ুমদগী মকম অসিদা হুংশি কাদা য়োঁরনি নিংহুনা লৈররে, করম্না অমুক খিনজিল্লুগনি। অতুগা হৌখিবা মতাকী পুন্সিসু লমদম অসিদা চাওরক্লে, লাকদৌরিবা মহাক্কী পুন্সিসু মকম অসিদা অসুম লৈহৌরবদ মরি-মত্তা মশক খঙদনা মাংখ্রগনি। মরম অসিনা মরুপকী নকমদা ঐহাক্না মবুং অমা ওইনা মরুপকী পুন্সিগী খোংচত্তা পুশনবিয়ু হায়না নিজরি"। খনবা মখৈ খল্লুরগা শরৎনা হায়রকপা রাহৈনি।

মচল ওইবী বিনানা মবুংগী রাহৈ তারগা মবুংবু চেৎনা কোনশিনজরকই। কন্না চুরমবা নোংসু তপ্নি তপ্নি চুরক্লে। রাথলনা হেনখিবনা শরৎ লেপপা ওমলকত্রহুনা তপ্না তপ্না ফমথরক্লে, রা কন্না ভাংবা ওমশিল্লকত্রে। ফমথবগা লোয়ননা কুমারবু কোরগা শোন্থাংনবা খোজেলদা—মরুপ অমা ওইনা ঐহাকী অনিংবা আশা অসি থুংহনবিয়ু। হায়রহুনা কুমার অমদি বিনাগী মথুৎ অনিবু চেৎনা পায়শিলহল্লে। মিৎলুদা কায়না লাইজ ইহৌহুনা হিক্না হিক্না কপ্লকই। চুরম্বা নোং অহুসু লেপখিরম্মী। শরৎনা অমুক রারবসিনদি বিনদি করম তৌরমগনি—মহাক্তি পাঙল শোনবী মুপীগী মপোক্নি, কায়না

মৈচাক কিজবীনি। অতিয়া মকোয়দা মুশি মুশি তৌবা থরান-মিচাকশিংগী মঙাল উবা ফংলক্লে। হুরা পাখঙ অ'নগী অরাবা অছু য়েংবা ঙমব্রহ্মন অঙাওবা অছু মমিৎ অনি উইশিন্দুনা খাঙখি।

থেংলবা অহিংগী মতমদা
    শাবী শানৌ ঙইবগী
মুংশি ইচেল লেপখিদো,
    পোকমিল্লবা মবুং-মচলগী
মুংশি ইচেল চেলখিদো;
    শরৎ বীনা অ'নদো॥

ব্রাহ্মৈশজবা




নিংশিংজবা ঃ—

কল্লবা ভুরেলগী ঈচেলদা,
চন্দ্রবা কাঙশীং থিবিক্কা;
ভাউথরবপগুম লৈনা লৈনা
পাক্লবা ভাইবংগী ইপাক'থক্কা

ভাউথররক্লিবা লুকেৎ লুকেৎ
সাহিত্য লৈকোলমুংদা লৈশাৎ-তমবদা
মতিক মপা চাদনা
নাইতোম লৈশাৎ তমজররক্লিবা
চন্দ্ররবা রাখলগী লৈরাংসে
ইতিক ইপা চাদনা
কথোকখিবনা পন্থৌ পোকপা
ইবুধৌগী খুয়া থমবালদা।
অশোয়বা আশাগী লৈরাং
অরানবা রাখলগী লৈশাৎপু
পাঠক সভা মণ্ডলনা
ডাকপিগনি, খুরুমজরি তোল্লবনা॥

ময়ামগী লৈচনজবা
ক্লিনমনি হাওবা

